# কৎচবা

ইজদুনা লৈজবকপা ঐঙোন্দা
ইমানা অর্শিবাদ পিবিবদগী
হেন্না থৌনা হাপপিদুনা
ঙসিসু মখা তানা ইজবকখিবনা
ৱাখলগী লিকলমদগী ওইবকখিবা
"ঈশ্বরগী শক্তিনা"
হায়বা ৱাবী মচাগী লাইবিক অসি
কৎচবি ইকোক নোঙ্জনা
নোংঙ্গাত্রবী পলেম নঙোন্দা।।



রেবতি শর্ম্মা

Ishorgi Shakting (a collection of nineteen short stories)
*by :-* Phurailatpam Rebati Sharma
*Rights :-* Author



Publish on behelf of the Duxhi and Monalisa Publication
*by :-* Phurailatpam Ongbi Kiyam Ibemcha Devi

***September 2009***

***Copy :- 700***

***Cover Designed by :-*** Dr Sunil Laishram
Department of Earth Science,
Manipur University Imphal

***Prize :-*** Rs. 98/- ***(Ninty eight)***

May get from Authors and Leading Book Stores

*Printed at :-* Panthung Computerised Printer
Keisamthong Laishom Leirak Mach il, Imphal

# অইবগী ৱারোল

ৱারী মচা ইবা তরাইবা নত্তে। ৱাহৈ পরেং খরনা আইদিয়া নত্রগা থিম অমা নত্রগা মেসেজ অমা ফোঙদোকনবগী মতৌ ৱারী মচাগী হৈনবীগুম্লি। মণিপুরদসু সাহিত্যগী মচাক ওইবদা চঙগদবা নোংপোক নোংচুপ অনীনা লৌরিবা সাহিত্যগী মগুন অমসুং মচাকশিং অনুম য়াওনরি। Element of imagination, Element of intellect. Element of Emotion, Element of Style নচিংবা পুম্নমক ৱারী মচা ইবদা অতৈ সাহিত্যগা ইরোইননা লৈবগুম ৱারী মচাদসু তিন্দুনা লৈরি। "A great book is born of the brain and heart of its outhor he has put himself into its page"- Henary Hudson হায়বদি ফজনা তথীবা হায়বদুদি অইবা অদুগী ৱাখলগী মকোক্কীনি উপন্যাস অমগুম্না ৱারী মচা ইদসু Ploat charector, Dialouge, Style aim and object অমসুং দেশ মগল রাতিৱাবন অদুমক চঙলি হায়রি। অমরোমদা "A short story deals with single charactor, single events one emotions or the series of emotions called forth by a single situation" - Bander Mathew না হায়রি। অসুম্না ৱারী মচা ইবা হায়বসিদা ক্রেয়েটিভ রাইটর অমসুং ক্রেয়েটিভ ইমাজিনেসন লৈবা মীওইতনা অশেংবা ৱারী মচাগী ওইবা সংসার অদুনা অয়াম্বনা শাগৎলবসু হায়নৈ। অসুম্না মমল য়াম্লবা ৱারী মচা ইবগী থবক অসিগী অমদি অতৈ কয়াগী অইবা ওইজরকখিবসি মরুওইনা লৈখিৱবা ইপাদুং ইবুংঙো কৃষ্ণদাস শর্মানা মীৎ শুক্তোক শুক্তোক্না মাঙ্গোলগী ফমফম হকথঙো খুকউ খুনক কুন্দুনা ইখিবা কয়া অদুনসু তোল্লবদু ইবনা ইপুক্রিং চঙজনখিবগী ফিভমসু লৈহনবগুমখি। ইং ১৯৭৮-৭১, ইশাগী চহী ১৫/১৬ শুরকপদগী তৈনা লময়ানবা অইবা কয়াগী অমদি পাবুং ইবুংঙোদুগী তুংইঞ্জবা ওইনা ইবগী থবক্তা হৈজরকখিবনি। ইং ১৯৮২ দা অহানবা ওইনা লাইরিক ফোঙবা হৌজখি। মথংদা মথং মথং ৱারী মচাগী লাইরিক ৬ অমসুং উপন্যাস অনী অমগাসু ফোংঙখি। লৈদিও লিলা অহুম অমসু মশানা ইজদুনা শাগৎজখ্রে। ওজা শরৎ চন্দ্র লোংজোম্বনা ৱারী মচা ইবা মতমদা রিএলিটিদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎনবা তাকপীখি। মতুংনা ঐগী তরুকশুবা ৱারী মচাগী লাইরিক "মমি শামত্রবা ঈথং" নৈনবীরকপদা "গ্লোবেলাইজেসনগী মীৎয়েংদা ৱারী মচাগী চাংয়েং" হায়দুনা নৈনবীরকখি। মতম অদুনা

ওজ্নানা লং শুট অমগী লংজিন অদু পুথোকপীদুনা শুট অদুগী লংজিন অদু ঐনা তপ্না তপ্না চিংথোকচবগা ঐনা পামজবদগী বাবী মচাগী লাইবিক অসিদা কাখল অহুম অহুম থোক্না খাযদোকুনা মণিপুবগী কন্তেক্সতা অমা নেসনেলগী কন্তেক্সতা অমা অমসুং ইন্তব নেসনেলগী কন্তেক্স অমা অসুম্না শুট অদুগী লাংলা অদুনা লৈবাং মখল অহুম অদুবু তুনা মথং মথং পবেং নাইনা লেংজদুনা বাবী মচা ১৯ না পুন্দুনা লৈগী পবেং অমাগুম সাহিত্য সমাজদা খুদোল তমজবনি। লাইবিক অসিদা য়াওবিবা বাবী মচাশিং অসিমক্তি মণিপুবদা অমদি মণিপুবগী মপান্দা ফোঙবা মণিপুবী জর্নেল খবদা ফোঙজখ্রবা ঙাক্তনি। মদুবু খোমজিঞ্জবগা অমদি খবদং শেমজিন শাজিঞ্জবগা ফোঙজবনি। ঐগী চন্নবা লাইবিক অসি ফোঙবদা ইনোৎ হাপ্পীদুনা হায়বদি ফোঙজবা ঙম্নবগী শক্তি খবদং পীবীবকখিবা, ওজা আব কে সানাতন দি আই এদজুকেসন, আই. লোকেন্দ্রজিৎ ঈ ঈ পি দব্লিউ দি, ডা: মংলেম সি এম ও ইম্ফাল ইষ্ট কে. মাইকেল এদিসনেল দাইবেক্তব, সাই , ও য়াইমা বিটাযব ইউ দি সি জোন থ্রি, বি বোসন এস ও দি আব দি এ অমসুং ইনাও চাওবা অকোইজম থৌবাল অচৌবা, টি বীজয ঈ ঈ দি আব দি এ মখোয়শিং অসিগী লমন তোনশিঞ্জববনি। লাইবিক অসিমাক্ত ঈশ্ববগী মতাংদা মক ওইনা বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না লৈশেমঙৈদগী হৌনা মীওইবনা লৈ হাযদুনা থাজনবিবা ঈশ্বববু মাংলেমশিন শিংলবনি হায়দুনা লৈবিবা মীওই কয়া অমনা অমসুং বৈজ্ঞানিক খবনা ইথৌ থৌওইদবা য়াওনবকপগী মতৌ লৈনবকপদগীনি। মকওইনা ইউবোপকী লৈবাক খবদনা হেলহল্লকপ মতৌ ওইবি। অমেবিকাগী প্রসিদেন্ট ওবামানা মহাক্কী ইলেক্সন নাইটকী এক্সপ্রেস স্পিচতা আমেবিকাদা লৈবিবা মীয়ামগী লমচৎ ব্যবহাব অমদি চুংশংবা বাখলনা অমৎ ওইবগী মতৌবু পেঞ্জবদুনা লমদম অদুদা চৎনবিবা ধর্ম্ম কয়াশিংদুগী মমিং মথং এধ অময়মতা ওইনা পঞ্জবদুনা মপুক্রিং পেন্না মখৌ পোক্তন থাগৎচদুন ঙাওথবকপদা অঙকপ অমা ওইনা হাপচিল্লকপা বাহে অমদি and non belivers হায়বাখিবা অদু। মসিনা তাক্লিবাদ ঈশ্বব হাযবসিবু থাজবঙুবা কয়া লৈবে হ যবা মতৌনি মতৌ অসিদা তেল্লবনা লেঙলি পাল্লিবা জগৎ অসিদা শেম্নীব মপ অম শোযদনা লৈ মদুমক্ত এহাকপু তাযবঙপান্না ঈশ্বব হায়নবিবসিনি মহাক্না পুম্নমক্কী শক্তিনা লৈ, লৈগনি হায়বসি নিংশিংজবা ওইনা, "ঈশ্ববগী শক্তিনা" হাযবা বাবী মচা অমগী মমিংদা থোঞ্জবা লাইবিক অসি মীযাম মাঙদা থমজবনি। লাইবিক অসিবু পম্বুং কম্পুটবাইজ প্রিন্তবনা খুৎ থাবীদুনা নম্বদ তেংবাংবিখিবা মক ওইনা এল সঞ্জিৎ (ভক্ত), বাই লানঙম্না অমদি হেবোজিৎকা লেযননা প্রেসকী ইচিন ইনাওশিংবু থাগৎপা ফোঙদোকচবি। পম্বুং চেফোঙগী এসিষ্টেন্ট এদিটব মংলেম পেচিময়ুম্না শিন লাংবীদুনা তেংবাংবীবগীদমক্তা থাগৎচবি। অমবোমদা ঐহাক্কী ইজনীংবগী বাগ অসিদা ঈথিল পীবিবা মিং ওইনা খব পঞ্জববদা, দিপুটি সেক্রেটবি গুনি, পদ্মশ্রী নবকিশোব, এম মনি সিং, ট্রান্সপোর্ট ওফিসাব, বি কুমাব শর্ম্মা, বিটায়ব হেদ

মাস্তর, পি. প্রফুল্লো (ফিলম দাইরেক্তর) খুন্দ্রাকপম সনাতোম্বা, সোসিয়েল ৱার্কর লিশম ইবোচৌ প্রিন্সিপাল, রুড থৌবাল, জিতেন্দ্র, প্রিন্সিপাল সোমেরেন্দ্র সনা স্কুল থৌবাল, ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী পদমিনি কিদ কিয়ার স্কুল থৌবালনচিংববু থাগৎচরি অমসুং চয়া ৱাহৈনা নত্রগা ইঙ্গিংনা নকোইননা মথৌ হাপীরকখিবা কওওনরোইদবা কয়া মরু ওইনা শরুাইরবা অইবা অমদি ইবদা থৱায় য়াওজবা অমসুং ইবগী হিরমদা নৈনরিবা কয়া অমসুং অইববু নুংশিবীবা অমসুং পামজবা কয়া খুদম ওইনা মিং খরা পনজরবদা প্রো: এন. খগেন্দ্র, প্রো: এন. তোম্বী, প্রো: ঐচ. বিহারি, ডা: এম. প্রিয়োর্বতা, এন. নবচন্দ্রা. এ আই আরগী প্রোগ্রাম ইজুকেটিব অনী, আই. লোকেন্দ্রজিৎ অমদি এল ইবোহনবী, ডা: হামোম. নবা, এন. নিলমনি, অরিবম কুমার শর্ম্মা, কে. কুঞ্জধজা, ৱাই কুঞ্জেশ্বর, শরৎচান্দ থিয়াম, বি. এস. মাইস্নমবা, সি. ব্রজেশ্বর শর্ম্মা, ডা: কোইজম শন্তিবালা, কেশো ইরেংবা, ডা: যোদ্ধচন্দ্র, বাজেন খুমুকচম, এ সি নেত্রজিৎ, ইমোজিৎ নিঙোম্বম, ও সি মৈরা, উলেন মৈতৈ, এম সান্তি, বি কে. (ইডিটর ইষ্টন ফ্রন্টিয়ার), নন্দো নিঙোম্বম, হাওবম সনাজাওবা (কলম্নীষ্ট), ঐচ. সোমোবোন্দ্র (কলম্নীষ্ট), নন্দকিশ্বব শর্ম্ম (য়াইবিপোক), কে ঐচ ইবেতোন দেবী (বিষেনপুব), থোকচোম কিরন (ৱাঙু), লৈশাং নোংদম ইমোবী (থৌবাল), রথেশ্যাম, গৌরো থোঙামচা (য়ুরেম্বম), শৌবাম তোম্বা (প্রসিদেন্ট পি. দব্লিউ. ফোরম), ইঙাবেম্বা (পাম্বোইবী ফিল্ম), বি. বাজেন শর্ম্ম (জগৎ মাতা ফিল্ম), এস হেমন্ত (প্রসিদেন্ট এমজু), এ. মোবি (এদিটব সনা লৈবাক), ৱাংখেমচা শ্যামজাই, (এদিটব কংলৈপাক্কী মৈবা), ক্ষেত্রি বাজেন, পুয়াম গমভীব (থৌবাল), বিশ্বমিত্রা পদ্মা বয় ' স্কুল ককচিং, ঐগী নুংশিজরবা ইচে অনি লাইময়ুম ওংবী কমলা দেবী অমসুং বচ্চবতিময়ুম ওংবী প্রমোদিনি দেবী অমদি ইচল অনি পুখ্রম্বম ওংবী ইবেম্মা দেবী অমসুং তখেল্লম্বম ওংবী শন্তিবলা দেবী লোযননা ঐবু নুংশিবীবা কয়া অমনা ঐঙোন্দা ঐগী ইজরিবগী রাগদা পুক্নিং থৌগৎপীবগীদমক নোলুকচরি। মতুংদসু অতৈ কয়া অমনসু থৌনা পীবিরক্কনি হায়না অশা তৌজবি, অদুগা লাইবিক অসিবু পাবীরিবশিংনা অশোয অঙামগী অমদি হেন্না ফজনবা অমদি ফগৎনবা পাউতাক পীবিবকপদা তোল্লবা অইবনা তবাম্না ওকচগনি।

রেবতি শর্ম্মা

# য়াওরিবা য়ারী মচাশিং

# নক্লরুবদৈ

মালন শখিগী নাইতোম পোকপী মমোম্নি। মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচাগীতা থন্দুনা অমুক হন্না ময়ুম পাল্লবোই হায়দুনা শখি মচাবু শেন্নদুনা কবিদা শোয়খিগদগে হায়দুনা লেপ্লিবনি। মচা ইবেম্মা মালা কোলেজ তম্লীরিনি। মশক মতৌ কাহেন্নমক ফজদ্রবসু চৎনবা যাবী লৈশাবীনি। মপাগী পেন্সনন অমসুং মমাগী থোঙ্গালগী পোৎফম মচা অদুনা মালা মমা মচা ইবাই লাইনা অদুমক চাবি। শখিগী য়ুমথংনবদা লৈবিবা বাবু চহি ৫৫ রেম শুবনা অহল অমম্ক্লি। মহাক মণিপুরগী ব্রাংমদা চহি ৩০ / কুন লৈরবা মতুংদা মণিপুরদা হেনবকপনি, সনাগী কাববং তৌবা মীনি। মহাক লন্টই থব থবাসু যেকপা চিত্রকর অমনি। মালগী মমা শখিগা লৈত নহনা ইমুং মনুংগী বরী হেক হেক শানবা বাবু মালাখোইদা মবক মবক্তা লাকই। বাবীদি অচম্বান অদুমনমক লাকপদি ইতোই তোইদে। মালা মুম্বাই, কোলকতা নচিংবদা লৈবগী নুংঙাইবা কয়দুগী বরী লিখি। মখোয়বুসু কোইকান নুংঙাইহনবা লৈবাকশিংনি হায়দুনা চম্লদি তয়দুনা তম্মী। মালনাসু খুদং হায়দুনা অদুমক লুনা চান্না হাজান তৌই। খুদং বাবুগী যেক্লীবা ফজ ফজরবা লন্টইশিং অদু যেংবা মালনসু বাবুখোয়দা তম্মী লাকই। বাবুনু মনাওনুপাগী মচা অমা যোক্লুনা মৌ হিনুনা মচা অনী পোক্লুনা মচাগী সেব তৌর্ল্ল। চাওবনা য়ুমজাও অদুদ বাবুনা নিংতম্ল লেপ্লিবনি। মচানুপাদুদি ড্রাইভরনিনা যুমজাও অদুদা ডাক লৈতে। বাবুনু মহাক্লী নুপীনু কেন্সরন

নাদুনা শিত্রবগী তুংদা অমুক হন্না নুপী থিররোই হায়দুনা থিখিদ্রবা নুপানি। শখিনসু বাবুদা থোইদোক্লা ফত্তবা খল্লুদে। মরম অদুদগী বাবু শখিত নত্তনা মালাগা য়াম্না তোরোৎ খোদানবনি। মালানসু বাবুবু মখুড়া অমগুম্ব অদুমক লৌই অদুগা বাবুনসু মালাবু মচাদা মচাদৌনা অদুমক লোয়নৈ। বাবুনা য়েকপা ফজরবা লাই কয়াদু উবদা মালনা খোইদাজবা অনী-অহুমদি লৌদুনা মগী কাদা থেংচৈ। বাবু মরক মরক্তা গৌহাটি, মুম্বাই, কোলকতা চৎলি। কবিগুম্বদা মালগী শাড়িনচিংবা লৈবীরকই। অনীদু মরক-মবক্তা বাবুগী লাইয়েকফম কাদা চা থকমিন্নৈ, অচাপোৎ চামিন্নৈ, লাই য়েকমিন্নৈ। মখোয় অনীতা ফনা কুইনা কুইনা বাবুগী কাদা লৈমীন্নৈ। অদুবু বাবুগী মমৌনুপীনসু মচাশিংনসু থোইদোক্লা মীপাইরুদে। মরমদি বাবু অহন ওইববনি। হৌজিক কালগী মতমদা পাখং-লৈশাবী নুপা নুপী য়াম্না নকশন্ননা তিন্নবা যাম্না তোরোৎ-খোদানবা নুপা নুপীশিং অদুগী মরক্তা নুংশি-নুংওন থোরক্লোই হায়বা তম্বা ঙমদে। য়েক শলাই লৌনবা, শাগেগী মচিন-মোপ্প লৌনবা তত্তনা উন্নবা অমদি লোয়নবনা অমদি কাহেন্না তোবোৎ-খোদানবদগী থোকখিবা ঙাক্লি। ওঝাগা ছাত্রগা নুংশিনরকপা, ওফিসতা ওফিসারগা থবক তৌবী নুপীশিংগা নুংশিনবকপা কা হেন্না নক্লরুবদগীনি। তশেংনমক কাহেন্না নকশিন্নরবদি অকাইবা অমদি শোয়দনা লাকই। খঙদে বাবু অমসুং মালাসু তত্তনা নক্লরুবদৈ ব্বারি-ব্বাতাই শান্নরকপদা ইকোই-কোইদনা ঙাথু থেংথু ব্বারী ফাওবা শাবা য়াওরকই।

নোংমদি

- খুডা বাবুগী লাইশিংসে যাম্না কল্লকপা য়াওবে।
- করম্বদা কল্লকইবা?

  অচম্বা প্রকৃতিগী দৃশ্যশিং অসিনা খুড়ানা নাইতোম হিংবগী অব্বাবদু মমি তাবগুম তৌই।

  নাইতোম হিংবগী অব্বাবা লৈত্রে, ঐগীদি নাইতোম পুক্সিনি।

  হৌজিক নুপী অমা লৈরবদি?

  আমেরিকা ব্রিতেনগুম্বদদি হনুবনা নুপী লৈশাবীফাও থিন্নব য়াওই অদুবু মণিপুরবদদি কদাজীৎনি।
- লৈশাবীগসু লৌনবা য়াওবজাৎলা?

- যাওদবা নত্তে।
- থোকতি থোকপাজাংনি, মণিপুবদসু যাওবক্লোই হায়বা লৈতেদা।
- অঙাওবীসিদি !

অসুম্না অনীদু নোকমিন্নদুনা ব্রাবী শাবম্বদগী মালাদু চৎখি। মালাগী ঙসিগী ব্রাহৈশিং অদুনা নাইতোম তাববা অহল ওইববা বাবুনা মমাংদা অমুক্তসু ফাওখিদ্রবা ব্রাখলদা চবাংনবা অমা পোক্লকই। অহল ওইববা খুইববা হকচাং অদুদা অনৌবা নুংশি নুংওলগী ব্রাখল পোক্লকই। অদুনা মাগী ব্রাখলদু ককঙাওননা নুংঙাইবা অমা ওইবকই।

অনীদু ঙসিসু বজাব চৎলুসি হায়দুনা চৎমিন্নে। মখোয় অনী হোতেলদা ফমিন্নদুনা ব্রাবি শাদুনা নোকমিন্নে। কৈথেলদা যেনশাং-নাপী ঙা চাক লৈদুনা হল্লকই। অনী অদুগী তোবোৎ খোদানবা মতৌ অদু মমা ইবেম্মা শখি খঙদবা নত্তে। অনীদুনা চৎমিন্নবদু শখিনা তত্তনা উখি। কৈথেলদগী যেনশাং-নাপী মখুডানা লৈব্বিবকপদুবু শখিনা থোইনা লান্না খল্লুদে। নোংমা ফাদোকসু ঙা লৈদুনা বাবুনা শখিগীদা চাক চাবা যাওবকই। অসুম্না তৌবকপসিনা মালাগী চম্লবা থম্মোয় অদুদা ককঙাওনববা ব্রাখল অমদি পোক্লকই, নুংশিবসি মমিৎ তাংই হায়বদু মশানা খঞ্জখি।

ঙসিদি নোংমাইজিং নুমিৎনি। মচাদু কোলেজ কাদে, অযুক্তা লাইবিক পাবম্বদগী থোকখি। মচাদু কদোমদনো হায়দুনা মমানা অযুক্কী চাক লোযববা মতুংদা মালাবু থিবকই। শখিনা নিংশিলকই মালা মাগী খুডা বাবুগী লাযেকফমদা শোযদনা লৈবম্লগনি। মচাবু চাক লোযবে চাবসি হায়দুনা বাবুগী যুমদা চঙলুই। শখিগী লব্রাইগী শম চপ যুংখি, হুমাং কাংখি। মঙগুম্না থৌদোক্লী। মালা অমসুং অহল ওইববা বাবু অনীনা যাম্না নকশিন্নন ফম্লমমই। শখি কপ্লিংখি, খঙদবা উদবা শাদুনা 'মালা মালা' কৌকই। মালা অমসুং বাবু খঙহৌদনা থাপতোক্লবকখি। মালানা চম্না থোবকই। মমানা চাক চাকবসি হায়দুনা খঙশন্নদনা মলাবু পুবকই।

- নঙসি লৈশাবীনি, নশক নতৌ হায়বা ব্রাত্তবা নঙনা কবম্না অহন অদুবু নুংশিবিবনো? লৈকাইনা মীযাম্না তাখ্রাবদি ঐদি মাংলেদকো, শিবনা হেন্না ফবে।
- ঐ কবি তৌববগে ইমা, নঙনা হনুবা অদুদগা বদনাম তৌবিবসিবো ?

- ঐ লোয়না উইনে মালা, নঙনা তৌরিবদো হৌনদেনে। নশুংনমান্নবা অমগা লোয়নরম্লবদি মফবা অদু নত্তনা অহন অদুগা নকশিন্নরিবদু নঙবু লাইরিক তম্মী হায়বদুবু জ্ঞান অমতা য়াওদ্রব্রা ও?
- কৈনো ইমানা ঐঙোন্দা নত্ত-নত্তবা ময়াম অমা হায়জল্লক্লীবদুবো? অদুমাই তৌরদি ঐ য়ুম অসিদা লৈবা ঙম্লরোই, ঐঙোন্দা অমুক হন্না অদুগুম্বা ৱা অদু হায়জল্লক্কনু। অমুক হন্না হায়জল্লক্লবদি ঐ চৎখিনিকো। ঐ য়ুম অসিদা লৈরোইকো।

মালানা লুরবা ফিভম অমদা লেপখিবদুদা মমাদু ইংথরকই। 'তৌনু মতুংদা বাবুগা লোয়নবা য়ারোইকো, ঐদি হেক্তা শিখিগদবনি,' অসুম্না ঙাঙলবা অদুদা মালাদু চরা হেনখি মমানা কয়া থেমখি অদুবু মালানা ফমুংদা হিপচন্দুনা লৈখ্রে।

মমা ইবেম্মা শখিনা মতৌ অদু মনা-মনিল নাইবা পামদে মরম অদুদগী মথ্বাই প্রোক-প্রোক চাক্লা খাঙখি। করিগুম্বদা মীৱা ঙাঙনবা সমাজ অসিনা খঙখিবা থোক্লবদি মাদি লোয়রেদকো খনবদা অনাবা লোয়রে। ঙসিসু কোলেজ হল্লক্লগা মালাদু মখুড়া বাবুখোয়দা চৎননবা শেম শারকই। মমা ইবেম্মনা মালাবু খামদুনা চত্তনবা হায়জরকই। হিরম অসিগী মতাংদা অনীদু খৎনরকই। মালানা খোন কন্না ঙাঙলকপা অদুদা মমানা তপ্না ঙাঙননবা থেমজিল্লী। মমৈদদি শাওরবা মালানা ফি য়োমদুনা ঐতদি য়ুমসিদা লৈররোই হায়দুনা সুত কেশ অমগা মমানা খাম্বা য়াদনা থোঙ্গালোমদা থোকখি।

শখিগী মীৎলু পিরাং খামঙমদ্রে, তাদা বাবুবু থিরকই মহাক্কী লৈরমদে। ফিভম অদুদা বাবুগা চৎমিন্নরমগনি হায়বদি মহাকসু থাজদে। অদুবু করি উপাই লৈরি। য়ুমলোন্নবদা লৈবা পাখংমচা অমা-অনী থাদুনা বজাররোমদা থিহল্লুই, ফংদ্রে হায়দুনা হল্লকই। শখি কপ্পা নত্তনা উপাই লৈতে। বাবুনা নুমিদাং অদুদা ময়ুমদা হঙ্গল্লক্তবা অদুদা মচানুপাদা হঙলুই অদুবু মাসু থিবা খঙদ্রে। মীপাও তাবদা বাবুগা মালাগা চৎমিন্নখিবা উহৌই হায়বা শখিনা তারে। পাউ অদু তাবগা শখি জ্ঞান মাঙখিদুনা লৈমাইদা হায়থখ্রে।

# য়ু আর দি গ্রেট

মণিপুর লেজিসলেটিপ এসেমব্লিদ ভোট অনিবক কাদুনা মন্ত্রি ফাওবা ওইরম্লবা কুলমনিদু হন্দক ভোট কাজদ্রবসু পার্টিগী ফম অচৌবা অমা পায়দুনা রাজনীতিদ মশক নাইবা মী অদুমক ওইবিবনি। মহাক্কী মচানুপা অহুমমক মতিক চানা শেমদুনা মীয়াম মমাঙদা থোইদোক হেনন্দোক্লবা পান্দমদা ঙসি ফাওবদা মচানুপা অহুমবু নিংথিনা মহৈ তমহল্লকপদগী মচানুপা অহন বাঙ্গেসতু এজুকেটিভ ইঞ্জিনিয়ার ওইহনখ্রে। মনাও নুপা অনিদুদি মযাই অদুনা বেঙ্গলোরদা সাইন্স বির্সসকী থবক তৌরি। অতোনবা অদুমদি মমানা অমসুং মপানা লাক্লবা খবা ব্রাবদগী মণিপুরদা তন্নী। মপানা মহাকপু ডাক্তব তমহন্নীংলম্বা অদুগী অশাদি কাইখ্রে। মচে অহন অদুদি কোলেজগী প্রোফেসর ওইববা মতুংদা ডাক্তর অমদা হান্ননা ময়ুম পানখ্রবনি। কুলমনিগী মচা অতোনবা মহেশতু ক্লাস নাইন তন্নীঙৈদগী হৌনা নিষা শিজিন্নবকপনি।

মমা অমসুং মপানা ফনা কুইনা মহাক 'নিষা' শিজিন্নে হাযবা খঙলমদে। লাইরিক পাদব্রা হায়রসু অদুম মপাই, মেবিট লৈবা ছাত্রনি। মেট্রিক পারিক্ষদা সেকেন্দ দিভিজনদা ফাওবনা মপানা অশা চাওনা থমদুনা টুৱেলপ ক্লাস পাস তৌহল্লগা ডাক্তর তম্বা থাননবা অদুমক মখা তমহল্লী। ক্লাস টুয়েলভ পরিক্ষাদা থার্দ দিভিজনদা ফাওরকপনা মপাগী অশা পুম্নমক অদু কাইখিবমক্লী। হিরম অদুগী মতাংদা কুপ্না থিজিল্লুবদা মপা কুলমনিনা খঙলে,

মদুদি মচা অতোনবা মহেশতু শাথিরবা নিষা নম্বর ফোব হায়বদু কাপ্লে, চারে। মমাবু মপানা থিনা ঙাঙদুন। চৈদুনা মচানা পিয়ু হায়বা পৈশা কয়া পিবদগী মচা অদুবু মাংহল্লবনি হায়না লাওনবা, খোঙনবা লৈকাইনা খঙনরবনি।

শাওরবা মপাবুংদুবু মমা ইবেম্মাদুনা থেম নৌদুনা 'অঙাংসে মাংহনবা যাদে' হায়দুনা তক্লবদগী কোলেজ অমদা মহেশতু বি এ সিদা মিং চনখ্রে। চৈরাক কনবা মপানা য়ুমদা লৈরিঙৈ মতম কয়াদা যাবমখৈ জ্ঞান তাবা শারদুনা লাইরিক লাইশু পাই। মপানা থবক হেক চৎখিবদা মমাদা জা জা তৌদুনা, কোলেজ চৎপদনি খঙদে, হল্লকপা লম্বীদনি খঙদে মহাক্কী নিষাদি নোংমদা অমুক লক অনিরক অদুমক কাপ্পী। মপানা চিংনবা মতৌদগী মরক মরক্তা ফুখি। অদুবু মচাবু নুংশিজবী ব্রাজরবী মমা অদুনা মচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদবদগী কন্ননবা হোৎনরকপদা মপাগী মীচৈ চাবতা নত্তনা চৈ চাবা কয়াসু যাওখ্রবনি। ঈঞ্জিনিয়ার ওইরিবা ময়াম্বুং রাজেসনা মনাওবু য়েংঙমদা মথ্বাই চাক্লা খাঙখিবা কয়ানি। রাজেস লুহোংলে, মতৈমা লাক্লবা অদুদদি খরা লোৎনা থুপ্লা মহেশনা মাগী নিষাদু চাজখিবনি। অদুবু পেন্দ্রবা মপা অদুনা মচানা নিষা চাবগী শখিনা উবকপদগী ফুরকপনা মতৈমা অদুনসু মনাও অদু নিষা চাবনি খঙলকখি। নোংমা নিষা বন্দগী কাঙবুনা মহেশনা মমান্নর্বাশিংগা নম্বব ফোব কাপমিন্নঙৈদা শিরিঞ্জগা কোন্ননা ফাবে। মতুংদা অমুক হন্না তৌদনবা ব্রারক্লবা মতুংদা থাদোরকখ্রে। পাউ অদু তাবদগী অশাও মৈবিনা খাঙমদ্রবা মপা অদুনা প্রেস মেন কৌদুনা "নম্বর ফোর চাক চহি ৭ শুববা ঐনি" হায়দুনা থাবা প্লেকাদ অমা পায়হন্দুনা ফোটোগা কোন্ননা পেপর অমদা ফোঙহল্লে। মমা অমসুং ময়াম্বগা তান্নর্দুনা রিহেব্লিটেসন সেন্টব অমদা থা তরুকলোম থম্লুরবনি। মতম অদুমক্তুদা মহেশতু মার্ক ব্রাংনা ফংদুনা বি এ সি পরিক্ষাদা সেকেন্দ দিভিজনদা পাস তৌবকখিবনি। ময়াম্বুংনা মতৈমগা তানরবা মতুংদা নোংমদি মনাওবু কৌশিক দুনা দিল্লিদবা, কোলকটাদবা, মুম্বাইদবা চৎতুনা নঙনা থোকপা অমদি তৌখ্রে ইমুং অসিগী ইজ্জৎ অসি নঙগী নতৌসিনা লোইনা লৈখা তারকপা তাবে। অসুম্না হায়দুনা লুপা ২০,০০০ মুক পীশিল্লে। মহেশতু মমা মপা

খঙহন্দনা নুংথিল অদুদগী ময়ুমদগী থোকখ্রে। অহিং চুপ্পা মচা লমহেনবা অদুনা হনজিল্লক্কুবদা মমা ইবেম্মা অদুনা ময়াম্বুং অমসুং মপাদা মচাবু থিনবা হায়জখি। অদুবু অনিমক্কা থিরুবগী দরকার লৈত্রে হায়না শাওনা ঙাঙ শকখি।

মমান্নবা পটনাদা চৎকদবা ছাত্র অমগা গৌহাটিদা মহেশতু মথং নুমিংকী নুমিদাংব্রাইরমদা থুংলরে। মহাক্কা নম্বর ফোর ফনা য়াম্না মাগী খোঙচৎ অদুদা থিন্নদনবা পুরকখিবনি। মরুপ অদুনা মহেশপু কৌশালকিশোর কৌবা কোলকটাদা হয়েং চৎকদবা মধ্যপ্রদেশকী মমান্নবা অমদা চৎমিন্ননবা শিন্নরম্লগা পাটনা পাংখ্রে। মথংগী অয়ুক্তা কোলকটা খোঙচৎকীদমক মহেশনা কিশ্বরগা লোয়ননা গৌহাটিদগী রেল গাড়ী তোংখ্রে। মণিপুরী ভবন্দা অহিং অদু লেকপদা মহৌশাগুম লেঞ্জবগুম মহাক্কী নিষা অদু চাদুনা থক্কুনা পোত্থারে। হৌজিক্কী মহাক্কী মরুপ অমা কাইনখ্রবসু অমা অমুক থেংনবীদা পুনেদা লাইরিক তম্বা কোর্ছ লোইরগা থোরকপা মাগী হান্নগী ইম্ফালগী মরুপ সুবির কৌবা অমগা হাওরা ষ্টেসন অদুদা ওক্ক রুবে। অনিদু নিষা মান্নবা ওইবনা কোলকটাগী সিটিগী ফজরবা মফম কয়াদা কোইদুনা চাদুনা থক্কুনা কাপ্পুনা লেল্লক্লে। মরুপ অদুনা পুনেদা মণিপুরীগী ছাত্রা য়াম্না তম্বা অমসুং লৈবনা য়াম্না নুংঙাইবা মফম ওইগনি হায়দুনা পাউদমখি। মতমদুদা কোলকাটাবুসু মুননা খঙবা সুবিরনা "হোইদা মতম খরসু নুংঙাইথোকখিসি" হায়দুনা কোলকাটাদা থক্কুনা চাদুনা কোইদুনা লেল্লক্লি। অসুম্না নুমিৎ ২০ নিরোম কোলকাটা সিটিদা নিংথৌ মচাগুম মনিং তম্লকপনা মহেশকী পৈশা লোইশিল্লক্লে। মতৌ অদু উবদা সুবিরনা 'ময়ুম য়ৌরুদবদি য়াদ্রি ঐনা তৌরিবসে লাল্লে' হায়দুনা মণিপুরদা থোক্লবা থৌরাং তৌরক্লে। মহাক্কা মহেশকী ফিভম অদুনা পৈশা লৈত্রবসু পুনেবু য়ৌরবদি মহাক শোইদনা হিংগনি হায়দুনা মহকপু মুম্বাইদা নুমিৎ হুমনি লৈরগা চৎকদবা বিহারগী মরুপ ব্রজনাথতা শিন্নরম্লগা মণিপুরগীদমক্তা চৎখ্রে। ব্রজনাথতু মুম্বাইদা থবক তৌকুনবগীদমক্তা চৎকদবনি। মহাক মণিপুরদসু লৈরম্মী, মরম অদুনা মণিপুরী লোন ঙাঙবা ঙমই। মখোয় নুমিৎ হুমনিদু সিটিদুদা অমা অমা তৌনববা মতুংদা মুম্বাই

প’ংলক্লে। লৈত্রিন্দা চং চংদুনা মহেশনা মা’গী নিম্ব’ শি’জিন্নবকপা অদু মুম্বাই য়ৌবকপদা পুমলোই লোইখ্রে। মুম্বাইগী বেল গাড়ী ষ্টেসন দা’দব য়ৌবদা ’বিহারী ব্রজনা’থনা মহেশকী পৈশা য়া’ওদবা মতৌ অদুদা মঙোন্দা নপশল্লকপা তাবে হা’যদুনা মফম মবা’ং খঙদনা ষ্টেসন অদুদগী মা’ঙথোকখ্রে। দা’দব ষ্টেসন অদুদা চংজফম হাযজফমগী ককভাওননা হুমা’ং কাংনা খাঙলিঙে পুং অমগী মতুংদা মৈতৈ মচা অমবু উকবে। টা’টা মেমো’রিয়েল হো’স্পিট’লদা মপা লা’যেংলিবা মৈতৈ মচা অদুনা মহেশকী ব্রা’বী’দা নুংঙাইত্রদুনা মখোযনা লৈবিবা দা’দব ষ্টেসন্দগী পবেল মুম্বাই তম্মা টেক্সিদা লা’ক্লে। টাটা হো’স্পিটালদা মপাদু উন্নবল্লগা বি দি দি চব্রাল এল এম জোসি মা’গী মুম্বা’ইদা লাক্কুনা মুম্বাই মাবদবস এন্দ চিলড্রেন ব্রেল্ট ফিযব সো’সাইটি দি: মহা’সকাব হোস্পিটালদা নুমিৎ অদু মৈতৈ মচা অদুগী মমাসু লৈবিবা ভবাগী কা অদুদা লেপ্লে। অহিং অদুদা মহেশনা মাগী মবিক খবা যা’ওবিবা ফোব অদু খোমজিন্দুনা লেট্রিন্দা মশানা কা’পঞ্জিদুনা খবা ব্রাৎলপ তৌবৎসু ব্রানা অদুমক লেপ্লে। অযুক্ত মৈতৈ মচা অদুনা মহেশপু পুনেদা চৎননবা ট্রেন ষ্টেসন ফা’ওবা থিনবীবল্লগা অথুবা লৈবদগী চৎখ্রে। মুম্বাইদগী ট্রেন্দা নিম্বাগী অব্রাৎপনা ব্রানা লাকপনা সিবা’জি বোর্দকী না’কল অমদা ফ্রা’বো’ক্সন কোলেজগী হো’স্টেল থিবকপদা মৈতৈ মচা ছাত্র অমা অমুক থেংনবে। অদুবু নিম্ব’ ব্রা’ৎলনা হাযা’লিবা মহেশতু খা’ চক্লা খাঙনা তুমঙমদা নোংঙা’ল্লক্লে। মশা পুম্মক হুমা’ং কা’বিবা মহেশনা ছা’ত্রশিং অদুনা চথোকখিঙৈদা যা’ল্লবা খোঙ্গ্রা’ওশিং অদু মা’কবদা অমদগী লুপা ১০০ চৎপী মঙা থেংনকবদা মদুনা নম্বৎ ফোব হিবগা কাপ্লগে খন্না মা’য লৈহে’বকপদা ছা’ত্র অমনা উহৈবদগী মৈতৈ মচা ছ এ মহা’ম চংদুনা তপ তা’না ফুদৎপীবে। মমা’ম মমিৎ ইখা’ম খাল্লগা লা’কপা অদু অতোপ্পা মৈতৈ মচা ইঙ্গো’গা উন্নবে। ইঙোনা মহা’কপু মহা’ক্কী ভবাগী কা অদুদা পুশিল্লক্কুনা শেংনা ইক মা’যহজহল্লগা হিনা’ক্রচিংব তৈবীবগা নিংথনা চা’ক পীজবে। মতুংদা মহেশনা পুকনুংদা অবোৎপা হমনবা মতৌ ওইনা ব্রাবী পুম্নমক মচা হা’ইনা লিবক্লে অদুবু জ্ঞান লৈবা ইঙোনা মহা’কপু নুংশিবীদুনা অহিং অদু পো’থুম্মিন্নিদি। হেংলব অ’তং মতম অদুদদি নুমিৎ নীন চিদাক

কাপ্পক্রুবনিনা মশা পুন্নমক হুমাং কান্না মশা চিংগে তৌবা মতাম্দা অথিং চুপ্প ওন্না থোইনা খাঙলকপা অদুনা ব্রাবদুনা 'ইমা' নাহেবক্লে। ইঙোনা চেনশিল্লক্রুনা মশা অদু নম খোত্তুনা ঈশিং থাদুনা সেনা ফজনা তৌখি। নোংঙল্লে, ইঙোনা শাজেন তৌহল্লগা ওটো অমা ব্রাইদুনা ইবাপ লাপ্তুনা লৈবা ডাক্তর প্রকাশ কৌবা অমগী মযুমদা পুবক্লে। ডাক্তরনা কুপ্পা যেংলবা মতুংদা "ব্রার্কিং কল্লা শাংনা চেলহন্দুনা হুমাং থাম্মা তাহল্লবা অমদি নাইট্রোসিন টেন এম জি চাং নাইনা নোংমদা অনিবক, অদুদগীদি অমুক অমুক, হাপ অদুম্মা থা অনিবোম চাদুনা লৈতহল্লবদি মশাগী নোবমেল লাক্কনি, নম্বব ফোব কাপনিংবগী নিষা অদু হন্তবক্কনি" হায়না প্রমানগা লোইননা তাকপীবকই। ইঙোসু ফ্রাবোক্সন কোলেজগী বি এ সি ফাইনেলগী ছাত্রনি। মহেশতা মৈতৈ মচা কোলেজ অদুগী ছ এ থবনা তৌবীখিবা অদুদি মসু পেনখিদে। মহেশতু নিষাগী খৌবাংবা থবা কোকপ গুম্মা তৌবক্লে। ইঙোনা গীটার অমা লৈবীদুনা মহেশকী মহৌশাগী হৈনজবা গীটার থংপা, ঈশৈ শকপা তৌদুনা মদুনা মতম লেনবা অদুনা মহেশকী অব্রাবা খাঙবগা লোয়ননা অশা লৈবক্লে।

ইঙোগী থস্মোযনা মহেশকী নিষা অসিগী মৈচাক অমদি মনিল পুবা কাওদুনা ইংনা হনখিবা নত্রগা মহাক্না পাল্লিবা লো তম্বা অদু তমহন্নবা পোলিস অম তুং শেম্ব ওন্নবদি মহাক্কী অপেনবা ওইগ নি থাজবদগী মহেশপু খল্লর্কখিবা থা অনি শুগদৌবে। ঙসি ফাওবদা চনিং থর্ক্লংবা কথা পীজা পীথক্তুনা ইঙোনা মাগী ভাবাগী কা অদুদা মমা মপানা লৈতা লৈতা থাবকপা পৈশা অদুদা 'অদুগী অদাগী' হায়না হেঙ্গং পৈশা হাহল্লক্তুনা মহেশপু মনা মনিল নাইদনা লেনমিন্নবক্লি। মহেশনসু মকপ ইঙোগী মতৌ অদুদা থস্মোযনদি পেঞ্জাবি অদুবু মহাক্না লেম্মা চা হক্তুনা থা অনিবোম হাবক্লবা ফাওবা লৈর্বক্লবা অসিদা চংঙমগদৌবা লুপা পৈশা অমদি ম ঙলিবা মতম, সেবা তৌবব পুম্নমক্কু খঙ্কবদা মিংলু ঈবা চেংখিনর্বা নওঙ।

ডাইগা বা অমত্তা তাংগে হায়দুনা 'নংজদুনা' ঙ উত্তর্দিন।

কবি তাংসি হায়বা।

***ঈশ্বরগী শক্তিনা***

ঐ মক্কা যুমদা চিঠি ইদুনা পৈশা থাহন্নবা হাযবদু খবা লুবা মতৌ অমা লৈবন' ভাইনা ......

"মহেশতু ঙসিদি নিষা ফজনা থাদে'ক্কুনা জ্ঞান তানা মী অমা ওইনা মকপ্না শেম্বীবি। মহাক লো তম্নীংই মবম অদুনা মহাকপু মিং চন্নবা অমদি থ খবগী ফিন'চিংবা হোস্টেলগী, লাইবিক লাইশু লৈনবগী লূপা খবা থাবীবকউ হাযদুনা ঐহাক্কা নহাক্তা নমদুনা থমজবিনা ফোটো অসিগা ভাইগা কাপমিন্নবা ফোটো অসিগা থাবীবর্বদ পাবুংগা তামোগা খন্নবগা তামোনা শোইদনা পৈশা থ'বীবক্কনি হাযর্বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

মদু খন্নবা যাবা বাযমনি, অদু.... হযেংদি পুনে মণিপুবী ষ্টুদেন্ট যুনিযনগী ফংসন অমা লৈ। নঙনা ফজনা ঈশৈ শক্কুনা নঙসু হযেং যাওদুনা মণিপুবী ছাত্রনি হাযবসু শক তাকনীংই।

অদু.. ঐদি, মী'ঙন্দা ঐনা লাল্লুবা অমগী ফুবীখিবা মৈতৈ মচা ছাত্র ৭ / ৮ অদুগী মমাঙদা থোকপা অদুদি ইকাইর্জাবির্বানিনে। কৈদৌবগী ইকাইবিবনে ? কন্দিসন্দগী ওইখিবা অদুবু নঙগী ফীভম অদুদগী মায পাক্লকপনা মণিপুবী জাতিগী ওইবক্লবর্দি অফবা নত্রা ? ফত্রবা বতনা কবাণা বালর্মিকি ওইদুনা বমাযণ ইখ্রিবা অদু নিংশিংঙু।

মথং নোংঙানবদা ইঙোনা যাদবদগী মহেশসু ফ্রাবোক্সন কোলেজগী পুনে মণিপুবী ষ্টুদেন্ট যুনিযনগী ফংসন অদু চৎলে। বক্তা কযানা মণিপুবীদা বা ঙ'ঙলবা মতুংদা ছাত্রা ৮ গী ঈশৈ শক্কদবা অদুগী মিং লাওথোকপদা অহুম শুবদা মাগী মিং ইঙোনা শিন্দুনা যাওহল্লে। মহেশতু কাচিন অমদা লুলুক্লা ঙসাই মখৈ তাবম্বদগী মহাক্কী মমিং যাওবকপা অদুদা তুজুংবা ফাওজখি। ঈশৈ মথং মথং মশা তানা শক্লখ্রে। ফংসন অদুদি লোইশিনখ্রে, অদুবু ঈশৈ শক্লিবা পুম্নমক্কগী মহেশনা হেনবনা মহাকপু হঙনবা থিন্নবা মতৈদুনা পুন্নাং লাংনখি। মদুদা ইঙোনা ঈশৈ ফজনা শকখিবা মহেশ হাযবদু মহাক্কী মকপনি হাযদুনা নাপল কানা মাগী মবমদা ঙাঙবা ঙমজখি।

ঙসিদি ইঙোনা মণিপুবদা চিঠি থাখ্রবগী মতুংদা চিঠি অমগা লুপা লিশিং

তবামঙ'গা থ'বল্লে। মতুং নির্নি কো'নবদ' ইঙোনা মহেশপু সিম্বসিস কোলেজদা পুদুনা এল এল বি প্রিলিমিনরিদা মিং চল্লে। নুমিৎ ১৫ নিবোম লৈমিন্নবা মতুংদা মহেশনা মহাক কোলেজ হোস্টেলদ লৈকবগে হাযজবকপদগী যানবদুনা ইঙোনা মহেশপু সিম্বাসস কোলেজগী হোস্টেলদা লৈহনখ্রে। মবক মবক্তা মকপ আন অদু অদুম মণ্ডল্লে। ইঙোন' লাকপা নুমিৎশিংদা অহাওবা এঞ্জাং চাননবা হোৎনজৈ। অসুম্না অসুম লৈবকপনা ইঙোদু বি এ সি ফাইনেল লোযববসু বিজল্ট ঙ'ইদুনা মখা লৈবকপ' অদু মহেশকীদি নুংঙাইজবা ওই'ব। আন অদু সিবাজি বো'র্দত' বার্কিং শাংনা শ'ংনা চৎমিন্নি। মমৈদা মতমনা কনাসু ঙাইরীযু যাদবনা ইঙোদু বিজল্টদা ফ'র্ষ্ট ক্লাস ফাওবদগী সর্টিফিকেট মার্ক সিটর্নাচংবা লৈথোক্লগা অবোইবা ঈদ'ই পীননবা মহেশকীদা লাক'খ। বাবী ব্রাওাই শান্নববা মতুংদা চৎলমদ'ইদা অনি অদুগী মিস্না মবিদগী পাগী ঈবা ইহৌর্নখি।

মণিপুরগী ইম্ফালদা থুংলববদা ইঙোন' মহেশকী ফগৎলক্লিবা মতৌ তমদি লাইবাবক ল'ইশুদ' পুক্লিং চংবতা নত্তনা ঈশৈ নোংমাই যাওবা লৈনবগী ব্রাবী মহেশকী ইমুং মনুংদা তমজখি। মহেশকী মম' মপাতা নত্তনা মযাম্বুং অমসুং মতৈমনসু ইঙোবু কযাম্মুক থাগৎনখি। অদুদগীদি ইঙো অদু মাগী থৌবালগী যুমদ' যৌবদুনা নেনা তানা লেল্লক্লে। মনাওনুপা খেলেম্বা অদু মহেশকুম্না নম্বব ফোব কাপ্পা হৈনবল্লে মাগী চৎনা লোনচৎ চাকচা যাহিপ কন্না চেক তৌবব' মতুংদা মনাও অদুবু বিহের্ল্লিতেসন সেন্টব অফবা অমদ' থম্বীদুনা লাইযেংনব' মপাদ' ইঙোনা হাযজখি থা ৫,৬ লৈববা মতুংদা মপাবুংনা মনাও খেলেম্বব বিহের্ল্লিতেসন সেন্টব অমদ' থর্মজনখ্রে। মতম খবগী মতুং থা অনিবোম তেনগৎলক্লবদা মপান' মনাওগী ফীভম যেংশিন্নবা চৎলু হাযবদগী চওবা যাদদুনা ইঙোন' বিহের্ল্লিতেসন সেন্টবগী এনজিও ওফিসতা লাক্লি। ওফিসাব অদু উন্নদবা যা'দবা দবকাব অমা লৈবদগী উন্ননবা হাযজববদ' ক্যুদা ঙ'ইব' তাখি। মমৈদা চানস ফংদুন' চংলুবদ' লু লুক্কা ফমলিবা ওফিস'ব অদু মহৌশ নী পুনেগী মহেশ অদুনি হ'যব' খঙলক্লে। মহেশনসু মমায নোনখৎলকপদ' ইঙোন' মমাঙদ' ফম্বা অদু উবদা ঙক্কা ফুক হৌগভুন' খুৎ শেব্র'বে খঙদিংলিব' হ্রাবদু ইঙোদ' ***ঈশ্বরগী শক্তিনা***

লিবকখি। মদুদি 'ইঙোনা পুনেদগী চৎখ্রবা মতুং থা ৬ মুক লৈবগা এল এল বী প্রিগী পাদ্বিক্ষা ফজনা ইদুনা থাদোক্লে। মতম অদুদা মযাম্বুংনা কন্না কৈবকপদগী মণিপুবদা থোক্কবা যাদ্রবা মতৌদা থোক্লক্লে। নম্বব ফোব চহি ৭ সেম ১৯০বস্বদগী নোবমেল লাইফ ওইবগা ঐচ আই ভি পোজিটিব ওইদবা দিএ পাস তৌবৰা মীওই অমা কৌবদা য়াম্বুংনা এনগেজ তৌনবদগী ঐহাক্কী নম্বব ফোব চাবগী মহৌশাগী খববদা ফোটোগা লোইননা বিকোর্দ লৈখিবা অমদি অতৈ বিপোর্টশিংগনা থবক চংলকখি। ঐ ওফিসাব অসি ওইবা থা ৪, ৫ শুবক্লে। হৈজিক্কী পুক্সিসে নিযানা লাইচুববশিংগী সেবাদা কখোক্লগে খল্লে। মবম অসিনা মকপকী ননাও খেলেম্বগী তেংবাংবা যাবা তেংবাংদুনা হেৎনজখিনি অদুগা অমনা ঐনা মকপ্তা চিঠি থাবক্কবগী মবমদি ঐ অসুম্না মী অমা ওইববা মতমদা শাফেংলগে খনখিবননি, বাবৌবা যাদে। ঐখোযগী ইমুংগী মীপুম খুদিংনা ভাইবু চাক্লেন অমা চামিন্নবা পাম্মী। মথং অমুক উন্নবদদি মতম লেপ্পবসি হাযদুনা ব্যেহাবগা লোযননা পাউদমলকখি। পুম্নমক অদু তাক্কবদা ওল্লক্লিবা ওইবক্লিনা মতৌ অদুদা শাথিনা ঙক্লবা ইঙোনা হাযলকখি "য়ু আব দি গ্রেট" ।

# ফওম্লরোইদবা নওবু নুংশিরক্লীবা

এ স সিগী আর্মি মতম খরা ওইরুদুনা পুনেদা লৈরুরবা মহেসতু সুবেদাব অমগা খৎনরুবদগী ময়ুম থৌবালদা থোরক্তুনা লৈরকপা ফন্ম কুইরক্লে। থবক শুফম-লাকফম খঙদা মতৌদা জ্বার খরা শান্ন, য়ু খরা থক লেনবদু, মহৌশা পৈশা থোক্লকন্নগা থোক্লক্তবা, থবক চিন্না লৈরম্লগা লৈরক্তবা মতৌনা খবচসু ব্রাৎলকপদগী ককওাওনরক্লি। মমা লুখ্রাবী কৈথেল লুকমাই পানবী অদুনা মচলগা মনাওগতা নত্তনা মাগীসু খরচ হূনবা অদু ঙমদবগী অব্রাবা অদু খম্বরুরগা মহাক মণিপুরগুম্বা লৈবাক অসিদা হিংবা তল্লকই। থোক্লবা অমা লাক্লনি হায়দুনা ভরা খরা পুরদুনা নম্বো পোদুনা মুম্বাই তমলকই। মুম্বাই য়ৌরবদদি চানিংঙাই থক্লীংঙাই লৈতনা লম্বীদা খোঙনা তত্তনা চত্তুনা কম্পনি কয়া, ফার্ম কয়া থিরকই। নোংমদি ব্রারবা খৌগংলবা, চাদ থক্তবনা চোকথরবা মহেসনা মুসলমান মৌলবী শনানবা অমা নুংশা শারবা নুংথিল অমদা থেংনরুই। মৌলবী অদু ইউ পিগী মুস্লীমনি। মহেসনা মহাক্কী ব্রারবা ব্রারী পুম্নমক অদু শেংনা লিরবা অদুদা মৌলাবী অদুনা চানবিরদুনা নুমিৎ তরেৎনি ফাওবদী মাগী ভরাগী কা অদুদা লেম্না চা থক্তনা লৈমিন্নবা য়াগনি। অদুবু মহাক তরেৎনিগী মতুংদদি ইউ পিদা অমুক চৎখ্রগনি হায়বিরে। অদুনা নুমিৎ তরেৎনি অদুগী মনুংদা মহাক্লা থবক অমা থিবা ঙম্নবা হোৎনজবো হায়দুনা মহেসপু টেক্সী অমদা পুবিরক্তুনা মাগী ভরাগী কা অদুদা লৈহল্লে।

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা মহেসনা মাগী সুট কেশ মনুং অদুদা পুনেগী ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াগী ব্রাঞ্চ অদুগী মাগী বেঙ্ক পাসবুক অমনবা অদু থেংনরক্কুনা য়েংলুবদা লুপা লিশিং অহুমখক লৌথোক্লিংঙাই বেলেন্স লৈরম্বদু থেংনকরে। লৈখিদ্রবা মতম অদুদা হরাওবনা ঙাওরবা মহেসনা মৌলবী অদুদা ব্নাবী লিজদুনা ভরা খরা পিননবা হায়জরক্লে। মৌলবী অদুগী ভরাগী কা অদুদা লেম্না লৈবা মরিনি শুবা নুমিৎ অয়ুক পুং ৬.৩০ রোম তাবকপদা চাবা থকপা তোক্লবা মতুংদা বস তোংদুনা মুম্বাইদগী পুনে চৎনবা লাকখি। খঙহৌদনা নোং মঙশল্লকপা অমদি ইংশল্লকপা মহৌদা শাংলবা লম্বী অদুদা মশাদু চিংনবা ফাওরকই। মতম অদুদা নোংসু কন্না তাশিল্লক্লে। ইংবনা মহাক থক-থক নিক্লকই। থংনবা সিট অদুদা মহাক্না ইংলিসমেন নুপী শকহেনবী অমগা নুপা অহন ইংলিসমেন অমগা ফম্লীবদুদা ইংমনবদুদা লংতক্লুনা য়েংলকই। ফজববী ইংলিসকী লৈশাবী অদুনা মহেসকী ইংবগী মহৌদু উরুবদা মাগী কোঁট অশাংবা অদুনা মহেসকা ইনবোই লিৎপোই তৌমিন্ননবা হায়বকপদু ইংলিস ফজনা ঙাঙবা থোকত্রবসু মহাক্না খঙখি। ইংমল্লকপা অদুদা তঙাইফদনা যাদুনা লৈশাবী শখঙদবী অদুগী কোঁট অদুনা অনিদু ইনমিন্নবোই করিবোই ইংবদগী কন্ননবা হোৎনরকই। ফজরবী ইংলিস নুপী অদুগা লেংজুম লেংজুম ঙান্ননা কোঁট অদুনা কোনমিন্নবা অদুনা গোলাই কয়াদা মহেসকী পুক্লিং ককঙাওনহল্লি। লৈশাবী অদুনা কবিসু খৌ-ব্রা শাদনা 'ইংবা খরা ফরব্রা' হায়না হঙলকই। মহেসনা 'য়েস' হাযদুনা লাংতক্লরিবা থম্মোয অদু ফাওখজে। নোং খরা খরা হাংলক্লে, ইংবসু ফবক্লে। পুনেসু যৌবক্লবদ', 'থেঙ্ক ইউ মেদাম' হায়না কোল্লিবা কোঁট অদু তপ্না ইস্তোকচবগা লৈশাবী অদুদা চিংনা য়েংলম্লগা বস অদুদগী কুমথরক্লে। পৈশাগী ইখৌ লাংবনা শাংখ্রবা লম্বী অদুগী হৌখ্রবা থৌদোক্তু থৌ-ব্রা ইশা শাদনা খোঙনা অসুম চৎলকপনা বেঙ্ক অদুগী ত্রানসেক্সন মতম লোয়খিবনা মীদি হাংলক্লে। ত্রানসেক্সন মতম লোইখ্রে খঙলবসু বেঙ্ক অদুগী মেনেজর অদুদা মাগী উপাই অমত্তদি তৌবিয়ু হাযজরবদা মেনেজর অহল অদুনা পাস বুক অদু য়েংলগা তপ্না হযেংদু দরখাস থারগা যাননবা শিনবিগে হায়খি। অদুবু মহেসনা হায়জবা কনমনবদগী য়ান্নরদুনা লুপা: ৩০০০ দু পীবিরক্কুনা

হরাওনা লাক্লে। মুম্বাইগীদমক্তা অমুক হনবা নংলবোইদৌবা অদুগা নোং মংবনা খরগা ইংবা অদুদা পুনেগী অহোংবা হোটেল অমদা হুইস্কি বোটল তঙ্খাই অমা লৈদুনা চাদুনা থক্তুনা অহিং অদু মতম লেন্নবা থৌরাংখ্রে।

নোংঙানবা ঙাইঙমদা মুম্বাইগী মেরিন দ্রাইবরোমদা ত্রেন তোংদুনা পুনেদগী মহেসতু হল্লকখি। সমুদ্র মপান অদুদা নুমিদাংব্রাইবম অদু অসুম কুফেৎ কাফেৎ চৎলম্নদগী সমুদ্রা অদুবু য়েংলদুনা ব্রাখল অমদা তাওথদুনা লৈথোক্লে। স্ত্রান লাক্তুনা মতম মাংখিবা তারে। থেংখ্রে নুমিৎ তাখিগদৌবে হাযদুনা মায ওল্লকপা মতমদুদা ঙবাংগী ইংলিস নুপী শকহেনবী অদুগা গম হেক থেংনকবে।
Hi, Where do you live?
- Madam, I Live at Mhaskar building opposite Ruia College.
- Are you. Burmese or Chinna?
- No, I am Indian, from North East Indian State. Manipur
- Manipur, where is it located?
- Near Myanmar Border.

অনিদুগী ব্রাবিদু তাবদা ইংলিসমেন মপা অহল অদুনা হাযবকই,
- Oh Manipur. which is renowned for Dance and sports It is the land where our ancestors (British army) died. Hey, can you lead us to Manipur for some days?
- Father, I may lead but I am emtied.
- We will expense everything. Come on we will stay together in our room We will discuss for taking permission of entering Manipur from the tourism Department.

ব্রাখল ঙাইহাক তৌকরবা মতুংদা মণিপুবদগী থবক থিগনি হায়দুনা লাক্লগা অমুক থুনা হনগদবদু হন্নিংদে। অদুবু লৈশাবী অদুনসু কন্না হায়জলকপদগী হাযফম তৌফম খঙদনা যানিংদা যানিংদা মহাক্লা লুচিংদুনা মুম্বাইগী টুরিজম দিপার্টমেন্টকী মবি লৈনবা মী উন্নবা লাক্লে। হাপ্তা অমরোমদি পাসকীদমক ঙাইনবা তারে। পাস ফংদ্রি ফাওবদি ফোবেন্নবশিং অদুগী হোটেলগী কাদা লৈমিন্নবা তাবক্লে। মহেসনা মৌলবী অদুদগী মাগী পোৎচৈশিং অদু পুথোবক্তুনা ফোবেন্নবশিং অদুগী হোটেলগী কা অদুদা থমখ্রে। লমযৌনা ফজখ্রবী ইংলিস নুপী লৈশাবী অদুনা মঙোন্দা চন্নীবনি হাযদুনা তৌজরিবা কয়া অদুনা মহেসপু

নুমিৎ কয়ামুক ঙাওহনখি। অদুবু মচিন অমদি মমাই অদুনা পুকচেল চাওবা শাদুনা রাখলদু ফাথজদুনা অচম্ন অফবা মতৌ উংচৈ। রাব সমিত্রদা সেলুট পিজনিংবগী অপাম্বা মতৌনা নুমিৎ খর্বনগী মতুংদা মণিপুরগী টুরিষ্ট দিপার্টমেন্টকা, যানববা মতুংদা নুমিৎ তবাহুমদোইনিগী পাস ফংলবদা ফোবেন্নব অনিদুগা লোয়নননা মহেস মথংগী নুমিত্তা মণিপুরগীদমক্তা খোংশানবা তাখ্রে। মখোই পৈশা পাই, অদুবু রেলগাড়ীদা চত্নুনা ভবত্তকী লমদম কয়া অদুগী লমিৎ-তুমিৎ অমসুং মীয়ামগী শকওং অমসুং লমচৎ যেংনংবদগী মুম্বাইদগী গৌহাটি যৌবগী বেলগাড়িগী টিকেৎ কবংখ্রে।

মথং অযুক্তা দাদব ষ্টেসনগী প্লেটফোর্ম অদুদা ব্রেক ফাষ্ট লৌববা মতুংদা সেকেন্দ ক্লাসকী কম্পার্টমেন্টতা ফমহানবে। বেল গাড়ীগী খোঙচৎ অদুদা লৈশাবি অদুনা মাগা কবিম ও গঙ্গে ইনদনা ঙাহু-থেংথুবা তৌনবা অমদি চম্না লৎ-লৎ বাবী শাংবা অমদি মল ক্র মমিৎ লাওথোক্তুনা লক্রবকপা মতৌ অদুনা মহেসতা নুংঙাইজবা অমসুং থম্মোযদা নুংশি ঈখৌ লাংবা মতৌদি ওইবক্লি। মমিৎ অদুনা হুবান হুবান লৈশাবি অদুগী ঙৌববা ফজববা শক্তম অদুবু যেংজদুনা থম্মোযদুনা কল্লকচৈ। পৈশা পুম্নমক নুপী অদুগী মপা অদুনা পুথোকপা ঙাক্তনি। মমৈদা এম পি গী লমদম কং বিহারগী লমদম কয়া, মখল মচু কযাগী মীযাম কয়া থেংন থেংনা লাকপনা গৌহাটি যৌবক্লে। বেলদগী কুমথদুনা অচা-অথক কয়া তৌববা মতুংদা কেইবা যাব যেংবা যবা খবা যেংলগা বসকী বেটিং সেদ অদুদা ফমদুনা মতম ৬ ইঞ্চি নুংঙাইবা রাবী ঙাকনি, অদুবু মহাক্না মফম খঙদনা মহাক্কী ফোরেং নং শেংশিংং অদুদদি ফোংদোকপ। যাদনা মণিপুরলোমদা হল্লকলিবা অদুবু নিংশিংলুবদনা তু চুংজে। মম লুখ্রাবী, লাইরবি অদুগী মতেং পাংঙমদা কমদৌনা অমুক মংমদা চংগ দৌবনে খল্লুবদা মথম্মোযদা নুংনাংজে। অদুবু বাখল পুম্নমক অদে লশিং মফোনগুম্না থেংলবা, থাবলগুম্না ইংলবী মেম নুপী এবেশ মেরিগা শুমহৎই চেল্লবা শবান ওইবিবা হকচাং অদুগা ফমদোক-ফমজা, চহেক চৎ শন্দা ঙাহু থেংথুনবকপদা হেক্রা ককঙাওননা ঙাওহনখি। বসন্ত অনি অনি ফমলবা সিউ অদুদা লৈশাবী অদুনা মপাবু তোঙানবা সিউ অমদা ফমহল্লগা মহেসক শুমহৎলবী নুপীজা অদুগা ফম্মিন্ননা লৎ লৎ লেক খেনা রাবী শানা শ শ ংনিম্মিংবি। অদুগা বস অদুনসু জ্র জ্র থৌখি। মমৈদা

ঈশ্বরগী শক্তিনা

জখরবন্দী টাউন্দা অহিং অদুমা শাগা লোইনরবা চাক য়েনশাং হোটেল অমদা ফমথদুনা মপা অদুগা এরিশ মেরিগগী মরক্ত ফমদুনা হাওনা চখি। এরিশনা মঙোন্দা য়েনগী হাওরবা মতুম অমা ময়াদা নুংশিনা ইনবিরকখি। মহেসনসু নুংশিজরবী এবিশতা য়েনশাদু ইঞ্জনিংখি অদুবু অরেম্বা শাদুনা চাবা য়াবা চারবা মতুংদা বসতা অমুক কাখৎনরকখি। বস অদুনা জ্রি-জ্রি যাংনা থৌরকপনা ডিমাপুরদা চিন-য়া শেংদুনা চা-নুং ঙাইহাক থক্কুনা পোথানরে। মতুংদা বস অদো মণিপুরগীদমক অমুকসু খোঙশাল্লক্লে। লম্বীদা চাননবা অচাপোৎ এরিশ মেরিনা মহেসতা পৈশা পীদুনা লৈবকপা কয়াদো শাইনা শাইনা, ব্রারী ব্রাতাই কয়া শানা শানা মাও য়ৌরক্লে। মাওগী হোটেল অমদা চাবা য়াবা কয়া চা-থক্লবা মতুংদা বস অদুদা অমুক ফমথরক্লে। মতম অদুদদি মণিপুরগী লম য়ৌরক্লবনি হায়না এরিশ মেরি অমদি মপাদা লিরগা নুংঙাইবা ফাওজে। অখঙ-অহে শাদুনা এরিশ মেরিনা হঙবা লমিং-তুমিংকী ব্রাহং কয়া মহেসনা পাউখুম পীজরি। নুংখিল পুং অহুমলোম তারকপদা মণিপুরগী কোনুং ইম্ফাল সহর য়ৌরক্লে। মখোয়না ইম্ফালদা হেক থুংলবগা ওটো অমদা পোৎ-চৈ পুম্নমক হাপচিল্লগা অনিশুবা ওটো অমদা অহুমদু ফমদুনা হোটেল ইম্ফালদা থৌজিল্লক্কুনা কাজাও অমা রিজর্ব তৌরে। নুংখিল নুমিদাংব্রাইরম অদুদা ফোরেন্নর অনি অদুনা বেদ ফজরবা নাল্লবা অনি অদুদা পোত্থানরি। তাঞ্জা অদুদা মহেসনা বাঠ রুমদা চংশিন্দুনা ইরুজথোক্লে। মমৈদা এরিশসু বাঠ রুমদা চংশিনখ্রে। মথংদা মপা ইবুংঙো অদুসু বাঠ রুমদা ইরুনবা চংশিনখ্রে। তাঞ্জা অদুদা এরিশনা মাগী শুমহৎলবা শক্তম অদুনা মহেসনা ফমলিবা সোফা অদুদা ফমথরক্লে। মহেসকী মরাল লৈজদ্রবা হকচাং অদুদা এরিশনা তত্তনা ঙাথু-থেংথুরকপা মতৌনা মহেশপু কয়ারক হমাং কাংহনখি। ঙসিসু হমাং অদুমক কাংলি। শ্বর ফুইনা হোল্লবা মহেসপু এরিশ মেরিনা ঙাথরকপা অদুনা ককঙাওনরিবা তাল্লক অদুদা মপা চংশিল্লকপদগী ফম্ফম খরা লাপথোক্লজরগা লৎ-লৎ লাওনা ব্রারী তৌনখি।

মথং নোংঙানবদা ব্রার সিমিত্রিদা অহুমদু চংদুনা ইংলিসমেন অনিদুনা সেলুট পীদুনা মপা মপু লৈখিদ্রবা কয়াবু নিংশিজনা পীরাং শিঙ্খজে। মথংদদি মথং মথং মোইরাংগী সেন্দ্রা, লোক্তাক পাৎ অমদি কৈবুল লমজাও কোইরকখি। মথং অমুকসু শ্রী গোবিন্দজি দর্শন তৌজখি। অমুকসু উখ্রুলগী শিরোই লিলি য়েংমিন্নরুই।

***ঈশ্বরগী শক্তিনা***

তমেংলোংদা চত্তুনা শুরুং অমসু অৱাবা কযা খাংনা যেংমিন্নকই। ফোটো কযাসু কাপখি, কাপমিন্নখি। নুমিৎ তকক্লি শুবদদি এবিশ মেবিনা মহেশকী পোক্লফম হৌবালগী যুম অদুদা চৎলুসি হাযদুনা কন্না তকশিল্লক্লে। মহেসনদি যুমলৈ-কৈবৈ মতা অদুদা মযুমদা চংগাদবদু যাজদবনি অদুবু এবিশকী অকনবা শফুনা হেনখিদুনা চৈক্সি কাব অমা তোংদুনা হৌবাল তল্লক্লে। ইংলিস নুপী ওইজববসু ভবতকী হৌনা লিচৎ শেংনা হৎঙলবী এবিশ মেবিনি। মপাসু অদুমক খঙবা নুপানি। যুম যৌবদা মমানা মৈ ওক্তুনা মচল অমসুং মনাওনা ওক্তুনা যুমগী মাঙ্গোলদা কাখৎলকই। পুম্নমক্না নে তনা ফম্নদুনা ঈশ্বৎ অর্মদ খঙনবা যাবা ৱাহৈদা ঙাইহাক নোক খেকববা মতুংদা এবিশনা মহেসকী মমাগী মখোঙ পাযদুনা খুবমজৈ। চঙক্লববী মমা ইবেম্মা অদুনা এবিশকি কোকথক্তা নাম্ববিদুনা 'মঙ্গোল ওইজৈ' হাযদুনা নাম্ববিখি। চা-নুং থকমিন্নবে, মহেসনা নুমিৎ নিপান্নী-মপলনি যুমদা হলকখিবোই হাযদুনা ৱাবী তৌজৈ। এবিশনা মহেসকী মমাদা চামঙা চৎপী নোট অনিখক পীজৈ। মহেসকী মমা অদুনসু ৱাখল অমগা লোইননা হবাওনা লৌশিনজৈ। মতুংদা মখোয অহুম অদু কাববোমদা চংশিনখিদুনা ফম্নথনখি।

ঙসিদি ম্যানমাব খোঙচৎনি। টাটা সুমোগী ফম্ফমদা অহুমদু ফম্নদুনা ইম্ফালদগী মণিপুবগী বোর্ডব মোবে তল্লকই। ফোবেন্নব অনি অদুনা মণিপুবগী প্রকিতিগী ফজবা কযাদা গা গা হবাওনা নোক খেনা ৱাবী তৌনজৈ। পলেম্দা চাক চাবগা চীং লম্বী অঙম্বা অদোমদা টাটা সুমোদু জব জব যৌগৎলক্লি। অশং-অমান, উমং-ৱামং কযা অদুদা শুমহৎলবা অনি অদুনা নোক্লা-খেনা দাইবিদা লম মমিংনচিংবা নোট তৌনজৈ। মমৈদা তেংনৌপল যৌবক্লে। চেক-নুং তৌববা তুংদা ইকুই কুইদনা লোকচাওগী ফজববা ঈচেল উবক্লে। মথং মথং খৌজিল্লকপনা মোবে সহব চীংযাংদগী ফজনা উবক্লে। হৌজিক্তী মোবে সহবদা টাটা সুমো থুংলখ্রে। হোটেল খবা নানবা অমা থিদুনা নুমিৎ নিনিগী কা ৱাইদুনা পোৎ-চৈ থম্লম্লগা কোইবা যাবা কোইববা মতুংদা হোটেলগী কা অদুদা থুংলবে।

নোংঙানবগা ম্যানমাবগী বোর্ডব টাউন টামু তম্না চংনবা যৌবাং তৌবক্লে। খোঙনা খবা শাংনা চৎলবসু নুংঙাইবা মতৌ অমনা অহুমদু ইৱা ৱাদনা টামু যৌবক্লে। চীনাগী দুকান অমদি অতৈ দুকান কযাদো চং চংদুনা মখল কযাগী

লৈনরবা মতুংদা হোটেলদা চাবা য়াবা চারগা মহেসনা কুলি ওইরদুনা মোরে তমলক্লে। নুমিৎ অদুগী অহিং অদু নুংঙাইনা পোথানরে। অথেংবা অহিং অদুদা মহেসকী ফম্মুং মমাং অদুদা কালেন থাদা শেৎপা স্লিপিং ড্রেস ফজখ্রবা অদু শেৎলগা এরিশ মেরিনা য়াম্না চরাম্লনা মহেসকী কাংখল অদু হায়দোক্লকপদু মহেসনা শং শং য়েংলক্লি। তনৌরবা খুৎশা অদুনা মহেসকী মাযথোং অদুদা তপ্না নাল্লকপা মতম অদুদা মপাবুং অদুনা লোক খুরকপগা লোইননা " নোংঙালগদবা কয়াম ব্রাৎলি" হঙলকখিবা অদুনা এরিশনা মপান থোক্লুবা শাদুনা "ব্রাৎলি" হায়দুনা ফুইনা হোনবা শ্বর অদুগী মরক্তগী হায়দোকখি। অদুবু মপা অদুনা মচানুপী এরিসতদা নত্তনা মহেসপু মীকপ থোক্লবোই নিংদুনা ব্রারী তৌবা হৌরকই। মদুদগী ব্রারী শানা শানা বাঁঠ রুমদা চংদুনা লোইশিন্নদুনা অয়ুক্কী শাজোল তৌনরক্লে। অমসুং ইম্ফাল য়ৌনবগী থৌরাং তৌনরক্লে। মদুমক্তী হয়েং ফ্লাইটকী টিকেট মাংজৌননা ককখ্রবনা হয়েং কোলকতা ফাওবা পাইখ্রগদবনি। মোবেদগী মখোয় ইম্ফাল য়ৌরকখ্রে।

নোংঙানবগা ইংলিসমেন অনি অদু মাগী মাগী পুগদবা পোৎ-চৈ লোইশিন্নরে। চাগদবা থক্কদবা মহেসকা লোইননা চামিন-থকমিন্নরে। ব্রারী ব্রাতাই কয়া শান্নরে। মমৈদা এরোড্রোম য়ৌবক্লে। চেক-নুং তৌবা য়াবা লোইরবা মতুংদা অনিদু প্লেন্দা কাখৎখ্রে। এরিশনা মহেসলোমদা য়েংলক্লগা মখুৎ হাইরি। হাযরিবা মখুৎ অনি অদু মচিন্না চুপচরগা পেন্না য়েংদুনা মখুৎ হায়বি। মপাবুংনা এরিশপু চিংশনখ্রে। মহেসকী পীরাং ইঙা নোংহৌগুম্লক্লে।

প্লেন পাইখ্রে, মহেসনা তাম্লপ পাইখ্রিবা ঐরোপ্লেন অদুবু য়েংলুরগা পীরাংলক অদুদগী হৌখ্রবা এরিশ মেরি অমদি মহাক্কী চম্লবা শক্তমদগীনা লুরবা তাঙ্কক কয়া শঙ শঙনা উরক্লে। ইফুৎকী মতৌগুম্লবা পীরাং অদু তৈথোক্লবসু লেপখিদ্রে। প্লেন অদুনা তামখ্রবা অমসুং চৎলমাই মীকুপ অদুদা এরিশনা মাবু য়েংলম্বদগী মপানা প্লেন মনুং অদুদা চিংশনখিবদু নিংশিংলকপদা খোঞ্জেল থোক্লা মহেসতু কপলক্লে।, ইক... ইক... ইক... এরিশ মেরি... মেরি ও মেরি....।

## এক্সপ্লেনেসন কোল

সাহেবনা বেল খীংখ্রবা মতুংদা পিওন লাক্তুনা নিংথেম্বু কৌরকই, ‘সহেবনা মাগী কাদা অমুক্তা চওলকউ হাযবি নিংথেম’। পিওন্দুগী পাউখুম ওইনা নিংথেম্না খুমখি- ‘হোয হোয কৌথ্রপোৎনি।’ নিংথেমদু সাহেবকী কাদুদা চওলকই। সাহেবনা তপ্না হাযবকউ, ‘নওগী ফিল্ডদা লৈবা ইবোহল হাযবা অহলদো থবক সুক্লাক লাক্ত্রে হাযবি, তাং ১০ দগী ১২ ফাওবা লাক্তবগী এক্সপ্লেনেসন কোল তৌ, তলবকা অমত্তা শাকনু মতীক থোকপা লাক্লগে’। সাহেবকী হাইবপ শাউবংনবা ব্রাহৈ অদুনা নিংথেম্না ব্রা ঙাওনবগী শক্তি হন্থবনা ‘ফগনি সাব’ হাযবম্লগা প্রপ প্রপ থোবক্তুনা সহেবকী হুকুমনি হাযদনা এক্সপ্লেনেসন কোলগীদমক্তা ড্রাফট অমা তৌজবদুনা টাইপ নল্লি। মপুক্লীংদদি খল্লি, ‘ইবোহল হাযবা অহলদু জুবিদি খবা থীবনি অদুবু সাহেপকী হুকুম্লনা তৌদবা যাদবনি’। নিংথেমসু ব্রার্ক চার্জ বেকোর্দ এসিষ্টেন্ট নি, ইবোহলনা ব্রার্ক চার্জ খালাসিনি। মখোয অনীমক ব্রার্ক চার্জ ঙাক্লি। তলপ্না নিংথেমনা শাবগা এ ই সাহেবতুনা সহী তৌবগা দিভিজন্দা থাবগা ই ই সাহেবনা পাস তৌগদবনি। মতুংদা কেসিযাবনা চেক ইবগা ই ইনা সহী তৌবগা এস বি আই বেঙ্কতগী পৈশা কাযবগা ফংনবা ইঞ্জিনিযাব ওফিসকী ব্রার্ক চার্জগী তলপনি। মদুসু যাম্বা নত্তে, অদুবু মদুবু শাহন্দদুনা থা অমদু তলব ফংহন্দ্রবদি তাদা ইবোহলদু মচাও মশুও ওল্হোক্লা ব্রাবদি

তারেদকো খন্না খন্না টাইপ তৌবদি লোইশিল্লে। পিওন্দু লাকই, 'সাহেব ফিল্ডদা চৎকদৌরি, ঙসাইগীদু লোইরব্রা পুরক্লো হায়রি'। পম্বুবা য়াদ্রবা মতৌ অদুদা নিংথেম্না ওর্দর ওইরগদবা অনম্বা অদু সাহেবতা পিওন অদুগী খুৎথাঙদা পীশিলহল্লি। কুইদে থাদোরকই। নিংথেমনসু, কমদৌনদি তৌনি, ঐনসু তৌগে হায়দুনা তৌবদি নত্তেদনা হায়দুনা পিওন্দা তাদা ইবোহলগী ময়ুম য়ৌননবা শোয়দনা পীয়ু হায়দুনা ইনভেলপ্তা সিল তৌদুনা কনফিদেন্সিয়েল হায়না থাদুনা থাখি।

নিংথেমদু য়াম্না লায়রবা ইমুংগী বি এ পাস তৌরবা মীওই অমনি। মতু-মচা লৈরে। অদুবু মশাগী মহৈ মতীক চাবা মীওই অমা ওইজরবসু পৈশা লৈতবদগী মহৈগা চান্নবা থবক অমা ফংদবদগী মেত্রিকুলেত পোষ্ট অদুদা রিগুলরমকসু নত্তনা ক্লার্ক চার্জ রেকোর্দ এসিষ্টেন্ট ওইনা পুরিবনি। সাহেবনা মহাক রেগুলর নত্তে খঙলবসু য়াম্না লুনা নুংশিনা তৌবী। মদুমক নিংথেম্না ওফিসকী মথৌ অদু পুক্নীং চঙনা নিংথিনা তৌবদগীনি। করিগুম্বা মতমদা সাহেবনা মাবু সাহেবকী জীপ্তা বাজার ফাওবা লম্বী ওইবদগী পুবিখিবা কয়ানি। ব্রারী শামিন্নখিবা, চা থকমিন্নখিবা কয়ানা মতম অয়াম্বদা ওফিসকী রেকোর্দ অয়াম্বা নিংথেমগী ভেরিফিকেসন অমদি রেকোর্দ য়াওদনা তৌহনবা য়াদবা মতৌনা ঠিকাদার পুম্নমক্না নিংথেমবু খনবগী মতৌ ওইবনা নিংথেমদো অপাইবা পৈশা কয়াসু ইঞ্জিনিয়ার ওফিসতা ক্লার্ক অমা ওইনা লৈবগী মচুমতা ওইরবসু চাবা ফংজে। অদুম্নমক নিংথেমদু মচলগী লুহোংবা অমদগী মীগী শেন্দোলনা হন্দক্কী থা অমা অনীসিদি ককঙাওনরি। য়াম্নমক তম্না ঙমদ্রবসু মচলগী লুহোংবা অদুদা অমা অমা শোয়বা য়াদবা, ব্রাৎপা য়াদবা কয়া শিনবদগী মহাক্কী পৈশা খরা পুৎথখিবনি। মরম অসিদগী শেন্দোয় লৌবা কয়া, লৌদবা কয়ানা অমদি ঙংখৎনবা কয়ানা নিংথেমগী মপুক্লিং অদু খোয়রাং-খোয়শাওনবা মতম ওইরি। শেল তোনবা হৈনদবী মাগী নুপী অদুনা মরোল অমা পৈশা থৌবা লাকপা মতৌদা হৈনদবদগী মাগী মথক্তা চার্জ তৌরকপদা থম্মোয় শোক্লিবা, ফীভম অদুনা নিংথেমদু যুমদা মেন তানা পোৎথাবসু ঙমজদে। অদুগা ওফিস্ত ফংলে মাবু য়েংশনবা ষ্টাফসু য়াওরি। নিংথেম্বু সাহেপনা নুংশিবিবদগী মাবু পৈশা ফংহনবা কয়া

য়াওবনা মখোয়না মখোয়দা থবক খরসু শিন্নদে, মথন্তা শুদুনা লৈরে হায়দুনা জুরু-জুরু তৌনদুনা মাগী অশোয়বা য়েংদুনা লৈবা মাষ্টররোল, ব্রার্ক চার্জ কয়াসু য়াওদবা নত্তে। মদুমক মহাকসু খঙঙি। অদুবু অথু-অহানগী থবক ঙাক্তা ওইবা কয়াদা মখোয়দা তাকথোক-তাকশীন তৌদুনা লেকচর পীদুনা লৈবগী মতমদু নত্তবা ওইবনা অমদি সাহেবনা থাগদৌরিবা চে-চাংশিং অমদি কন্সর্ন এস ওশিংনা শাবা বিলশিং মদুদা নত্তনা হীরম কয়াগী চে-চাংশিং অমদি ফোরব্রার্দনচিংবা নম্বর-নুংবর চন্দবা তৌদবা য়াদবা কয়াদা মাগী সহী অমদি খুৎ য়াওরক্রুবসু সাহেবনা মাবু অমুক শাউবিবা মতৌনা তঙাইফদনা মানা তৌজরিবা থবক্কুদা অতোপ্পা মীওই কয়া অদুনা মাবু লান্না খন্নবিবনি। অসুম্না অসুম মাঙসু লাং তুংসু লাং হায়বগুম্না থম্মোয়দু ইনুং নুংঙাইতবা মতৌ অমনা নিংথেম্না মাগী পুক্সিবু নিন্দা তৌজরিবা মতমনি।

ঙসিদি মাগী নুপীনা চাকঙন থোংদুনা চাক লোইরবদা হোবে হোবে ঈরুজদুনা চাকশঙদা চাক চাগে তৌরকপমক্তদা শেল থৌবা মীওই অমা অমুক লাক, অমা অমুক লাক, তরুক লাকই। ঙসিদি তলপ ফংগদবা লৈরবনিনা ঐগীদুদি খরা ইন্থোকপিহৌরো, ঐগী শেন্দোয়দু শোয়দ্রগা লোইবেদা, ঐগীদি ষষ্ঠী অমা হেক থোকচল্লকপা অসিদা থুদবা য়াদ্রবননি, ঐখোয়গীসু অহন্দু রিমসতা পুখৎখিবনা পৈশাগী দরকার য়াম্না লৈবর্ননি। খঙদে, মতৌদুদা নিংথেমদু ‘হোয় খরা-খরা য়েংনরগা তৌবা হায়বদুনি’ হায়দুনা চাক্তু নন্নী। কনামদি মানা চাক চাবদু য়েংদুনা ব্রারী তৌবসু য়াওরি। নিথেমদু চারে চাফম খঙদনা ফী-রোল লোইশন্দুনা ওফিসকীদমক মাগী নুংশিজববী নুপী অদুদগী লুপা কুন্দং লৌরগা মখোঙনা থোরকখি।

ওফিস য়ৌবগা চৌক্রিদা ফমথবদা ঙায়রিঙৈ মতমদুদা সাহেবতু চঙলকই।

- অহল ইবোহলগী তলব শাখ্রবরা?

- শাদে সাহেব, মাদি এক্সপ্লেনেসন কোলগী রিপ্লাই পীরক্ত্রিবননি।

- করিগী শাদ্রিবা, হৌজিকমক শাউ।

- সাহেবনা শাবা য়াদে হায়বিবদুদা শাজদবনি।
- কবি হায়বা, করিগুম্বা ইবোহলগী তলপ নংদ্রবদি নঙগী তলপতু মঙোন্দা পীখিবা তাবনিকো, নঙ তলপ ফংদবা তাবা, প্রপ প্রপ শাদুনা বিল নংনবা পাস তৌহনগদবনি।

অসুম্না শাউরংননা সাহেবতু মাগী কাদা চঙখি। নিংথেমদু মমায়-মমীৎ ইখেঙ অমুক ঙাঙশিল্লকই। খুম্নীংবনি, রুলগসিবু অমসুং মশানা থিংখিবসিবু মীকুপ অসিদা মতম অসিমক্তদা ওন্ন-তৈনবা মতৌ অমা ওইবক্লিবা অসে য়ানীংদে। তৌদা য়াদা সাহেবকী হুকুম্নি খন্না কিজদুনা বিলদু প্রপ প্রপ শাজরে। পিওন্দু থাদুনা বিলদু পীশল্লুবদা সাহেবনা সহী শৎ তৌথোরক্তুনা মঙোন্দা পীররে। তাঞ্জা অদুদা মদুতবু ঙাইবিবা সাহেবতু থোরক্তুনা, 'ঐ এম আরদা লৈবল্লগে, নঙ বিল অদু শোয়দনা পাস তৌরগা পুবক্লো, নংদ্রবদি ঐবু ফজদে হায়গনুকো', হাযদুনা মুক্লপ হায়বল্লগা জীপ তোংদুনা সাহেবতু চৎখি। নিংথেমদু হৌজিক করি তৌবা তারি। সাইকলসু যাওবক্তে, খোয়াথোং হেদ ওফিস তম্না ঙসাই মাগী নুপীনা ওফিস চৎলমদাইদা যাল্লবনি হায়দুনা লীক্লা লৈত লৈতা পীবকখিবা লুপা কুন অদুদগী তরা অমা চৎখ্রবা, লোইখ্রবা মতুং অদুদা লুপা তরা লেমহৌরিবা অদুনা তঙাইফদনা হেদ ওফিসতা যৌদবা য়াদ্রবনা রিক্সো তোংবদা তবা অদুমসু চঙবদা তাখ্রে। তয়াং-তশোইনবা ব্রাখল অমগা লোয়ননা নীংজীং-মাংজীংনজৈ, কবিগুম্বা বিল অদু পাস তৌবদু মীকুপ অদুদা ঙমহৌদদুনা মাগী তলব অদুবু ফংহন্দবা থোক্লবদি কমদৌবা। করম্না অসুক থুনা, কবম্বা যাদুনা তাথীরবা অহল অদুগী মিনুংশি পুরক্লিবা। করিগুম্বা শোয়খিদুনা, ঙমদদুনা, ঐনা তলপ ফংদবা তারবদি ঐদি করম্না যুমদা চঙগনি। ঙাইরমগদবা শেলবু মীয়াম অদুনে চান-থক্লবগী শোৎলু-খোৎলুবা কয়া অদুগিনে, অমুকসু মোমোন্ননা ঐবু ঙাইদুনা লৈরমগদবা ঐগী নুংশিজববী নুপী অমদি ইমা, মদুদা ঐনা করম্না খুমগনি, থেংনগনি। অসুম্না ব্রাখল অসিনা নুংশুক নুংজাননা লাকপনা হেদ ওফিস যৌরে। পম্বদনা ওফিস কাদা চঙশিন্দুনা তোম্বদা বিলদু পাস তৌনবা তকশীল্লি। অদুবু ইষ্টবলিষ্টমেন্ট ক্লার্ক তোম্বনা অথু-অহানিনা চা থকসি হায়জল্লকই। নিংথেম্না 'ভায়

ঐগীসে দশা অমনি হায়দনা শুকথনা ব্বারী তৌজে। পৈশাসু অমত্তা য়াওদ্রবনি হায়দুনা হায়জ নোঞ্জদুনা ঈন্নরিঙৈ তাঞ্জা অদুদা ই ই সাহেবতু থোকখিদুনা জীপ তোংখৎখ্রে। নিংথেমদু হুমাং কাংঙি। খান্নসিরা খন্না গেৎ ফাওবা তান্নজরুই। অদুবু ই ই সাহেবতুদি হন্না য়েংলমদনা জীপ্তা ফমথখিবগা দ্রাইভরনা জীপ থৌদোকখ্রে। ই ইগী পিওন্দা হংজরুই- 'কদায়দা চৎখ্রিবনো সাহেপসে থুনা লাকখিগদবা নত্রা? পিওন্না খুন্নকই, ''সাহেপ্না চৎখিবদুবু তম্বা ঙম্বুদো বাবু।' ভেরেন্দাগী ফক্লাং অদুদা ঙাথরগা নিংথেম্না খনখি- হৃ দক্কী এক্সপ্লেনেসন কোল হায়বসিবু অসুম্না তৌবসু যাবজাৎলা? ও! এক্সপ্লেনেসন কোল, মসি ঐঙোন্দা.... ঐঙোন্দা তৌবগা চপ মান্নরবা

# থাজবতানা ঈশ্বরগী মঙ্গল

মাঙ্গোলগী ফম্ফম ফক অদুদা ফম্লদুন' অনোক অদুনা লুকলপ মমিৎ অদুনা ভগবদ গিতা পাঠ তৌনা তৌনা মমা ইবেম্মা অমসুং মহাক্না লৈখিদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণগী মন্দিব অসিগী সেবাবী কনানা ওইগদগে, মহাক্কী মহুৎ কনানা শিন্দুন' ভগবানগী মন্দিবগী গুণ গান শকপিনবা লৈবরোইদ্রা খঞ্জকবদা ককঙাওনজে। মতাং অদুদা মচা ইবুংঙো শিতলগা কযাবক ব্রাবী তৌনখ্রে। মচা ইবুংঙোংদুনসু 'হোযদা মতম মতমগী লাক্কনি' হাযদুনা থওইনা তাবিদে মদুমক্না ঐজ্ঞা চাওথোইগী ঙাইহাক্কী ওইনা থম্মোই পেল্লবসু হামচৎনৈ, কাহেন্না কান্নবা মতৌদি ওইহনবা ঙমদে খঞ্জখি।

অহন মতম ওইববা ঐজ্ঞা চাওথোইদু ঙসিদি ফমুংদা যাতাদুনা অযো নহেদুনা লৈবে। মমা থৌবানিনা খুবৈ অমা চৎথোক্তনা মপুবোইবগী সেবা লাংজে, তৌজে। লৈকাইগী অহন লমন কযা ঐজ্ঞাগী অনাবা হঙবা লাক্লে। মচানুপী প্রমোনা ইশৈ লাংনা চা-নুং লোন্দুনা অবাকপশিংগী সেবা তৌই। মচানুপী অহনসু লাক্তুনা মপাবুংগী সেবা যাওববি। সহবদা যুম পানবা ওইবনা খবদি হৈনা খঙনা মনুং মপান নাইনা মপাবুংগী যাথং ঙাক্না মথৌ তৌজে। শ্রীভগবানগী সেবাদি লেপ্পা যাদবনা মখা লৈকাইগী ঐজ্ঞা কান্তগী মচানুপা ধনেনা লাক লাক্তুনা মন্দিব সেব তৌববি। ঐজ্ঞা চাওথোইনা মাগী মচাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবদা পুক্নিং চংদবা মতৌবু মকপ

মপাং অহন লমনশিংদা নাহে নাহে তমজৈ। অহন লমন কয়া অদুনসু মতমগীনি অদুবু তঙাইফদনা মখোইনা ঙাকচা শেনজবদি মশানা তৌবদি তাবনি' হায়না চাওথোইবু থোমজল্লকই। অদুবু ঙসি ঙসিমক মচাশিংনা উৎলিবা শক্তম অদুনা তুংকোইনা ভগবানগী সেবা তৌবিরক্কদ্রা হায়বসিদা নুংনাংজৈ।

ঙসিদি ঐঙ্তা চাওথোই লৈখিদ্রে। খুঙ্গংগী চিনদোং য়াইতোংবা কয়ানা লুচিংলদুনা ঐঙ্তাগী সংস্কার লোইশিনখ্রে। মখোয় পুম্নমক্না ঐঙ্তা চাওথোইবু খুঙ্গং অসিগী ধর্ম্ম লৈবা পন্দিত অমনি হায়দুনা শিংথানখি। শিতলসু মপাবুংনা লৈখিদবদা থম্মোই শোক্না পিরাং লেপঙমদনা কপচখিবনি, অদুবু শ্রীকৃষ্ণ সেবাদি কাহেন্না খঙজহৌদবা অমদি খুৎলোয়রোইদবনা ঐঙ্তা কান্তগী মচা ব্রাহ্মন সেবারী অদুগা ঙাঙনা য়ান্নদুনা সেবাদি অদুম কাইহন্দ্রি।

মথং মথং কর্ম্ম কয়া লোইশনখ্রে। ঐঙ্তা থৌরানির্গী নিঙমদ্রব' থম্মোই অদুনা হৌখ্রবা অৱা নুংঙাই থৌদোক কয়া নিংশিংজদুনা ঐঙ্তাগীদমক্তা মচি মচিদা চিন্তা তৌনা পিরাং পিরোইনজবা শিতল অমসুং প্রমে'না উদবা তাদবা নত্তে। মমাগী মতৌ অদুদা শিতলনা মমাবু, মপাবুংনা লৈখিদ্রবা মতুং অদুদা অদুম্না অসুম লৈরবদি মশা শোকচিনখিবা ত'বে হায়জবগা লোয়ননা মমল য়াম্না য়াম্নাবা ভিটামিন লৈদুনা মমাবু পিথকহল্লি। অদুম্নমক মমাগী হকচাং অদু ফনা ময়েং তারক্লুনা শোকচিল্লকই। মমাগী পিরাংনা চোল্লবা মাইথোংনা মপাবুংনা য়াওরম্বা বৃন্দাবন্দ মরুপকী বৃন্দাবন্দ চৎননবা লৈকাইগী অমদি খুলোন্নবদা লৈবা মীওই কয়ানা লাংলিবা অদুদা শিতলসু য়াওননবা মমানা হায়জরক্লবদা শিতলসু থওইদবা ঙমখিদ্রে। মহাকসু বৃন্দাবন্দা চৎননবা শেম শাখ্রে।ঙসিদি বৃন্দাবন্দ য়াত্রা তৌগনি হায়বা অয়ুক অদুনি। লৈকাইগী অমদি য়ুমলোন কৈরোন্নবদা লৈবা অহন লমন নুপী অঙাং কয়া লাক্লুনা শুমাং মাঙ্গোল থন্না শিতলবু আশির্বাদ পিররি। কয়া অমনা ভক্তি কাইগনু নপা নপুগী ধর্ম্ম ঙাক্লদবনি, নবদিপনচিংবসু য়ৌরক্লুনা নপাবুংগীদমক্তা ঈশ্বরগী তৌফম থোকপা পুম্নমক চিৎথদনা তৌরকউ হায়দুনা শেলগী তেংবাংবিবসু য়াওবি। কয়া অমনা মকোক্তা নাম্ভবিরদুনা

শ্রীভগবাননা চানবিসনু হায়দুনা পিরাং শিন্থনবা য়াওনরকই। নুপী অঙাং ঐঙ্গা চাওথোইবু নুংশিজবা কয়ানা মখোঞ্জেল থোক্লা হিক হিক ঐঙ্গাবু শিংথারদুনা কপ্পবা য়াওবকই। মতম অদুদা খোঙচৎ অদুগী পুগদবা তৌগদবা পুম্বদু মচলনা শাজোল লোইখ্রে। মমা ইবেম্মানা তৌগদবা কয়া অসুম্না তৌগদবা মদুম্না তৌগদবা কয়া হায়দুনা তস্বী তাকপিরকপা কয়া অদু তারবা মতুংদা মমাবু মখোঙ শোক্লা খুরুমজরগা বিদাই লৌরক্লে। মাপাবুংগী চিতা অদু চেৎনা য়োমদুনা পাইজরগা "ইমা ঐ মঙ্গল ওইজরক্লে" হায়দুনা খোঙ শান্ননবা হৌগৎলক্লে। মতম অদুদা মমানা শেংনা চামথোক্লুনা থম্লীবা অরংবা লিক্লি অদু পাইরদুনা "ইমাগী ইবুংঙো গঙ্গাজলদু লিক্লি অসিমতংদি থন্না পুরকপা কাওগদুকো" হায়দুনা পিজ্জরকই। শিতলনা ইহ্য হাদনা লিক্লি অদু লৌশনজে। অদুদগীদি শিতলদু বৃন্দাবন্দ য়াত্রাগীদমক থোরকখ্রে।

ইম্ফালদগী গৌহাটি, গৌহাটিদগী মথং মথং বস অদুনা লেপ্তুনা থৌরকপনা মফম কয়াদা চাক থোংনদুনা চা থক্লুনা লাকপনা বস অদুনা উত্তর প্রদেশকী বাওন্দরিদা চংলক্লুনা বৃন্দবন য়ৌরবদা পোখ্খানরে। মথং নুমিত্তা ধর্ম্মগী তৌফম থোকপা কয়া তৌদুনা মপাগী চিতা রাধা কুন্দদা থাদজরদুনা মিকুপ অমা পুক্লিং চংনা মপাবুংবু পিগী ইরা হৌনা নিংশিংজে। মথংদা অতৈ অতৈ তৌদবা য়াদবা কয়া মীয়াম মরক অদুদা য়াওজরবসু শিতলনা থোইনা থৌশারুদবা মতৌমক্লি। পুন্সিদা অমুক্তা উরুদ্রিবা গঙ্গা তুরেল উখি। মহৌশা মহাক্লা গঙ্গা তুরেলগী মরমদা খণ্ডখ্রে। গঙ্গা তুরেল হায়বসে হিমালয়গী কৈলাস পর্বততগী হৌরক্লাগা তম্পাক্তা মাইল ১৫০০ রোম চেম্থরক্লবা মতুংদা বঙ্গালাদেশকী লমদম লাম্থোক্লুনা সমুদ্রা ঈপাক্তা তিনখিবনি। হিন্দুশিংনা তুরেল অসিবু খ্বাইদগী শেংলবা তুরেলনি হায়দুনা শিংথানরি। মরম অসিদগী তুবেল অসিদা ভারতবষ্রগী মীওই কয়াদা নত্তনা মপান্দগী লাকপা মীওই কয়াসু ইরুপ্পদুনা পাপ কোক্লগদবনি খন্নরি। অদুবু হৌখ্রবা মহৌশাগী মতমদুগীদি খণ্ডদ্রে, ঙসিদি গঙ্গা তুরেল অসিদি অমোৎ-অকাইনা কাহেন্ন মোৎনা উবগুম্না তৌরি। মতৌ অদুদা শিতলনা মসিবু থক্লুলীবা অমদি লুপ্পীবা অসি বিজ্ঞান্না খম থেংনা চাওখৎলবা মতম অসিদা খরদি ঙকপগী ব্রাখল অমদি ফাওজখি। মহাক্লা খল্লকখি, মোৎলিবা ইচেল

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

অসিদা লুপ্পগা পাপ কোক্লগনি অমদি লাযনা তিন্না ফাওবা ফহল্লগনি কোকহল্লগনি হাযবা মতাগুম তৌবগা কবিগী পৃথিবিগী জগৎ বিজাৎ নাইদবা মীযাম্মদি হুপ্তুনা লাক্লগা স্নান তৌবদ্রিবনো? অমবোমদা কবিগুম্বা মসিদা স্নান তৌবগা সাইন্টিফিকেল্লী নত্রগা ইসপিবিচুযেল্লী কাহেন্না কান্নবা ফংবা তাববদি পৃথিবীগী মীযাম হুপ্না স্নান তৌববগদবনি। মসিন' তাক্লীবদি থাজনবা খবন' থাজবগী ব্রাতনি। অসুম্না গঙ্গা তবেলবু যেংলুববগী মতুংদা নাকন্দা অনৌবা ইলেকট্রোনিক্কী পোৎশকশিং বজাব কযাদা থোক্লীবা যোল্লীব' অদুদা পুক্লিং চিংশিনখি। যাওজবক্লীবা পৈশাশিং অদুনা মমল হুন্ননা পোৎচৈ সৈজবতনা ঈশ্বরগীদমক মহাক লাক্লীবনি হাযবা ফাওবা কাওখি। তৌবতবু চন্দোল অমদি মমাগী মচলশিংগী ফিবোলনচিংবা খবদি লৈখি, অতৈদি অযাম্বনা লকজবিগী অমদি ইলেকট্রোনিক্কি পোৎশক শুাক্তনি। ফজ ফজবব' লমদম কযা, মহাক্কী স্নানগী অমদি তন্বী তাকপিবগী মবমদা কান্নগদবা কযাদু মহাক্কী ব্রাখলদা ম'ই ওনশন্না লাকপনা ব্রহ্মাপুত্রা তুবেল লাল্লক্লনা গৌহাটিদা থুংলখ্রে। লৈবিবা পোৎচৈশিংগী হিসাব শেমদুনা প দুনা পো'ৎচৈশিংগা পৈশাগা য়েংনবকপদ' মহাক্লা বৃন্দাবন্দ চৎলৎমদাইদ' মমানা পিবিবকখিবা অশেংবা অহাংবা গঙ্গাজল পুবক্লবা লিক্লিদ্ ফৎ হেক থেংনক্লবে। "ইহে ঐদি কাওক্লবেদনা শাপ ফাওবা ফংবদা তাবেদো কমদৌনি" অসুম্না তুং মাং মীবক নাবক যেংলগা মিনবেল বাতব লুপা ১৫ পিবা অমা লৈবগা লেত্রিন্দা খোং হাম্বা শাদুনা চংলগা মমানা পিবকপা ফজববা অহাংবা লিক্লি অদুদা মিনবেল ব্রাতবগী ঈশিং অদু হৈজিল্লে। মদুবু ফিযোম্না চেৎনা যোমশিল্লিবা মতুংদা থোবক্লনা মাগী লগেজগী মনুংদা নমশিন্দুনা চেৎনা থমখ্রে। হৌজিক্লী গৌহাটিদগী মণিপুবগীদমক্তা খোংশাল্লক্লে। মিনবেল বাতবগী অবেম্বা লিক্লিদুদগী ঈশিং খবদু মবক মবক্তা থকপদগী কোহিমা যৌবমদাইদা হুন্দোক্লমলে। তপ্না তপ্না অশা অমগা লাকপনা মণিপুব যৌবক্লে।

যুম যৌববদা মমা অমসুং মচলন' মৈ ওক্লবা মতুংদা লৈকাইগী মীওই কযা যাওনা মাঙ্গোলদা যোমশন্দুন' লৈবক্লীবা পোৎ-চৈ কযাদু যেংনখি। ইলেকট্রোনিক অমদি নিউ দিজাইনগী পোৎ কযা অদুদা পুম্নমক্লা ঙক্লনা

নুংঙাইনজে। মমা ইবেম্মা অমসুং মচলসু মখোয়গীদমক্তা লৈরক্লীবা ফিরোলনচিংবা কয়া অদুদা পেন্ননা মোমোন্নজে। মমৈদা চন্দোলনচিংবশিং অদু লৌথোবকপদা মমা ইবেম্মদুনা 'ইবুঙো গঙ্গাজলদি' হায়দুনা হৌবপ লাওবকপদুদা 'য়াওবনি য়াওবনি' হায়দুনা ফিয়োম্মা যোল্লিবা গঙ্গাজল লিক্লীদু পিজে। মমানা যোল্লীবা ফিশিং অদু তপ্না তপ্না লৌথোকচরগা ঈশিং অদুবু মুন্না য়েংজরগা খুৎ লোন্নদুনা খুরুমজবদু শিতলনা চেপলপ উখি।

মশাগী স্কুলগী মখৌ অমদি অঙাংশিংগী তুইসন তৌবদতা মখৌ চিনজবনা শিতলনা ঐজ্ঞা কান্তাগী মচা অদুবু মন্দিরগী কৃষ্ণ সেবা অদুগীদমক্তা তলপ পিদুনা সেবাদি অদুমক লেপহনখিদে। অদুবু মশাদি হান্নগী হান্না অদুমক কাহেন্না সেবাগী থৌরমশিং অদুদা পুক্নিং লুপশিনদে। থা মথি মঙারোম ফারক্লে। মমাগী শোল্লবা হকচাং অদু খরা ফগৎপগুম কুচু কুমেন থোকপগুম তৌবদ্রা হাযনা মমানা তপ্না চংশিল্লক্তুনা মহাক্কী হকচাংগী মফম খবা উৎতুনা শিতলদা য়েংহল্লকই। চুম্মী তশেংনমক মমাগী শক্তম তদেক তদেকপগী মতৌগুম্মী, মশাদু খবা হনগল্লে, কুচু শেংলে মাইথোংসু মকা লাল্লে। মমানা মখা তাবকই 'ইচানা পুরকপা গঙ্গাজল অদু ইমানা অয়ুক খুদিংগী ঙন্না হৌদুনা ইক মাইথরগা গ্লাস তংখাই ফাবক্তবা অমমম শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরগা থকপনি, অদুদগীনি ইবুংঙো হকচাং অসে ফবক্লিবসে, ঙকত্রা গঙ্গাজল হায়বসিগী শক্তিসে'। থৌশাবমদবা শিতলদু মমাগী ৱাহৈ অদু তাবদা চঙক্লনা মমাবোমদা ওনশিল্লকই- "গঙ্গাজল অদু খবা খবা থকপদগীনি হাযবা ইমা ? অসুম্মা চঙক্লনা হঙলকই। মমানা তপ্না হায়বকই,- "মান্নিনে ইবুংঙো, ভগবানগী শক্তি হাযবসে অসিদগী লাখ হেল্লিবনিনে, নপানা থাবম্বা য়োংচাক পাম্বী শুংগ্রংনববদো ইমানা গঙ্গাজলসে তপ্না তপ্না ভগবানবু নিংজদুনা নপাগী খুৎনা থাবম্বা পাম্বীদু তুং কোইনগী লৈহৌনবা গঙ্গাজল নোংমগী দ্রোপ অমমমতং তাহনবদগী অমদি শেম শাবিবদগী ফজরক্লীবা অসিবু নঙবু উদ্রিবরাও, লাওনে, থাজদ্রগা য়েংলো লাওনে"। অসুম্মা হাযবল্লগা মচাগী মখুৎ চিংদুনা পাম্বীদুবু য়েংহল্লি। শিতলদু শুংগ্রংনবম্বা য়োংচাক পাম্বী অদুনা ফজনা ফরম্বা অদুদা চঙক্লনা য়েংই। মমাবোমদা অমুক য়েং, মোৎলবা গঙ্গা তুবেলগী ঈশিং অদু মমিৎতা

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

অমুক উই, অমুকসু গৌহাটিগী লেত্রিন্দা মহাক্না মিনরেল ৱাতর অদু লিক্লী অদুদা হৈজিনখিবদু অমুক উরকই। খল্লকই, মহৌশা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা নারবা মতমদা লাই খুরুম্নবদা চবান থাবা, য়েলহৌীং থাবা, থৌ তৌবা তৌনরম্মী, পুম্নমক অদুনা মীওই কয়াগী অনাবা ফনরম্মী। মেডিকেল সাইন্সকী থাক ৱাংলবা মতম ওইরবসু লাই তিন থাজবনা অনা অয়েক কন্নবতা নত্তনা নুংঙাইবা পুন্সিসু ওইনরি। ঈশ্বর থাজবদা পুক্নিং লুপশনবা মতৌ অসি মেতেরিএল ৱার্ল্ড অসিদসু ইশাবু থাজবা অমসুং মোরেল অমসুং ইসপ্রিচুয়েল ভেলু খঙজবতনা মাই পাক্নবা লম্বী ওইরিব্রানে? মিনরেল ৱাটর অদুদা করিসু য়াওখিদে, ইমাদা শিন্নখিবা গঙ্গাজলনি হায়বদু মিনরেল ৱাতরনি। ইশানা অরেম্বা থকখ্রবা চুম্নগী মিনরেল ৱাতরনি। অদুগা মিনরেল ৱাতর অসিনা শুংগ্রংনরবা য়োংচাক পাম্বী অদু করম্না ফগৎহল্লক্লীবা, অমুকসু ডাক্তরগী বিটমিন কয়ানা ফগৎহনবা ঙমদ্রবা ইমাগী মহাকচাং অসিনা করম্না মিনরেল ৱাতর অদুনা ফগৎহল্লক্লীবা? ঈশ্বর থাজদবা অমদি ঈশ্বর লৈতে হায়না লৌববুদি ঈশ্বরবু চেৎনা থাজবতনা, ঈশ্বরনা মীওইববু শেম্বীরি, লমজিংলি হায়না অচেৎপা থাজবনা, মহাকপু নিংজবনা ঈশ্বরগী মঙ্গল ফংবা ওইবা তাবা মাল্লেনে।

# ফ্রেন্দলী লব

মহারাষ্ট্রগী পুনে য়ুনিভর্সিটিদা এম এ গী ফাইনেল তম্লীবা মণিপুরগী ছাত্রা ভিমো য়াম্না ইং তপ্পা মোং হাদবা ৱাখল ইংনা খনবা, নাইতোমসু তাগনবা, অচিকপা মফমদা ফম্বগী হৈনবী লৈবা ছাত্রা অমনি। মহাক্না মরক মবক্তা লোইনবিবা মাবু নুংশিবিবা বেঙ্গলোরদগী ছাত্রা সুরেশ হায়রিবসিসু অফবা ছাত্রা অমা ওইবতা নত্তনা মীৎশীং নাশিংবা মীওক মীচান খঙবা, মীরক নাবক খঙবা ছাত্র অমনি। ভিমোদু পুনেদা লৈবা মণিপুর ছাত্রা অতৈগা কা হেন্না নকশন্ননা লোয়নদে। মহাক মতম অয়াম্বদা ভারতকী অতৈ লমদমদগী লাকপা ছাত্রা-ছাত্রিশিং অমদি ফোরেন্নব মহৈরোইশিংগা লোনদিন্নবা পামজৈ। অমদি লোয়নজৈ। নোংমা ভিমোনা মরুপ সুরেশতা গৱাদা চৎতুনা কোলাবস বিচতা সমুদ্রগী ফজবদু মমুৎ তানা অমুক্তা য়েঙনিই হাজরক্লমই। সুরেশনা ইহা হাদনা থাংজা নুমিত্তা চৎলুসি হায়বিরক্লে।

ঙসিদি সুরেশকা ভিমোদু বস তোংদুনা গৱা তম্লকই। গৱা য়ৌবদদি থেংলে। গৱাগী পনাজীদগী ষ্টিসর অমদা হি তোংদুনা চৎলক্লবা মতুংদা কোলাবস বিচ য়ৌরক্লে। বিচ অদুদা ভিমোনা পাক্লবা শংবান্নরবা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগী শক্তম অদুদা নুমিৎনা পাক্লপ্না ঙাংলৈননা সমুদ্রগী ইপাক মথক অদুদা লুপ্লপ লৈরিবদু উখি। লাপতক্লা বিচ অদুদা য়ুবী পাম্বী পরেং পরেং হায়রপ পাক চাওনা লৈরিবদুসু উরুবদা মথম্মোইদু থোইদোক্লা

নুংঙাইজৈ। সমুদ্র মপান অদুমক্তদা অরাম চৌক্লিগুম্বা পোৎথাফম ওইবা সিট খরা লৈবসু উই। ইরাপ লাপ্তুনা ময়াই ওইরপ তৌবা হি মচা খরসু লৈবা উখি। সমুদ্র মপানগী ফজরবা দৃশা কয়া অদুদা তাম্না সমুদ্র ইপাক্তা হায়রপ চাওরবা জহাজ অমসু লাকপা উরি। সমুদ্রা মপানগী দৃশা অদুদা ভিমোনা ঙাওজবদু উরুরবা সুরেশনা ঙসি অহিং অসিমা বিচ অদুগী নাকলদা লাপলপ লৈরিবা লোজিং অমদা লেকমিন্নরগা হয়েং অয়ুক সমুদ্র মপান অদুগী ফজবা কয়া অমদি ফোরেন্নরশিং য়েংহনগে হায়না খল্লক্লে। মরম অদুদগী ভিমোবু পুরদুনা মথোল নিপাল ব্রাংবা লোজিং অমগী মথোল তরুকশুবদা কা অমা লৌদুনা অনিদু নুংঙাইনা অহিং অদুমা লেপ্লে। নোংঙানবগা চাদুনা থক্তুনা খবরনচিংবা পারবা মতুংদা পুং ৮ লোম তারমদাইদা বিচ অদুদা কোইথোরক্লে। অয়ুক্কী বিচ অদুগী অতৈ ফজবা কয়া ইরং লংনা উজবদুদা নুংঙাইবনা মথুম মরাং হৌরবা ভিমোবু নাকয়েৎতা পুদুনা সুরেশনা মখুৎও মশাও থিন্দুনা মসিনা অদুনি অসিনা অদানি হায়দুনা তক্লা তক্লগা লাকপনা বিচ অদুগী সাইদ অমদা ফোরেন্নর নুপা অমদি নুপী কয়ানা, নুপানা খোঙ্গ্রোও মচা অমমমগা নুপীনা খোঙ্গ্রোও মচা অমসুং ফুরিৎ মচা অমমমগা খরনা ফম্বসু য়াবা হিপ্লসু য়াবা অরাম চিয়ারশিংদা পোখ্বাদুনা লৈবা, খরনা চৎতুনা, খরনা লেপ্তুনা ব্রারী শাদুনা লৈবা (অয়াম্বনা সন গ্লাস উপ্লদুনা) পাক্লবা মচু মখল কয়াগী নুংশা খন্ননবা অমব্রেলা মখাদা, কয়া অমনা তেবল চৌক্রিদা ফমদুনা হৈ মহি থক্লদুনা লৈরিবদু সুরেশনা উহল্লী। মমৈথংদা নাকলদা চহি ৫০ খরা হেল্লবী ঙৌরোক ঙৌরবী ব্রাং চাওরবী মেম নুপী অমনা লৈঙোই মথক অদুদা মতোমতা ফম্নদুনা মমিৎ উইশন্দুনা লৈরিবা মফম অদুদা ভিমোবু পুশল্লকই।

সুরেশনা নুপী অহন ফোরেনর অদুগা ঙাইহাক ব্রারী শান্নরন্নবা মতুংদা নাকল অমরোমদা ভিমোবু পুদুনা লাকই। ফোরেনর নুপী অমনা সন গ্লাস ঙাংলৈনবা অমা উপ্লদুনা চিয়ার অমদা সমুদ্র ইপাক্তা য়েংদুনা নাইতোম লৈবমই।

- Hello, welcome.
- Hello My name is Suresh, I am from Bangalore.

My friend is from Manipur. His name is Bhimo
- Manipur! Where is Manipur, I have heard it before.
- It is located on the eastern border
of India near Myanmar.

অনিদুনা বাৰী শারিবদু তানা তানা নুপী অদুগী হকচাংগী ফজবা অদু উবদা ভিমোদু পুমশুম শুমহৎখি, পুমঙাও ঙাওখি। ভিমোগী মতৌ অদু উবদা জ্ঞান তারবা সুরেশনা নুপী অদুদা "See you again" হায়রম্লগা ককঙাউনরবা ভিমোবু পুদুনা তাম্লপ লৈরিবা হোটেল অমদা দিন্নর চান্নবা হল্লকখি।

য়ুনিভর্সিটিগী হোস্টেলদা লৈরিবা ভিমোদু ঙসি মরিনি মঙানি অসি গব্রাগী কোলাবস বিচকী সিন অদু কাওবা শুকঙম ঙমদনা লৈরক্লি। য়ুনিভর্সিটিদা ফোরেন্নর নুপীশিং য়াওরিবদু মমিৎ কুপ্তনা য়েংলক্লী। তশেংনমক মণিপুরদা লৈবা খুঙ্গং অমদা পোকপা ভিমোদু ৱেস্টর্ন সিবিলাইজেসনদা পুমঙাও ঙাওরক্লে। খঙহৌদনা নোংমদি ভিমোদু মথন্তা বেগ অমা য়াল্লদুনা ত্রেন তোংদুনা পানাজি তল্লক্লে। বেগ অমগা সমুদ্র মপান অদুদা নুংথিল নুমিদাংব্রাই অদুদা লাকপনা মহাক্লা নোংমা সুরেশকা লেকমিন্নখিবা লোজিং অদুদা নুমিৎ হুম্নিগী ফি থিরম্লগা দ্লাল মথোল তরুক্কী মহৌশা নোংমা মখোয়না লৈরম্বা কা অদুদা বেগ অদু থনম্লগা কুঁতা পৈজমা অঙৌবা অমা শেৎলগা মখাদা কুমথবক্লি। বিচ ময়া অদুদা লৈরিবা দুকানশিং অমসুং হোটেলশিং অদুগী লম্বী অদুদা অসুম লাক্লী। হোটেল অমগী আউটদোর সাইট অমদা চিযাব অশাংবা অমদা ফম্লগা নহান সুরেশকা মণিপুরগী মরমদা ৱাবী শান্নখিবা নাইতোম ফম্লমবী ফোবেনর নুপী অদু ঙসিসু মথন্তা ফম্লদুনা অইংবা মহি থক্কুনা লৈবমই। মহাক্লা নুপী অদুমক নহান নোংমা উখিবদুনি খঙলবসু মশক মুন্না খঙনদবনা কৌবা ঙাঙবা তৌদনা চৎলকই। মতম অদুদা ফজরবী নুপী অদুনা লেপখৎলগা, ভিমোবু কৌরকই।

- Hi! come on, what's your name?
- Bhimo
- Oh, good name I want to visit your state.

*- But Madam it is on the eastern side of India, located near Mynmar border.*

- Oh that's too. I like to stay there for some days and learn about it.

- I am a student of Pune University. My M Sc. Exam. final will be over after 3/4 months. After that we may consider about the proposal.

জেসিকানা অইংবা মহি অদু থকউ হায়দুনা গ্লাসতা ভিমোদা পিশল্লকই। অদুবু No thanks হায়রম্লগা ইকাইবোই করিবোই হৌগৎতুনা মখুৎ হায়রদুনা ভিমোদু চৎখি।

বিচ ময়াদগী তাল্লপ লৈবা লোজিং অদুগী দলাল মথক্কী কা অদুদা থোঙনাও অদু হাংদোক্কুনা ভিমোদু ফমুংদা পোত্থারি। অদুবু মহাক্কী মীৎমাং অদুদা ব্রাঙাঙ শাঙাঙ নিংথিবী ফি হায়বপ থোংখিদ্রবা ভৌরবা ফজরবা হকচাংগী শক্তম অদুগী শুমহৎলবা মতৌ অদুনা মহাকপু তৎতনা কৌরক্লী। অহিং অদু মঙলান অমদা তুম্বা য়াখিদে।

মথং অয়ুক্কী পুং নিপাল তফাৎত্রিঙৈদা ভিমোদু বিচ অদুদা লাকখি। মঙলান অমদা লাকখিবা ভিমোবু খঙহৌদনা শুমহৎলবী শক্তম পুরিবি জেসিকানা কৌরকখি। ভিমোনা মনাক্তা চংশিল্লুবদা মহাকপু ইরোইবা তম্বীযু হায়দুনা সমুদ্র তম্না মখুৎ চিংদুনা ভিমোবু পুথরকখি। ভৌরবা ফজখ্রবা ফি হায়রপ্তু থোংলিবা হকচাং অদুনা মহাকপু মখুৎ পাইদুনা চিংলক্লীবদু ভিমোদু অদুম য়াদুনা লাকখি। ভিমোনা লশিং মফোলগুম্না থোৎলবা মখ্বাং অদুদা পাইরদুনা জেসিকাবু মখোং মখুৎ কাওহন্দুনা হায়হন্দুনা ইরোইবা তম্বীদুনা অনি অদু য়া-য়া নোকমিন্নে। মীকুপ খরগী মতুংদা তাইদ অমা চাওনা হায়গৎলকখি। জেসিকানা তাইদ অদুবু উরুবদগী কিজরদুনা ভিমোদা চেৎনা কোনশিল্লকখি। ভিমোনা জেসিকাবু মখুৎ নাম্মনা কোনবোই করিবোই তৌরগা তাইদ অদুগী তুংওইননা ইরোইরপ তৌদুনা সমুদ্রগী মপান অদু য়ৌরকখি। জেসিকাদু ঈশিং খরদি থকখি অদুবু জ্ঞানদি মাংদ্রে। জেসিকানা হয়েং অমুক উন্নরসি হায়রম্লগা ফোরেন্নর কয়া তাল্লপ লৈরিবা মফম অদুদা চেনখ্রি। ভিমোদু সমুদ্রা মপাল অদুদা চেনখ্রিবী ফোরেন নিংঙোল অদুগী শক্তমদু মিৎ কুপ্তুনা য়েংহৌরি।

মণিপুরদগী এম এ সি তন্নীবা, লোয়বসু লোইগদৌরবা লাইরবা ইমুংগী মচা ওইরিবা ভিমোনা ময়ুমদগী পৈশা য়াম্না য়াম্না কৌদুনা নিংথৌ মচাগুম ঙসিসু মরক মরক্তা গব্বাগী কোলাবস বিচতা চৎলক্লী। মহাক লাইরিক লাইশুদা পুক্লিং চংখিদ্রে। জেসিকাতবু উন্নিংবগী মতৌদগী ঙসিদি র্জমন মচা ফোরেনর নুপা নুপী কয়া খঙনরক্কে। মহাক্কী হোংলক্লীবা লিচৎ অদুমক মহাক্কা লমজিংবদগী থোকপগা পাংখক ওইরকপনা মরুপ সুরেশতু মিপাইবা য়াওরক্কে। ভিমোনা জেসিকাদা ঙাওজবগী ব্বারী তপ্না তপ্না লিরকপদুনা সুরেশতু শাওরংননা চৎখি। অদুবু ভিমোনা থওইদনা ফমুংদা হিপথরদুনা জেসিকাবু নিংশিংজে। নোংমা সমুদ্র মপানদা ফিরাল অঙাংবা থেৎলিবা জগা অদোমদা ভিমোনা খঙদদুনা চংশিল্লুই। মতম অদুদা জেসিকানা থুনা য়াংনা চেনথোরক্তুনা ভিমোবু চিংদুনা পুরকখি। মতম অদুমক্তদা হেলিকোপ্টর অহুম পাইরক্তুনা শাদুম কয়া লৈখাদা লংথরকখি। অদুদা তিল্লিবা মীয়াম অদুনা খুন্নরগা সমুদ্রারোমদা য়েংদুনা লৈনখি। খঙহৌদনা সমুদ্রদা অকনবা ইথক হৌরকপগা লোয়ননা চাওরবা ঙা শাঁক অমা ওল্লকখি। পুম্নমক্না মিপাইনবা অমগা লোয়ননা শা শাদুমশিং অদু শাঁক অদুনা ওল্লক্লীবা মাইকৈ অদোমদা লংশিন্নখি। শান্নবগুম তৌনা ঙাইহাক শাদুমশিং অদু চাদুনা ওন্না থোইনা লৈরম্লগা তপ্না তপ্না শাঁক অদু চৎখিবগুম্না তৌখ্রে। মতম অদুমক্তদা হবাওরবী জেসিকানা ভিমোবু চিংশিন্দুনা কোল্লদুনা মখোয়গী গ্রুপ অদুগী নুপা অমদা ফোটো কয়ারক কাপহনখ্রে। ভিমোগী মখাজাইদা কয়াবক মচিনবান্না থেংখি। অতৈ গ্রুপ অদুগী ফোবেনব কযাগসু হরাও তয়াম্না কয়ারক ফোটো কাপমিন্নখি। অদুগুম্বা নুংঙাইরবা শঙ্গ অদুনা ইঙাও ঙাওন' লাইরিক তম্বা লাক্লীবা মণিপুরী মচা ভিমোদু ইরাং অমদা তাওথদুনা লৈরক্লী।

জেসিকা অমদি মখোয়গী গ্রুপ অদু হয়েং হংচিৎতি মরমদম র্জমন্দা চখ্রগদবনি। মরম অদুনা নোংমা ভিমোগা মখোয় অনি চামিন থকমিন্নদুনা পুনশি হায়দুনা ভিমোদা হায়বিরক্কে। ভিমোদু মঙলান অদু মঙফাওনগনি খঞ্জনা হরাওজনা কোলাবস বিচতা লৈবিবা লোজিং অদুগী দলাল মথক্কী কা অদুদা অহাওবা এঞ্জাং কযা তযারি তৌদুনা থমখ্রে। মতম অদুদা

খওহৌদনা লোজিং হোটেল অদুগী তরুক শুবা কা অদুদা মৈনা ড্রুং ড্রুং চাখৎলক্লুনা মীপুম তিংনা লাংনরক্লে। মী পুম্নমক মথং মথং মথক থংবা কা অদুদগী মখারোমদা চেস্থনরক্লে।

ফিভম চাদ্রবা তাঞ্জা ওইবনা মখাদগী মীওই কয়ানা ফি য়ারগা মহাকপু মফম অদুদা চোংথরক্লবা হায়নরকপদগী, লাওনরকপদগী কিনা কিনা ভিমোদু চোংথরকখ্রে। জ্ঞান তারকপদা হোস্পিতাল অমদা দেক্সব্রোজ কাপ্তুনা বেদতা হিপ্তুনা লৈরমই। ডাক্টরনা করিসু তৌদ্রে অদুবু অহিং অদুমদি লৈখিদবা য়াদ্রি হায়বদগী ভিমোগী নিংবা কাইবা হায়বদুদি ওইহনখ্রে। মথং অয়ুক্তা হোস্পিতালদগী ডির্চাজ হেক তৌবগা তেক্সী অমা ব্লাইরদুনা কোলাবস বিচতা হেক থুংলবগা হোটেল লোজিং লোমদা চংশিল্লকপদদি গুরাং অহিং লোজিং অদুদা মৈ চাক্লবগী মতুং ইকুই কুইদনা জেসিকা লোজিং অদুদা লাক্লমই অদুগা অদুমক নিংবা কাইনা হনখ্রে খওলে। খাঙমদ্রবা থম্মোইদুনা তেক্সী অদুদা এরোড্রোমদা থুংলরে, অদুবু জেসিকা অমদি মখোয়গী র্জমনগী গ্রুপ অদুনা তোংবা এরোপ্লেন অদুদি পায়খৎখ্রে। থম্মোয় শোক্লবা নুপা অদুনা নিঙমদবদগী পিবাং হেক শিস্থনা পুনেদা য়ৌরকখিবা খওহৌখিদ্রে। মহাক্লা ইউনিভর্সিটিগী হোষ্টেল অদুগী ফমুংদা অনাবগুম্না নিংবা য়াম্না কাইনা থম্মোই শোক্লা পিরাং শুংলিঙৈ মতম অদুদা মরুপ সুরেশতু ইহা হাদনা চংলক্লগা ভিমোগী মতৌদু উবদা মনাক্তা তপ্না ফমথরকখি।

শোল্লকখি, every men can't able to think stright on mind when women wear half naked as their culture or hobby or style or becouse of timing. Civilise persons make men humble and friendly Love But.......

# মপু লৈরম্লে

শুশিনিদু হন্দক মবক অসি য়ুনিভর্সিটিদা ক্লাস য়াওজরবসু মশাদু ইহৈ হৈনিংদবগুম্না তৌবা অদু মতারোই বিনাতানা উখি। মাগী হন্দক ওল্লক্লীবা মতৌ অদুদা মতাবোই অদুনা চিংনরক্কবা ঙমদে। মহাক্কী নুংশী নুংওলগী চৎনবী হৈনবা মীওই নত্তে। মদুগী মথক্তা লাইরিক লাইশুদা থব্রাই য়াওবী এম এ কেমিষ্ট্রিগী ছাত্রিনি। বিনাতানা 'নঙবু হন্দক মরকসে কবিনো অমা ইতৌ তৌই, নথমোইদা নঙগী অব্রাবা অদু ফুমদুনা অদুম থম্লবদি নহাক নারক্লগনি, ঐঙোন্দা নত্রগা কনাগুম্বী অমদা ব্রাবি অদু লিথোক্লবদি মৈচাক্তো খবদি কোক্কনি, কবি লৈববগে হায়ুদনা-হায়দুনা' হঙলকই। অদুবু শুশিনিনা 'মহাক্কী অরোনবা করিসু লৈতে, মশা নুংঙাইতদুনা তৌবনি' হায়দুনা থওইদনা খুমখি। ঙসিদি শুশিনিদু অহোয়ননা চাবা থকপা ব্রাৎপগা ব্রাখল অদু লৈতাফম খঙলক্কবগা, মকোক ঙাওবতা নত্তনা মশা শোম্বুরকপা মতৌদগী ইয়ুনিভর্সিটিদা মাগী এক্টীভা অদু থৌদুনা চৎপা ঙমগদবা মান্দ্রে। মতৌ অদুদগী মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মদা ঙসিদি মহাক ইয়ুনিভর্সিটিদা চৎলরোই য়ুমদা পোৎথারগে হায়দুনা লৈখরে। মমা ইবেম্মা অমসুং মপাংবু অদুনা মচাগী হন্দক ওইরকলিবা মতৌ অদুদা চিংননা ডাক্টর অমতং তান্নসিরা হায়জবনি অদুবু শুশিনিনা মহাক কবিসু তৌদে হায়দুনা লৈথোকপনা উপাই লৈত্রবা মমা অদুদি মরুটি জেন তোংদুনা মাগী কলেজদা

চৎখ্রে। মপা ইবুঙোং অদুসু মশা ঈঞ্জিনিয়ারনিনা ওফিসকী গারী তোংদুনা ওফিস্তা চৎখ্রে। দলাল মথক্কী নাল্লবা কা অদুগী নাল্লবা ফজরবা ফমুং অদুদা মথন্তা লোংনা হিপথরগা ৱাখলদু মওন মওন খল্লক্লী। নামিবা নুংশিৎকী শাহুমদা দলাল মথক্কী থোঙ থোঙনাওগী পর্দা শিং অদু হায়-হুল্লী। খঙহৌদনা মোবাইল ফোন পাইখৎতুনা মতারোই বিনাতাবু কৌজে। মদুমক অচিকপা মতম অদুদা বিনাতাদা মাগী অরোনবা ৱারী পুন্নমক অদু লিথোকচরগা ৱাখল অদু খরা পোৎথাবা য়াব্রা য়েংগে খল্লকপদগীনি। ফোন তৌখ্রবা মতুং পুংখাই অমরোম লৈরগা মতারোই বিনাতা এক্টিভা অমা তোংদুনা নান্না থুংলরে। বিনাতানা মনম্মগা ৱারী শান্নরবা মতুংদা শুশিনিনা লৈরিবা মথক্কী কা অদোমদা কাখৎলকই। বিনাতানা চংলক্লবদা শুশিনিনা ফমুংদগী হৌগৎচরগা মতারোইবু থারিবা সোফা অদুদা ফমথন্নবা হায়জরকই। মশাদি ফমুং অদুদা ফল্লী। 'ঐগী ৱারীসে নঙোন্দা লীথোকপা ইকাইদুনা লিরকত্রিবনি, অদুবু থম্মোই শোক্লবা ৱারী অসে থম্মোইদা ফুমদুনা লৈরকপসি কুইরক্লবনা ঐগী অৱাবগী পংখৈ লৈরক্তবদগী ঙসিদি নঙোন্দা লিথোক্লগা মৈচাকসে খরদং কোকপা ঙমব্রা য়েংলগে খল্লদুনা অচিকপা তাঞ্জা অসিদা নঙবু কৌবনি' হায়না শুশিনিনা হায়রকই। বিনাতানা অদুদি লিরোদনা তারসি' হায়না খৌরাংনা হায়রকখি।

* * * * * *

ইচেগী অঙাং পোক্কদবগী অরুবা ফিভমদা লৈবদগী শিজ হোস্পিতালদা পুখৎলদুনা ওপরেসন তৌদুনা অঙাং পোক্লে হায়বসে নুমিদাং অমদা ঐনা পাবুংদগী তাবনি। ইমানা ঐ হোস্পিতালদা লাক্লনবা হায়রকপদু পাবুংনা তল্লবদা মথং অয়ুক্তা ঐ শিজা হোস্পিতালদা চৎলবা হায়বদুনি হায়দুনা অহিং অদু পোত্থাখি। নোংঙানবগা ইরু মাইথজরদুনা চাক ঈশিং থোংলদুনা পাবুং ইমা য়াম্নুং অমসুং ইনম্মনচিংবা পিজরগা মখোয় মখোয়গী মথৌ চৎহনখ্রে। মতুংদা ঐ কেবা য়াবা কেরদুনা শলৱার হঙ্গাম মপাল মচু হায়রপ লৈশনবদু শেৎলদুনা ঐগী এক্টিভা অদু তোংলদুনা লাঙ্গোল লম্বীদা শিজা হোস্পিতালগীদমক লাক্লে। অমুক্তা চংলুদ্রিবা

হোস্পিতাললিনা মীওোন্দা হওলগা চংলকপনি। ফনা ফজরবা মণিপুরদা লৈবা তনাল তনাল্লবা লনাই হোস্পিতাল অমনি। ঐনা ঐগী এক্টিভা অদু চকা অনি পানবা গড়ি থম্ফম হোল অদুদা থনম্লগা মেনেজিং ডইরেক্টরগী ওফিস মমাংদা শাংনা থারিবা নিংথিনা চন্দুনা থম্লীবা উগী ফমফম অদুদা ফমদুনা লৈখি। মদুমক ঐনা ফিভম ঙাইহাক য়েংলগা হওদুনা খোংতুনা ইচেনা লৈরিবা ব্রার্দ অদু থিরগে খনবদগীনি। মতম অদুদা বি-ব্লোক ব্রার্দ অদুগী ময়ায় ওইরপ্পা লৈরিবা কোফি কোনর অদুগী মফম অদুদা মীয়াই ওইরপ তৌবা অনোক উপ্পা মশা নানবা নুপা অমনা ঐঙোন্দা মুনা মুনা য়েংলকপদু ঐনা উখি। ঐনাসু মাবু য়েংখি, অদুবু ঐদি অমুক অমুক লৈথোকচখি। মহাক্লা হুরান হুরান ঐঙোন্দা য়েংলে হায়বসে ঐনা তশেংনা খঙলকলে। নুপা অদু মশা নানবতা নত্তনা ঙৌরবা কুচুগা লোয়ননা ব্রাং চাওনা রাসি হায়বপ লৈনা ফজে, লেম্মী। মোং হাদ্রবা মতৌসু ওইবা মাগী ইংলবা শকতমদুনা ঐগী শুমহৎনিঙাই অমা থম্মোই অসিদা ওইবকখি। মহাক্লা ঐঙোন্দা অসুম য়েংলম্বদগী তৌফম খঙদবা মতৌদা কোর্নর অদুদগী চা অমা লৌরগা চা মনা অদু ১০ রক অমুক লুপ্পগা চা মনা হাপ্পা মরিদু দস্তবিন অদুদা থাথবগা ঐঙোন্দা অমুক য়েংলকই। ঐসু য়েংলাম্বদগী ইমাইসে অমুক লৈথোক্লে। মহাক মফম অদুদা অমুক ফম্লগা ঐঙোন্দা য়েংদবা থৌশাদবা শাদুনা চা থক্কুনা লৈখি। চা থকপা লোয়রগা ঐঙোন্দা অমুক হুরপ য়েংলকই। ঐগী ব্রাখলদা মসিনা ঐঙোন্দা হুরান হুরান য়েংলিবসি মশক মুন্না য়েংথোক্লগে খল্লদুনা ঐগী ফমফম অদুদগী নাল্লবা হোস্পিতালগী লম্বী অদুদা কোফি কোর্নর অদু তম্না লাকই। ঐহাক্লা কোফি অমা লৌরগা লুপা মঙা পিরম্লগা নুপাদুদা হায়রপ য়েংলম্লগা ঐগী হান্নগী ফমফম অদু তান্না চৎতুনা ফম্লগা কোফি অদু থকখি। ঙাইহাক লৈরগা মহাক হোস্পিতালগী কেমপসকী মপান্দা থোকখিবদু তুংলোমদগী ঐনা উহৌবদা অদুক্কী মতিক নিংথিজখি। থম্মোই ঐনা মাবু নুংশিবগী লায় কামদেবমক্কা পাংথক ওইখ্রে। ব্রাখল অসিদা করিনো মফম খঙদবা নুংঙাইতবা অমনা হকচাংসে মফম মরাং খঙহল্লকত্রে। ঐ হকচাংসে য়াম্না হৈনিংলক্কবগুমনা হৌগৎতুনা গাডি থম্ফমদা চংলক্লগা কোন্না নুংথিল অমুক লাক্লগে খন্না

গাড়িদু লাঙ্গোল লম্বী অদু তম্না হোস্পিতাল কেম্পস অদুদগী থৌদোরক্লে। ওক্টো খরা থারিবা হোটেল অদুগী ময়াদা নুপা অদু চুরুপ অমা চিংদুনা ঐবু য়েংলকই। মদুমক্তী হোস্পিতাল কেম্পস মনুংদা চুরুপ থকপা য়াদবনা তৌবনি হায়বদুদি ঐনা খঙলে। মহাক্লা ঐঙোন্দা মঙাল হায়রপ নাইবা মীৎয়েংদা মোমোন্নবগুম তৌরকই। ঐনা উশিন্নদা শাদুনা লাঙ্গোল লম্বী অদুদা ফনা শাংনা থৌদোক্লুরগা অমুক হোস্পিতাল লোমদা অমুক হন্নীংলকপগী ককঙাওনবা ৱাখল অম অমুক লাকখি। ঐ অসিসু অঙকপনি, গাড়ি মমাই অদু তন্না অমুক লৈদুনা হোস্পিতাল কেম্পস্তা অমুক থৌরকই। মহাক্লা হান্না লেপ্লম্বা মফম অদুদা অদুমক লেপলম্মই, অমসুং হায়রপ চঙক্লনা ঐঙোন্দা য়েংহৌই। ঐ হোস্পিতালগী কেম্পস মনুংগী গাড়ি থমফম অদুদা গাড়িদু অমুক থনম্লগা ঐনা ও পি ডি গী কা অদোমদা চংলুই। মতম অদুদা নান্না থারিবা মী ঙাইফম কা অদুগী চৌক্রি অমমমদা ইমান্নবী তম্ফাগা মাগী মমা অনাবী অদুগা কিউ ঙাইবগুম ঙাইদুনা অনাবা য়েংননবা লৈরম্বদু উরুই। মখোয়গী মমিৎ অদু নাকলদা কাপ্লীবা টি ভি অদুদা থমখিবনা ঐনা চংলকপদু মখোয়না উদে। ঐনা কৌকুবদগী ফমিন্নদুনা ৱারী শান্নরে। ঙইহাক ফম্বদগী খঙলে মদুদি ঐখোয়গী ইচেদি বিল্ডীং অদুগী অহুমশুবা মথোলগী ৱার্দ অমদা লৈখ্রে। ঐনা তম্ফাদগী বিদাই নিরগা মেন বিল্ডীং অদোমদা লাক্লে। থেক্লা কোইনা হায়রপ ঙম্লা কাখৎফম লৈরিবা অদুগী নাকলদা কোইনা পোত্থফম থারিবা সোফা অদুদা লাইরিক অমা পারদুনা ঙসাইগী নুপা অদু লৈরম্মী। ঐনা মথক কাখৎলমদাই অদুদা নুপা অদুদা মুন্না য়েংলুখি। মহাক্লসু ঐঙোন্দা য়াম্লা ইখৌ লাংনা মুন্না মমিৎ কুপ্তনা য়েংলকখি। ঐখোয় অনিগী মিম্না মরিদু মিনিট মখাই অমরোম মিৎচান্না মিৎচান্ননা ঐ মথকলোমদা কাখৎলকই। মতুংদা ঐ ইচেনা লৈরিবা ৱার্দ অদু তম্লকই। ইচেগা ইমাগনা ঐনা লাকপা অদুদা হরাওনা তবম্লা তৌখি। ঐসু ৱারীদু লৎলপ-লৎলপ শান্নখি। অদুবু থম্মোইসে পোত্থাফম খঙদনা খোইরাংবা অমনা ঐনা ইমাগা ইচেগদা অমুক থুনা লাক্লে হায়রমলগা নাকলদা লৈরিবা থাক থাক্কী সিরিগী কুমথফম অদুদা কুমথদুনা গ্রাউন ফ্লোর অদুদা অমুক লাকই। মহাকপু উনিংবনা ককঙাওননা ইখৌ লাংনা মহাক

লৈরিব্রা য়েংনা য়েংনা হান্নগী ঙমলপ তৌবা কোইনা কাগদবা লম্বী অদুদা অমুক কাখৎকই। মহাক ফম্না ফম্না ঐঙোন্দা মিং কুপ্তবমখৈ লৈ লৈদুনা ঐনা কাখৎলিবা অদুদা অদুম মতিন য়োৎতুনা য়েংদুনা লৈহৌই। ঐবু উখিদ্রবদা মমাংদা পাক্লা ৱাল ওইনা লৈরিবা গ্লাস ৱাল অদুদা ঐনা কাখৎখিবদু অদুম য়েংদুনা লৈহৌই। ঐনা ঐগী তেল্লপ তারিবা শন্নাংশিং অদু ইখুৎশিনা হায়রপ নাম্বুরগা ইচেনা লৈরিবা ৱার্দ অদুদা অমুক চংলক্লে। ইচেগী ৱার্দ অদুদা ঐ নুমিদংৱাই ফাওবা লৈরম্লগা ঐনা য়ুমদা হন্ননবা থোরকপদদি মহাক লৈরমদ্রে। মথং নোংঙানবদসু ঐ পুং ৯ অদুৱাইদা ঐগী এক্টিভা অদু তোংদুনা শিজা হোস্পিতালদা থুংলরে। ঐনা মহাকপু লৈব্রা হায়দুনা কোইয়েং য়েংই। উদ্রে, মমৈদা খবর পাদুনা লৈরিবা অদু ঐনা বি-ব্লোক ৱার্দতগী খোঙনা কপ কপ লাকপদা উখি। ঐনা লাকপা য়েংগনবা মানা য়েংলক্লবদা ঐনা মাগী ফম্ফম মপা অদুৱাইদা রুমাল অদু তাথোকখিবা শাদুনা তাহল্লি। মনা 'এ' হায়দুনা হৌগৎতুনা খুল্লগা "ইচল অদোমগী রুমাল ওইমাল্লে" হায়দুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলক্লগা পিরকই। ঐনা 'থেঙ্ক ইউ' হায়রম্লগা চৎকে তৌবদা 'অদোমগী মীংবু' হায়না খৌরাংনা হঙলকই। ঐনা 'শুশিনি' হায়না তপ্না খুমখি। মহাক্না 'লৈফমবু' হায়না হঙলকই। ঐনা 'য়াইস্কুলদগী' হায়রম্লগা ফৎ লাকই। মহাক্না অ: হায়রকপদা ঐনা মাবু নুংশিনা মোমোন্না য়েংলম্লগা ঐগী খোঙথাং কনখৎখি। মহাক্না য়াম্না থম্মোই শোক্না মখুৎ থাঙ্গৎতুনা লৈহৌবদু ঐনা লাপলপ্না উখি। নুমিৎতুসু ঐ ইচেগী কাদা অদুম লৈতবা যাদ্রদুনা লৈরুবনা নুমিদাংৱাইবম য়ৌবকপদা ঐ হোস্পিতালদগী য়ুমদা হল্লে। ঐনা, মানা চুরুপ থক্কুনা ঙবাং মানা লেপফম অদুদা ঐবু য়েংদুনা লৈহৌবদু উবগসু থৌশাদনা অদুমক থৌরক্লে। অহিং অনিদু ঐ তুম্ফম চাফম খঙদে, নুংশিবা, নুংশিবা মশক খঙলক্লীবা ইবাল লৈজদ্রবা ঐবু মহাক্কী ৱাখলতনা ঙাওহল্লে। ঐ মাবু নুংশিবনা খাঙমলক্কে। মোন্দ্রংদা স্বর্গগী অমরবতি লৈকোন্দা মাগা ঐগা কেকু লোৎপী শান্ননিংলকখি। ঐনা মোন কোল্লদুনা তুম্নানবা হোৎনখি। নোংঙানবগা ঐগী অয়ুক্কী তৌফম থোকপদু ইরাং লাংনা তৌরম্লগা ঐ কেবা য়াবা কেরদুনা ঐগী এক্টিভা অদু তোংলদুনা লাঙ্গোলগী ফৎখিদ্রবা লম্বী অদুদা ঙসিদি ইকাইবা থাদোক্লগা নুংশ ৱাবী

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

হেক্তা হৌরগে খন্না মোন্দ্রংদা থৌরকপদা কোংকুত লৈরিবা কয়া অদুদা অদুমক তুশনগে তৌবা কয়ারক য়াওখি। অদুবু ঐ মোমোন্নবা হোস্পিতাল কেম্পস অদু য়ৌরক্লে। মহাকপু কোয়েং য়েংবা অদুদা উরক্লবা অদুদা ঐনা ইচেগী ব্রার্দ অদুদা অদুমক চংলে। ইমাগা ইচেগনা হয়েংদি লাক্তবা য়ারগনি, হয়েং অয়ুক দিচর্জ তৌরগা ময়ুমদা চৎলগনি হায়বিরে। ঙাইহাক শেবা নুংবা তৌরম্লগা মথক্তগী কুমথরক্লুনা মীয়ামগী য়ারেকফম, পোথাফম শঙ মমাঙ অদুগী লম্বীদগী লাক্লগা বি-ব্লোক ব্রার্দ লোমদা মাগী নুংশি আশাদা ককঙাওননা মিম্লাসিনা ক্রোক ক্রোক ওৎনা য়েংদুনা 'মদুবু কদোমদনো' হায়দুনা লাক্লী। খঙহৌদনা মাবু ইখৌয়াম্না লাংলিবা ঐগী মিৎমাঙ অদুদা কোফি কোর্নর মনাক্লী ফমফম অদুদা মৌনহা অমগা অঙাংমচা অমগা মাগা চিকনা ব্রারী শাদুনা লৈরম্বদু উবদা ঐহাক তু খ্যাউ চুংখি। ঐগী অশাগী দলান অদু খঙহৌদনা নিংখাইরকখি। ঐ কোক ঙাওবগুম তৌরকই। ঐনা থুনা য়াংনা হন্দুনা থোরক্লগা এক্তিভা অদু থৌদোরকখি। ঐনা ঙাওরক্লরিবা নুপা অদুদি মতু মচা লৈবা নুপা ওইরম্লে। অসুম্না মতারোই বিনাতাগী মমাং অদুদা হিক হিক কপচখি।

# চিঙখৈ ঙানবা কাশ্মীরি

জম্মু কাশ্মীরদা ইকুই কুইদনা আর্মি ওইনা পোষ্টিং লাকপা ইবোম্নাদু জম্মু সহবদা লৈবি। মফম অদুদা পকিস্থানগী লালহৌবা কয়া কাশ্মীবগী লালহৌবা কযাগা তোংনা তিন্নদুনা ইকুই কুইদনা লৈশনখ্রে ভাবদগী মিলিটৰি ৫৪৬ এলার্ট লৈননবা পান্দমদা নৌহৌনা থোমজিল্লপা আর্মি টিমদা ইম্ফালগী ইবোম্নাদু যাওরকপনি। মিকুম নাহুমশিংনা জম্মুদগী লেহ তাবা নেসনেল হাযবে লম্বীদা আর্মিশিংনা তত্তনা রোড মাস চৎলি। নোংমদি ইবোম্নসু মখুৎতা অনৌবা মখলগী নোংমৈ অমা পাযদুনা আর্মি মযাংশিং অদুগা মমিৎ মনাশিংনা তুং-মংদা ভোম্নচিংবা লৈব্রা যেংনা যেংনা লম্বীদুদা লার্কখি। খঙহৌদনা নহা ওইবিবা স্কুলড্রেশ শেৎপা ছাত্র অমনা "খেলেম্বা, খেলেম্বা আজাও, স্কুলকা ক্লাস জরুর শুরু হোগা" হাযনা লাওদুনা কৌবকপা খোঞ্জেল অদু ইবোম্নানা তাখ। খোঞ্জেল অদুমক্তা ইবোম্নগী কোকৎগী খোঙ ফাওবা তু চুংহনখি। মদুমক্তি খেলেম্বা কৌবিবা মীং অদু মণিপুবগী মৈতৈতগী মীংনি হঙবনি। মহাক্না খুদক্তা খেলেম্বা কৌবিবা অঙাং অদুবু নুংশিনা কৌদুনা 'খেলেম্ব হাযবদুবু কনানো' হাযনা যাংখু খঙনিংনা হঙখি, মতম অদুদা অতোপ্পা মৈতৈ মচ হাযবপ মানবা চহি ১৩ বোম শুবরা নুপামচা অমনা স্কুলড্রেশ শেৎলদুনা 'আযা আয' হাযদুনা পবপ পবপ লাক্লিবদু উবকই। লাক্লবা অঙাং অদু খেলেম্ব হাযবদুনা হাযবা

আর্মি ইবোম্নানা খঙলদুনা মহাকপু করি জাতিনো, মমা মপাগী মমিংনা করি কৌই হায়না হঙলুই। অঙাং অদুনা মহাক্কী মপাদি মণিপুরগী মৈতে রিটার্য়র আর্মি হাবিলদর চিঙখৈ ঙানবনি, অদুগা মমানা জম্মুগী হিন্দু নুপী বিজয়াদসমীনি হায়না পাওখুম্লকখি। অদুগা মখা তানা মখোয়গী য়ুমদি মফম অদুগী গোলাই অদুগী য়ুম অনিশুবা অদুনি হায়না তমখি। ইবোম্নাগী মিৎমাঙদা ইম্ফালগী নাওরেমথোঙগী য়ুমগী মমা অদুবু শঙ শঙনা উরকখি। মহাক্কা মহাক্কী মখুরা চিঙখৈঙানবা কৌবনি। মহাক জম্মু কাস্মিরদা আর্মি ওইবনি। মহাক মণিপুরদা অমুক হন্না লাক্লরোই হায়দুনা মমা মপা লৈখিদ্রবা ফাওবদা থিফম মফম খঙদবনা য়াওখিদ্রবা থম্মোয় য়াম্না চেৎপা নুপা অমনি। মহাক লৈখিদ্রবরা, হিংলিব্রা হায়বদু ঙসি ফাওবা খঙখিদ্রে হায়না মিৎলু পিরাং শিম্নুনা তন্নকখিবদু নাপদা তারকখি ....। মতুংদা ইবোম্নাগী আর্মি খোঙবুনা মহাকপু কৌরকপদগী মিৎলু ইরা চেল্লবা ইবোম্নানা অঙাং অদুবু নুংশিনা য়েংলগা 'মহাক মাগী ময়াম্বনি, মণিপুরদগীনি। মহাক্কী মপাগা উন্নাবা মহাক লাক্কনি, মহাক নাওরেমথোঙদগী সুবাসিনি অমসুং ইবোহলগী মচানি হায়য়ু' হায়না হায়রম্লগা থুনা য়াংনা চৎখি। চঙক্লরবা অঙাং অদুনা চৎখ্রিবা নোংমৈ পায়বা আর্মি অদুবু মুন্না মিৎ কুপ্তুনা য়েংলম্লগা নোট বুক্তা মপা মমাগী মমিংশিংদু ইশিল্লগা মহাক্কী ময়াম্বনি হায়বদুদা চঙক্ল না মাগী মরুপ্তুদা ফোংদোক্লদুনা স্কুলগীদমক চৎখি।

মণিপুরগী মৈতে অমতগী অমদি মাগী পোক্লফম হৌরকফম ইম্ফালগী নাওরেমথোঙ ফাওবা কাউরম্লবা চিঙখৈঙানবনা মচা খেলেম্বনা তন্নীবা পাও অদুদা চঙক্লনা নুংনাংবা ফাওরকখি।

- মমিংনা করি?
- মমিংদি হায়রমদে, মমা মমিংনা সুবাসিনি অদুগা মপানা ইবোহল কৌই হায়, মহাক ঐগী ইয়াম্বনি হায়না মমিৎতগী মপি তাখি।
- সু..... বা..... সি.... নি

* * * * * *

সিনেমা তম্খাই ওইরকপদা চিঙখৈনা মহাক্কী নুংশিজরবী সুবাসিনি অমদি মহাক্কা পুন্না চামিন্ননবা অহাওবা অচাপোৎ লৈবা হোল মথক্তগী

তপ্না কুমথরকই। নাকল ওইরপ্না মাগা হেক পোকমিন্নবা ব্রা লাং কয়া ঙাঙগনদবা ইবোহলদু লেপ্তুনা লৈবদু উরবসু উশন্নদা শাদুনা হোল ময়াদগী অচাপোং খরা লৈরগা চিঙখৈদু মথকলোমদা পরপ পরপ কাখৎলকই। ময়াম্পুং ইবোহলদু মশা তনান তনান কিরুপ কিরুপ য়েংলদুনা লেপ্তুনা অদুম লৈহৌই। মহাকপু উরমগদ্রা নত্রগা উরমলোইদ্রা হায়বদুদি মহাক খঙলুদ্রে। হোল মনুংদা থাবলগুম্মা ইংলবী মাইথোংনা মাগী ওইবী সুবাসিনিগা অচাপোং অদু চামিন্নবা 'ঐখোয় তাদদু হোলগী ভেরেন্দাদা অদুম লেপ্তুনা লৈহৌই, কনা ঙাইরিবজাৎনো খঙদে' হায়দুনা সুবাসিনিদা পাওদমই। সুবাসিনিনা 'মী ঙাইবা ওইরিনি' হায়দুনা ইচম চম্না খুন্নদুনা অনিদু অচাপোং চামিন্নরি। সিনেমা হৌখ্রে। অচাপোং চানা চানা অনিদু ব্রারী তৌনা তৌনা সিনেমা য়েংলক্লি।

সিনেমা লোয়রবদা হোলদগী সুবাসিনিগা চিঙখৈ ঙানবগা নুংশি ব্রারী শাদুনা থোরকপদুদা চিঙখৈনা ময়াম্পুং ইবোহলনা মখোয়দা য়েংলক্লিবদু হুরপ উখি। অদুবু থৌশারুবা তৌদনা অনিদু খোঙনা পাউনা বাজারদগী কৈসাম্পাৎলোমদা লাকখি। ওক্টো খঙনবা অমা থেংনরবদা ব্রাইরদুনা কোনুং মমাঙলোমদা লাকখি। মমান্নবা অমগা উন্নরদুনা চিঙখৈনা ব্রারী শান্নরি। সুবাসিনিনা নাকল অমদা লেপ্তুনা ঙাইজরি। লাপলপ চিঙখৈনা ময়াম্পুং ইবোহলনা মপানা থম্বীরম্বা ইংলিস হম্বরগী সাইকল অদু তোংদুনা থৌরক্লিবদু উখি। মমান্নবগা ব্রারী শারম্বদগী সুবাসিনিবু পুরদুনা ওক্টো অদুদা অমুক কাখৎলে। ওক্টো দ্রাইভরদু চিঙখৈগী মরুপনি নাওরেম থোঙদগীনি, নাওরেমথোঙ তম্না চৎমিন্নখ্রগদবনি। ওক্টোদু ইম্ফাল টকিজ মমাঙদা ঙাইহল্লগা চিঙখৈ অমদি সুবাসিনিনা ফিরোলনচিংবা খরা য়েংদুনা লৈনরি। লোয়রদুনা কোফি অমমমতং থকমিন্ননবা হোটেল অমদা চংলকপদা ময়াম্পুং ইবোহলনা কিরুপ কিরুপ য়েংদুনা অমুকসু লেপ্লম্বদু উরকই। মপুংক্লিংদা চিংনবা অমদি লৈরবা চিঙখৈঙানবনা সুবাসিনিদা খঙনিংবা খরা লৈরবসু কোন্না হঙলগে খন্না মবুক্লিং ফাথরগা, মহাক মপান অমুক্তা থোক্লুগে মফম অদুদা অদুম লৈরম্মু হায়রল্লগা বেগ অদু পিশিল্লল্লগা চৎখ্রে। সুবাসিনিদু

বেগ অদু য়াম্লদুনা লেপ্তুনা লৈহৌরি। তাঙ্গা অদু লৌরদুনা ইবোহলদু সুবাসিনিগী মনাক্তা চংশিল্লকই।

- নহাক ঐগী ইনাও চিঙখৈবু থাদোক্লবা শক্তি লৈররোইদ্রা?
- তাইবোহল ব্রাবী পুম্নমক নোংমা শাসি, ঐ তশেংনমক চিংখৈঙানববু নুংশি। মহাক ঐহাক্কী থম্মোইদগী পুন্সিগী ওইনা ইল্লোকপা ঙম্লোই।
- অদুদি নহাক মৈতৈ নুপীদি ওইররোইদ্রা?
- মদু ঐ ..... ঐ ... নহাক্না শাবমচৎ চৎলগা ঐবু, ঐগী নুংশিববু.... নহাক চৎখ্রো, ঐ খন্থখিনি, নহাক থুনমক চৎখ্রো।

ইবোহলদু সুবাসিনিবু উপাই লৈতনা যেংলম্লগা চৎখ্রে। চিঙখৈঙানবদু হোবে তোবে লাকখি। মহাক্না মযাম্নুং ইবোহলগা মাগী থব্রাই ওইবিবী সুবাসিনিগা ব্রাবী শান্নবদু যেংদুনা অবাপ্পদগী লৈখিবনি। অদুবু কবি কবি হায়নবনো হাযবদুদি মহাক খঙখিদে। সুবাসিনিদা মমুৎ তানা হঙলগে হাযদুনা ইবোহলনা লাপথোকখ্রবদা চংলকখিবনি।

- ঐখোয তাদনা কবি কবি হাযবল্লিবনো?

পৈশা য়াওব্রা হঙলম্বনি, ঐনা ঐগীদি যাওদ্রে হাযবদুদা নঙোন্দদি হঙনিংদে হাযদুনা চৎখ্রবনি।

তুমিন অঙাওবা অসে নিষা নুংশাসু অমত্তা চাবা নৎতে, কবি লৈগে হাযবিবনোনে, চৎসি চৎসি।

অসুম্না আনদু ইম্ফাল টকিজ মনাক্তা লৈহৌবিবা ওক্তো অদু তমলকই। ওক্টে অদুদা ফমথবগা ওক্টোদু তপ্না তপ্না থৌহল্লকই। অনি অদুনা নোক খেদুনা ব্রাবী শানা শানা লাক্লি। চিঙখৈনা তুংলোমদা লম্বী অদুদা হাযবপ যেংলুবদা মযাম্নুং ইবোহলদু সাইকল হন্থবদু কল্লপ থৌদুনা মখোযবু তান্নবকপগুম্না তৌবিবদু উবকখি। থম্মোইদা চিংনবা তমদি চিঙখৈদা তশেংনা লৈবক্লে। অদুবু কোন্না তপ্না তপ্না থিবগে খন্না উশন্নদা শাদুনা অনিদু নোক খেনা ব্রাবী শানা থম্মোইদগী নুংঙাইতবা চিংনবদুদি খঙহন্দনা থোঙ্গাল যৌবক্লে। ওক্টোগী পৈশাদু পিবল্লগা বিদাই পিনবগা মযুম মযুমগী দমক চংনব্রে

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

থা অহমদংগী ছুটি লৌরকপনি, থা অমা ফাজিল্লক্কদৌরে। সুবাসিনিগা চিঙখৈঙানবগা মমাঙ চহি মঙা তরুকলোমদগী নুংশিনরকপনি। মহাক্না আর্মি ওইদ্রিবৈঙেদগীনি। হন্দক ছুটি মনুং অসিদা চেল্লগা লুহোংবরা খোঙদোঙবরা অমদি তৌরগে খল্লক্লিবনি। মবুংগসু তিন্নদুনা সুবাসিনিখোয়দা চাদুনা থক্কুনা ইকোই কোইদনা ফোংনা ৱারী ফাওবা দোং দোং শাদুনা লৈনরিবনি। মমা অদুগা মপা অদুগনসু মাবুদি নুংশিনা চান্না মানা তৌবা য়াদুনা লৈরক্লিবনি। মতাং অসিদা ময়াম্বুং ইবোহলদু সুবাসিনিখোয়গী থোঙ্গাল নুংগালদসু অদুম কাতু কারন চৎপা লেপ্পদু হন্দক মরক অসিদা তত্তনা অদুম উরি। মানা করম্না করি হায়দুনা ময়াম্বুং অদুদা হঙলুগনি। অসুম্না চিঙখৈঙানবগী থম্মোইদা চিংনবনা লাঙতক্লবা মেন ইতা তাদবা ৱাখল অমনা নুংবংনহনবনা মতমদি অসুম হৌজনখি। ঙসিসু পুখ্রি মপালদা সুবাসিনিগা মতারোই নলিনিগা ইবোহলগা ঙংনদুনা লৈবদু শঙ শঙ উখি। নোংমসু মনে নুংশিরৈগা সুবাসিনিগা ইবোহলগী মরমদা ৱারী শান্নরম্বা থেংনরুই। মাসু ফাগি তৌদুনা ৱারীদু য়াওশল্লি। মাগী ময়াম্বুংদি থবক্কী মীনি, থবক্তা শুদুনা লৈবা তুমিন অঙাওবনি হায়দনা ফাগি তৌনৈ। অসুম্না ৱাখলদা চয়েৎনবা হায়ফম খঙদবা ৱাবা অমনা ককঙাওনরিঙৈ তাল্লক অসিদা নিনফুং নিনফুং ওইনা ময়াম্বুং ইবোহলগা মাগী থৱাই ওইজরিবী সুবাসিনিগা ঙসি নিনি হুমনি অসিদা চেনগদবা মাল্লি হায়বা পাও নাশোন পিক্লা তাবগুম্না তৌরকই। চিংনরম্বা চিঙখৈনা পাখৎপা অমা য়াওনা সুবাসিনিদা অশেংবদু হায়য়ু হায়দুনা কন্না তকখৎলকপা তাঞ্জানি। সুবাসিনিগী ফজববা মাইথোং অদুনা চিঙখৈবু শুমহৎনা মোমোন্ননা ‘তোকঙাদসু পংথা থাজৈহে, নঙবুদি মৈনা ৱাখৈদ্রিমখৈ, ঐগী পুক্সিনা লৈবিবমখৈ থম্মোয়দা চেৎনা লেংদনা থমজগনিয়ে” হায়বা খোঞ্জেলনা শুমহৎহন্দুনা চিঙখৈগী ৱা অদু নমশনখি।

মমৈদা নোংমা ময়াম্বুং ইবোহনগী মরুপ শঙ্করগা চিঙখৈগা থেনরুই, “ইবো চিঙখৈ নঙ ৱারৌগনু, সুবাসিনিদা নঙনা আশা থম্লুরগনু, সুবাসিনি নঙগী নতৈমা শিংদা চল্লগুম্বনি” হায়না তপ্পা শঙ্করনা হায়রকখিবদুদা শ্বায় লাওনা চিঙখৈনা “করম্না” হায়দুনা খঙনিংনা তপথরকই।

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

"নোংমা ভোটকী চাক থোংবা খোৎপা তৌবিবা সুবাসিনিনা অতৈনা মাগী মাগী অথুবা থবক্কী চৎনশ্রবদা নুমিদাং অথেংবা অদুদা চাকশঙদা মথন্তা শঙদবা য়াদবা মতৌনা লৈরম্বদগী ব্রামন্দুনা থোখাবদগী তুমথখি। ইবোহলদু অব্রাৎ অপা য়েংশনবা হঙবা চংলকপদা ফিভম চাদনা সুবাসিনিনা তুমলিবদুদা তাঞ্জা লৌদুনা মশা শোকখি" হায়না শক্কবনা লিবকখি। চিঙখৈদু খঙহৌদনা খোনগাইদা লাওবকখি "তোক্লো তোক্লো, ব্রা মখা তাবক্লনু, হৌদোং তুমিনা লৈবগী ব্রাদু তানিংদ্রে" হায়বল্লগা ফিংনা শাওনা থোকখি। তৌফম খঙদনা তাইনফম খঙদনা মমান্নবা কয়াগী য়ুমদা য়ু থক্কুনা ঙাওদুনা মযুমদা হঞ্জল্লক্রে।

শোমদনা মনে মন্দোলনা কন্না তকপদগী ফববসু ফত্রবসু মৈতৈনুপীদি মঙ অনি শুফদে হাযবদুগী ব্রাখলনা ককঙাওননা তুম্বা চাবা খঙদ্রবী সুবাসিনিনা নুংশিবগী পিবাংনা পুমচোৎ চোৎনা মিৎস্নাদা কুমগী নোংহৌগুম্মা পিবাংনা অতৎপা লৈত্রবী উপাই লৈত্রবীদু ইবোহলদা চেনশনখ্রবনি হাযবসে মীযাম্মা খঙনখিদে। ওন্না তৈনবা মতৌ অদুদা সুবাসিনিগী মমা মপা অমদি মবংদুনসু পেন্দবা মতৌ ওইবনা চেল্লবনিনা মবাইবক্কীনি কৈন্যাদান অমা হেক্তা তৌবসি হাযদুনা লোযশনখ্রে। থা মখাই অমবোম সুবাসিনিদু ইবোহলগী নুপী ওইনা লৈবক্লে। অদুবু চিঙখৈদি ফোতোদা উবা নত্তনা যুম অদুদা লৈবমদে। নোংমা নুমিদাং অমা য়ু তপ তানা ঙাওবগা মমান্নবা ইবোগা চংলকই। 'মৌ অনৌবী, ইতৈমা ইবেম্মা, ১'ক চাবগে' হাযদুনা চিঙখৈনা লাওবপ ঙাঙলকই। জ্ঞান তাববী সুবাসিনিনা চাকশংদা চংলক্কুনা চাক্কু ফজনা পুথোক্কুনা থমলকই। চিঙখৈগা ইবোগা ঙাওবপ চংলক্কুনা নোক্‌খেনা ব্রাবী শানা শানা চাক্কু চামিন্নখি। ইবোবু বিদাই পিরুবগা চিঙখৈনা থা মখাই অমবোম হেন্না তুমলুদ্রব মাগী ফমুং অদুদা তুম্নবা চংলকপদা নিংথিজনা শেম শাদুনা থন্বীবম্বদু উবকই। মমাগা মপাগাদা মহাক হযেং কাম্মীবদা চৎলগদবনি হাযবল্লগা ফমুংদা তুমথখি। মহাকপু কিবনা মমা মপা অমদি মযাম্মুংনা মঙোন্দা ব্রাহং পাওতং তৌবা ঙম্মখিদে। চিঙখৈ খবদি শাথিবা মীনি, ফববদি যাম্না ফাবা, ফৎত্রগনা শিনি নানি খঙদবা মীওইনি হাযবসে সুবাসিনিদা

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

নত্তনা ইমুং অদুগী মী পুন্নমক্লা খঙবনি।

নোংঙানবগা সুবাসিনিনা মনাওনুপাগী চৎনবা শিং শেংদুনা থৌরাং লোয়খ্রে। সুর্জ পুজাগী ধুপকী মনম্না শুমাঙ মাঙ্গোল নুংশিরে। মঙ্গলগী মশক ওইরে। চিঙখৈ ঙানবদু মাগী পুগদবা পোৎয়োম চায়োম লোয়শনখ্রে। মঙ্গলগী মশক ওইরিবা মাঙ্গোল অদুগী ফমেন ফক্তা ফল্লিবা মাবু হেক পোকপিবা মমা মপা অনিদুবু খোঙ শোক্লা খুরুম্নবা মতুংদা মতৈমনা ঋা লাংসু ঙাঙবা ঙমদা পিরাংনা মিৎম্নাদুদা থন্না থোঙজিন মপাল অদুদা চিঙখৈবু চিংনা য়েংলিবদু উজরুই। মোরাদা ফল্লিবা ময়াম্বু খুরুমম্লগা মতৈমরোমদা তপনা চঙশিল্লক্নুনা তপ্না খুরমই। সুবাসিনিনা খোঞ্জেল থোক্লা হিক হিক কপলকই। ইরা চেল্লবা মিৎম্না অদুদগী পিরাংদু লোৎনা তৈথোকচরগা চিঙখৈ ঙানবদু থোঙ্গালদা থারিবা ওক্টো অদুদা ফমখিবগা থৌখ্রে।

- বাবা আয়া আয়া, ও আর্মি আয়া

ঙসাইমখৈ ব্রাখল অমদা তাওথরুরবা চিঙখৈঙানবনা জ্ঞান তানা তপ্না লেম্না থোরকপদা পাখং মৈতৈ অমগা ময়াং অমগা সোফাদা ফমদুনা লৈরিবা অদু উরুই। মৈতৈ অদুনা চিঙখৈদা 'খুরা ঐ নঙগী নচা ইবোম্নানি। মণিপুবদগীনি' হায়দুনা মখোঙ শোক্লা খুরুমজে। চিঙখৈনা পাখং অদুবু চেৎনা কোন্দুনা কপমিন্নখি। মতুংদা কোল্লিবদু থাদোক্লগা পাখং অদুগী নঙ্গলদা পোপ পোপ ফুবগা 'সবাস বেটা, সবাস নৌজব্রান' হায়রম্লগা মিৎলুদগী পিবাংদু কংনা তৈথোকখি।

# খুদি থীবা

মপা ইবুঙো অদুগ্‌ মমা ইবেম্মা অদুগনা অহন ওইশিল্লক্লবনা থবক ইনখ্বাং শুবা ঙম্নবক্লবনা গোপেন্দ্‌ বি এ লোইশিঞ্জববসু লাইবিক মখা তমথনবা উপাই লৈখিদ্রে। মহাক আইন যামনা তম্বা পাম্মী। মমান্নবা লো তম্লিবা বেকুলনা আইন খঙনিংলবসু উপাই লৈত্রবা গেপেনগী মতৌদা নুংশিবিবদুনা ভাবতকী সংবিধানগী লাইবিক অমগা Land revenue and land reforms act অমসুং CRPC and IPC গী অপুনবা নৈনবা যাবা লাইবিক Criminal Procedure Manual গী লাইবিক অমগা অহুমদু মতোন্দা দান তৌবিদুনা নৈনৌ হাযদুনা পিবিখি। অশংবা মতম কযাদা লাবিকশিংদু পাজদুনা নৈনজে। ব্রাখলদুদদি টাই পুন্দুনা উকিলগা হাযবদু ওইদুনা চৎনিংবা যাওই, অদুবু মঙনি খঞ্জে। অঙাং লাইবিক খবা খবা তাকই, ইঙ্খোল শংবল খবা শুই, মদুনা ইমুং পুবদি ঙমদে। থিকাগী নুং চাইবা খবা যাওকই কুইবা থবক নত্তে, ফবক তাই। মচেদু লাকই, মবাইদু লাকই "নঙদ থবক অমত্তা তৌজববদি ফগদবা" হাযবী হাযজবতনি, মণিপুব সবকাবগী থবক লৌবা থিংলিবা মতম অদুদা কাবিদ্দি তৌনি। মচেগা মবাইগনা মতেং খবা পাংলকপদুনা কান্নববুদি কান্নে। কবিগুম্বা থবক্কী তাঞ্জাবু লাক্লবদি পৈশা পুথোকপা ঙম্বা মচে, মবাইনি। অদুবু মণিপুবদা থবক তৌবা মশিংনা (সবকাবগী থবক) চাং হেনমনখিবনা মখা তানা থবক পাক লৌগদবসু মান্দ্রি। মচেলা মবোল অমা নুপা থোক্তে থিকা নুংগা তৌনবা চেন চোংদুনা তৌদে হাযদুনা ঙাঙই। অদুবু

মতমদুগী থিক'গী বিনধ' ওনবা বিল কয়'গী পা'ও ত'বদ' মচেদগী মব'ইদগী মরুপ মপাংদগী শেল লৌশল্লুরগ', পুশল্লুরগা দশা তাগদবা কয়'দুদা তল্লি। কবি তৌগদবনো খল্লুবদা মকোক্তু ঙাওদুনা লৈরকই। মমা মপাদুনা মরে'ন অমা অয়ুককী চা নংদবদা মুরুম মরুম শোন্নৈ। মচলনসু অথুবা নংহন্দে হায়দুনা মঙোন্দা শাওজল্লকই। মনাও নুপাদু থবক শুদে হায়দুনা মহ'ক্না চৈশিল্লি, ফুবিবসু য়াওই।মনাও নুপাদুনা লোন্না হিক হিক কপ্লদু তাদবা নত্তে, অদুদু হেন্না চৈশনবা নত্তনা উপাই লৈতবগুম্মী। মনাওদু ফুবি চৈবিরুবগা মথন্তা নিং দা তৌজে। হোরেলগী হয়েংগী হোৎনবদা মানা য়াবদু মমা মপ' অহলশিং অদুনা খঙবনা মচিন খুমদুনা চানিংবা থক্লিংবা খাঙনরিবদু মাসু খঙই।

নোংমা মোরে কারবার তৌবা তাদা শেখরগা চিক্না ফমিন্নৈ।

- ইশুক্তা শুক্তুনা লৈদুনা, য়েংনিংদেহে, ঙস্নি মঙ'নি লৈরগ' ঐ মো'রেদা চৎকনি। চৎমিন্নগসি শেম শারো।
  পৈশাদু লৈরদি চৎকনিনা....
- সে, ভরাসু ঐন' পিবিরগে, লুপা চহুম চাম্মরিদদি পাইরকউ, কা অম' ভর' লৌবির্বান। নথন্তা চাক থোংদুন' মো'বেগী ঙ' অহাওব' চা'দুনা নুংঙাইনা লৈগদবনি।

ঐগী তম্মু মনুংদগী পুথোক্লক্কদবা মাল চাং অকন্থ অয়াংবা নঙনা থাংদুনা পুথোক পুশিন তৌগদবনি। ঐগী পোৎ পুথোক পুশিন তৌব' উবদা মহ'জন অতৈ কয়'গীসু পুথোকপিয়ু হায়দুন' নঙোন্দা হায়বক্লনি। মথং মথং হৈনবক্তুনা মথং মথং থাংদোক থাংজিন তৌদুন' থ' অমদ' লুপা লিশিং অনি অহুম শোযদনা তানব' ঙল্লগনি। অদুনা নমা নপাবু থাকপদা নত্তন' লা'ইবিক তল্লিব' নন'ওগা নচলগসু মতেং পাংবা ঙল্লগনি। মখোয়না ঙম্বাসু তৌজসনু। নমা নপ' অহল ওইরবসু শোল্লবসু মখোয়না য়ুম কোয়বগ' লেনবদি নঙন' পৈশা থাজিল্লক্লবদি অদুম ঙমগনি।

- অদুদি কুলি ত'রেনে।
- কুলি ওইবরসু কৈদৌগে, লৈক'ইগী মীন' কয়া খঙদ্রব' মফম অদুদা কুলি ওইরবসু পৈশা তাল্লগা লোয়বে।
- অদুদি দিল্লারগী অমিতাভ বচন শ'ব' ত'রেনে।
  অদুনি কুলিসু হেবে'নি, করিগী হো'রে'ইন লৈবক্লোই।
- অদুদি ঐ ফিল্ম কুমগদৌবিনিনে?

- পুন্সি অসি ফিল্মনি, লিলানি, দ্রামানি। ফিল্ম নত্রগা লিলা দ্রমা অদুদা কুন্নিবা আর্টিষ্ট খুদিংমক্না মাগী মাগী পার্ট অদু ফজনা তৌরগা ফিল্ম ফজনরিবনিনে বোনধু।
- ও! কুলিগী পার্ট অসিদা ফজহল্লবদি ঐগী পুন্সিগী ফিল্ম অসি golden jublee ফংবদগী হেনবসু য়াবা জাৎনিনে.... হা.. হা...হা...
- নোক্কনুনে, অশেংবনিনে, Life is stage হায়রিবসিবু নঙবু বি. এ. পাস তৌবতা নত্তনা লো তম্লিংই হায়রগা খঙদ্রিবসিবু, নঙসে ক্রেক খরা খরা লৈকো।
- অস....

ফুমংদা লোংনা হিপথরগা মাগী তাদা শেখরনা ঙাঙখিবশিং অদু নৈনরকই। চুম্মী পুন্সিসে Stage নি, ঐসু আর্টিষ্ট অমনি। ঐ কুলি ওইরবসু হেরো ওইবা য়াই। তাঞ্জা অদুদা মোন নাকলদগী নঙ্গলদা মানা সৎ চিকলকই। 'অস' ফমুংদনা মা, কাংখল অহোবদনা কাঙ, বস, য়েংবা তারেদনা মোরেগী কাংখল অহনবদু লৈবা তারেদনা অসুম্না তুম্বা থেমজখি। নোংঙানবগা শেম শাদুনা ইম্ফালদা মচেগীদা চৎনবা থৌরাং তৌরকই। য়ৌবগা মচেগা মবাইগদা ৱারীদু চম্না হৌই। 'মোরেদা তাদা শেখরগী মতুং খরা খরা ইন্দুনা য়েংলগে লুপা লিশিং অনি অহুমদং পিয়ু' হায়জখি। মচেগা মবাইগা কুপ্না নৈনরবা মতুংদা 'লুপা লিশিং অনি অহুমদুনা কৈদৌদোইনোনে, তুং মাং জ্ঞানদি তৌকো, নঙ আইন নৈনবা মীনি' হায়দুনা মবাইনা গ্লোক থিরকই। মচেনা মমৈদা 'পিগ্রোসে মানা থোকপা তৌরসনু' হায়না শাওরংননা ঙাঙথরকই। মবাইদুনা 'অমাদুম হেন্না পিরবনি' হায়দুনা উপু মনুংদগী লুপা চামা চৎপী খরগা চামঙা চৎপি মরিগা মশিং থি থিদুনা পুথোরক্কুনা পিনিংনা পিরকপদুনা গোপেন্দু নোকফেৎ নোকফেৎ ময়ুম খুঙ্গং তন্নকই। মমাগা মপাগদা তান্নরকই থা অমা করিমা য়েংলুগে লুপা লিশিং অনিসিনা পাবুংগা ইমাগনা শিল্লমলো। ইচলগা ইনাওগা লাইরিক তম্বসু কাইহনবিগনু। নুংঙারক্কবা লম্বীদি ওইরবনি হায়দুনা মানা ঙাঙথরক্লিবা মাগী চন্নবা মথম্মোদুগী মতৌ অদুদা মমা অদুগা মপা অদুগনা মোমোন্নরদুনা ফাগি তৌরদুনা ইচানা মারুতি কার লৈদুনা থৌদুনা মমা মপা অশোনবা অনিবু মৈতৈগী লাইফম তিনফমশিংদা কোইহল্লনি। দলান্দা লৈহল্লগনি, মীনাই মিশন্না সেবা তৌহল্লনি, শোয়দ্রেদনা'' হায়রকই। 'শোয়দ্রবনি অৱা মচা নুংঙাইবা তম্বা ঙম্বা নৎতেনে' হায়দুনা গোপেন্না ৱাহৈ নমশিন্দুনা থমখি।

ঙসিদি গোপেন্দু তবি তবি মাগী তাদা শেখরগী মতুং ইন্দুনা বেগচাও অমদা মাগী লোগী লাইরিকশিং অমদি মফি মরোল খরা কোমলপ হাপচিঞ্জরদুনা টাটা সুমোগী মোল্লবা সিট অদুদা ফমথরকই। মাগী তাদা শেখরনা বিস্কুট অহাওবা অদুগী চেরং অদু শেগাইরদুনা খরা পিরকপদু শায়বা হৌরকপগা য়াংলবা টাটা সুমো অদু বজারদগী শিংজমৈ য়ৌরকখি। মথং মথং ম্ভি ম্ভি থৌরকপনা তাউন কয়া ফাওরদুনা পলেল য়ৌরকই। তাদা শেখরনা হোটেল অমদা পুশনবিদুনা চাক্কু পুক থন্না চারগা অমুক টাটা সুমো অদুদা ফমথনৈ। গাড়িদু পন্থুবা তৌদনা ম্ভি ম্ভি চীংলম্বী অদুদা থৌগৎলকই। চীংলম্বী অমদি তমগী লম্বীগী খেৎনবা অমদি উমং য়ামংগী ওইবা ফজরবা অনকপা অমদি তাল্লবা দ্রশা কয়া অদুনা মশাবু কাওনা তেংনৌপলদা থুংলখি। পুলিসনা গাড়ি চেক তৌখি। চেক পোষ্ট কয়াদু মখোয়গী সেপ গার্দকীদমক্তি খঙজিনজে। ডাইরিদা ইবা য়াবসু ইশিঞ্জে। মমৈদা লমখৈদা লৈবা সহর মোরেগীদমক খোংশাল্লক্লে। অঙকপনি, অঙকপা অমা ওইনা কা হেন্নমক ফজদ্রগসু চগুংননা লৈরিবা ফুরা দলান য়ুম কৈ কয়ানা লৈরিবা য়েংবা য়ারবা সহর অদুদা তিল্লিবা মচু মখল কয়াগী মীয়ামনা খুন্দারিবা দিপ অমগুম্বা বোরদর সহর অদুদা গোপেন্দু থুংলরে।

তম্মু (ম্যানমারগী তাউন) অদুদগী অয়ুক অঙনবদগী মাল চাং অরুম অয়াং কয়া থাংবনা শিনফম ওইরকপনা ঙসিদি থা মঙারোম ফারক্লবনিনা লমিং তুমিং অরোন অথুপ কয়া মশানা লাইরিক লাইশু হৈবনা গোপেন্না খঙবা হৌরক্লে। ময়ুমদা পৈশা খরা খরসু থাবা ঙল্লক্লে। ময়ুমগী অমদি মাগী অবা নুংঙাই য়ারি কয়া শেখরদগী অদুম ফাওনৈ। মথৌ কয়া অরোন অথুপ, অফোংবা কয়া পাংথোক্লবা পোৎ থাংদোক থাংজিন শোমদা ফাওবনা ফাওবা, চুম্না পুবনা পুবা কয়া, অদুগীনা অদু পুবা অদুনা অদু পুগদবা হায়নবা কয়া খন্নবা কয়ানা মাগী য়াখলদু সংসার অমদা অদুম তাওথরকই। মসিনা নুংঙাইরক্কনি হায়বা নত্তবদা মথৌগীদা খনবদা মমা মপা মচল মনাও ইনিং নিংশিংবা ঙমদে। মরুপ মপাং তিন্নদুনা থক চাবা, নুংঙাইনা য়ারী শান্নবা, মাসু য়াওদবা নত্তে। মসিনি পুন্সি হায়বসে ষ্টেজগী এক্সন্নি হায়দুনা গা গা য়া য়া নোক্তুনা অবা অনা কাওনা ঙসিসু লেল্লক্লি। অমরোমদা মখল কয়াগী লৈ শুনা শাৎলবা লৈকোল অদুদা অপাম্বা লৈরাং থৎতুনা নাপদা চিন্নিংই অদুবু মবুকচেল ফাথজদুনা মীওইবগী হক্তি মতাংদা লো নৈনরকই। পুলিস এক্ট,

কন্থ্রম তেঞ্জ দুটি, অমদি ব্যুজিনেস লেনচিংবা অমসুং অহৈশিংদগী থিদুনা নুংঙাইদনা অমদি অহিং ফাওবা নৈনরকপনা মণিপুরগী তম্পাক্কী শক্তম ফাওবা কাওরকই। অৱাবা হুমাং কাংবা কয়া চোকথবা, খৌরাংবা, মিপাইবা, কিবা, খৌনাও কংবা কয়া, অরুম্বা মান্না লুমথরকপা কয়া, অয়াংবা কয়া, লাইনা পুবা কয়া, খোঙনা শাংনা লাকপা কয়া, ফিল্মনি, অৱাবা শারিবা হেয়ো অমনি খন্দোক্লুনা লেল্লক্লি।

ম্যানমারগী মণিপুরগা তাইনবদা লৈরিবা তম্মুগী এরিয়াদা মতম কক্তুনা কার্ফিয়ু থমজিনখ্রে। মণিপুরদগী মী চংবা য়াখিদ্রে। পঞ্জাবী অমৃতসিংহগী মমল য়াম্লবা পোৎ খরা তম্মুগী চাওরবা নাল্লবা দুকান অমদা লৈহৌবদু হয়েংমক লৌথোক্লুদবা য়াদে, করম তৌনি হায়দুনা অমৃত সিংনা কন্না তকশিল্লক্লি। দন্দি ওইনসু তৌরবা, মথৌসু ওইরবা মতৌনা গোপেন্দ্র তঙাইফদনা চীংমী অহন থেকোগা চৎমিন্নবদা তাখি। প্লাষ্টিক্কী বোরা অম পাইরদুনা ম্যানমারগী সিফাইদি উহন্দনা শ্রেৎ শ্রেৎ লোৎনা লোৎনা তুং মাং য়েংনদুনা তম্মু বজারদগী খরা থাপলপ লৈবা দুকান অমদা থেকোগা য়ৌরকই। য়ুঙাং য়োনবা দুকালনি খবা খরা চিংসি হায়দুনা অঙাংবা য়ু অদু খবা চিংশিল্লি। নিষা হায়রপ লাকই। পুক্লিং খবা থৌগৎলকই। থেকোনা মীকুপ নাহুম শিংনা মপাল্লোমদা শোল্লপ ম্যানমার সিফাই য়েংলুই। থেকোনা মাগী লৈকাই অদোমদগী য়াংমোনা মকোক্তা বোক্স অমা পুবদুনা লোংগ্রি শেৎলগা চৎখ্রিবদু লাপ্পা উরুই। তকসি শোনখি, মখোয় অনিসু লোংগ্রি শেৎলম্নবদি কিনিঙাই লৈরম্লেইদবা অদুবু খোংগ্রাও শেৎলুবনা মীতেংপ্লি মশানা খঙবা তারিবনি। লুরিবা তাঞ্জা অদুদা ম্যানমার সিফাই অনিখক য়ু থক্লুগা লাকপদা হৈ শিংলবা গোপেন্দ্র মফম খঙহৌদনা চেনথোকখ্রি। থেকোসু চেনথোক্লুবা লাক্লবনি অদুবু তুশনবদগী ম্যানমার সিফাই অনিদুনা ফাদুনা পুখ্রে। সিফাইশিং মথং মথং মবোল মরি খঙদনা লাওনরকপগা লোয়নন গোপেনগী খোঙ্গুল লিবা হৌবক্লে। উমং মনুংগী শুক্লবা মোংশোং অমদা কুপ দুনা লুপ্লিব গোপেন্না সিফাইশিংনা মখুৎতা নোংমৈ মখল কয়া পাইরদুনা মহাকপু থিবিবদু পাখৎনা য়েংলুই। খল্লকই, করিগুম্বা ফাখ্রবদি বর্ম্মা জেলদা মফম খঙদনা লৈবা তাবনি। তাঞ্জাদুদা লোকসু খুনিংলকই, অদুবু মচিন মেন্দুনা মথৌরিদা মেৎশন্দুনা খাঙজে।

মরাইবক্লা তম্বনরা ঈশ্বরনা চানবনরা মহোংদুনা লেঙ ওৎপদা সুৎ কেস ময়াই ওইরপ চাওবা অমা হাবুং মরক্তুগী লৈনুং অদুদা তাওরপ্পা লৈরম্বদু

ঈশ্বরগী শক্তিনা

থেংনরকই। মখুৎনা খোৎতোক্তুনা লৈনুংদগী ফুকৎতুনা সুৎকেস অদু লৌথোক্লে। মখুম হায়রপ হাংদুনা য়েংলুই ইন্দিয়াগী পৈশাদা চামণ্ডা চৎপী গুাক্তুনা বেগ অদু থম্লি। ফৎ খুমজিনজে, মমিংতু সিফাইশিং লৈরিবা নাকল অদোমদা চিংননা য়েংই। লাইবক ফবদগী হায়গদ্রা বর্ম্মা সিফাইশিং অদু অতোপ্পা মাইকৈ অমারোমদা চেকশিন্না থিবা মওংদা চৎল্লি। চৎল্লিবা সিফাইশিং অদুবু য়েংনা য়েংনা মফম অদুবু 'কদাইদনে' কদোমদনো করম্মা মণিপুরগী মোরে তাগনি খল্লুরকই। জ্ঞান অমা লাকপগুম তপ্না পৈশা য়াওবা বেগ অদু প্লাষ্টিক্কী বোরা অদুদা হাপচিনজরগা থৌরি মচাদুনা চেৎনা কিশিনখি। হৎোইনা চোংনা ফৎ ফৎ চৎপগুম গোপেন্দু তাঞ্জা য়েংনা চোংদুনা অমুক চেন্দুনা অমুক ফৎ ফৎ চেল্লকই। হাবুং অমদা অমুক পাকথদুনা লুমদুনা সিফাই লৈরিব্রা অমুক য়েং মী অমুক য়েং অসুম্না অসুম চোং চোংদুনা চেল্লকপনা মোরে য়ৌরকখ্রে।

অহিংদু তুম্বা য়াদে, ফমুংদা পৈশা মশিং থিবা হৌই অমুকসু থিঙমদা মতৌদা বেগতু খুমজিল্লি। নাকলদা শ্রোৎ প্রেক তৌবদা মিহুন তিং তিং চোংনা মমিৎ মনা শিংজৈ। পৈশাসিবু কনাগী ওইরমগবা, অমুক থিনরক্লবদি কমদৌবা, চিংনবা অমগা লাংতক্লবা অমগনা ইপা পাখৎচৈ। থম্মোইদুদা মানা তৌরিবসি ফিল্মনি, ফারবসু ফাদ্রবসু লাইবক্কীনি খন্দুনা তুমথনবা অমুক হোৎনজৈ। অদুবু অবানবা নত্রগা অরোনবা অমনিনা ভরাগী কা অদুগী ফমুং অদুদগী ফুক ফুক হৌগৎলি। অসুম্না থম্মোইদু চরাংনবা কয়ানা তুপ্পা য়াদনা নোংঙাল্লে। চাশিনবা য়াবা খরা নমদুনা চাশিল্লে। ইরুজথোক্লে, শ্বর শাংনা হোম্বগা ফমুংদা অমুক লোংনা হিপথজৈ।

বর্ম্ম মনুংগী জঙ্গলগী থবকসিবু অমুক হন্না কনা লাক্তুনবু থিরগদৌবিবনো, খঙগদৌরিবগে হায়দুনা মাগী ব্রাখলদু ফাথনবা হোৎনজৈ। মাগী পৈশা থন্না য়াওরবা সুৎ কেস অদু ফি অমা থারপ যেৎলগা, য়োল্লগা মফি মরোল মরক অদুদা য়োমশন্দুনা মাগী বেগচাও অদুদা হাপচিল্লী। মথক থংবা খরা হাংবা মফম অদুদনা লোগী লাইরিক ৫ / ৬ অদু মথক ওইনা হাপচিল্লগা চেন অদু চিংশিল্লে। কাগী শোনচিংবা শিন্নরল্লগা বস ষ্টেসন্দা লাক্তুনা হোটেলদা চা অমা থক্তুনা কম্মোদু য়েংলি, অদুবু মিহুনদি অদুম অয়ৌবী ওইদবদি নত্তে। পুলিস এক্ট অমসুং কষ্টমস কল অমসুং এক্ট অমদি ভবত সংবিধানগী আর্টিকল কয়া নির্শিংজদুনা থম্মোইগী চিংনবদু ঙাকথোক্লবা কন্না হোৎনজৈ। বস ষ্টাদ তৌখ্রে। টিকেৎ ককতবা মীনিনা বস মনিংগী থোঙ অদুদা তোংখৎতুনা লেপ্তুনা

লাকপ্না লোকচাও য়ৌরক্রে। কোই কদরদগী লোকচাও লাম্হোক্তুনা তেংনৌপ্ল য়ৌরক্কদৌরবা অদুদদি শাজেল তৌদুনা লৈরকই। য়ৌবগা বেগকা লোয়ননা লাপলপ লৈবা চীংমীগী হোটেল অমদা খোংলৈ থুনা চংলক্তুনা ফমদুনা চা অমগা সিংহারা অমগা জ্ঞান তানা চাবা শাদুনা থক্তুনা চাদুনা ফল্লি। থম্মোই অদুনা এক্ষ্ট সেক্সন অমদি আর্টিকল কয়াবু নিংশিংলি অদুবু পুম্নমক্তু মঙোন্দা অমত্তা চংনদবা মতৌদা মীপাইবদি লেপ্তে। চেক লোইশ্রদুনা বস অদু অমুক চংপা হৌরকই। মনিংগী বস অদুগী থোঙ অদুদা অমুক ফং চোংথংলি। মপুক্লিংদা ঈশ্বরবু নিংশিংজে, খল্লকই পলেলদা ঙাইরেকো অকনবা চেক পোষ্টসে। বস অদুনা জর জর থৌরকপ্দুনা মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মা অদুনা মঙোন্দা ফাগী তৌখিবদু তশেংবা ওইরগদ্রা খন্দোক্তুনা মোমোন তৌজখি। মতম অদুমক্তন্দা বস অদু চিক্লবা লম্বী অদুগী গোলাই অদুদা তপ্না খামখি। চিংনবনা খাঙমদা খুৎলৈ থুনা বেগ অদুগা কুমথরক্তুনা মোংশোং অমদা বেগতু থল্লগা মখোঙ হান্বা শাদুনা খোংগ্রাও খরা চিংথজবগা হাবুং ময়া অমদা ফমথজে। কষ্টমগী ওফিসিয়েলশিং বস অদুদা কাখৎতুনা পোং চৈ মরু ওইবা কয়া চেক তৌবদগী ফংদুনা মীগা লোয়ননা বোক্স কয়া অমদি বেগ কয়াগা পুথরকপা উখি। শোয়দ্রে, মাসু ফাবেদনা হায়দুনা হুমাং কাংলি। মতম অদুদা কস্তমগী লাক্লিবা জিপ মপোৎ অনিদুগী খাইদগী চাওরবা ওফিসাব অদুনা মথক্তা গোপেনগী মনাক্তা তপ্না চংশিল্লক্তুনা বেগ মাগীদু হাংদোকউ হায়ববে। নিক্লবা হুমাং কাববা গোপেন্না মহাক্তি ছাত্রনি, করিসু য়াওদে হাযদুনা ইংলিস্তা ফজবা লোন্দাদা হায়জৈ। অদুবু হাংদবা যাদবনা বেগ অদুগী চেন অদু তপ্না চিংথোকচৈ। ওফিসাব অদুনা শাথিবা মিৎযেংদা যেংলম্লগা বেগ অদুদা হুমজিনখ্রগা Indian Constitution গী লাইবিক অদু তপ্না শৎতোরকই। মচিন্দা তপ্না শোনখি- Indian Constitution, মতুংদা অমুকসু মখুৎ অদু বেগ অদুদা হুমজনখি, লাইবিক অমামুক শৎতোবকই। Criminal Procedure Manual মচিন্দা অদুমকসু অমুক শোনখি। ওফিসারদুগী মাইথোংদু মোমোন্নবকই। গোপেন্দি হার্ট ফেল ওইরগদবা মতৌগুম লৈরিবা তাঞ্জাদুদা ওফিসাবদুনা মোমোন্নবকপা অদুদা খবদি য়াংখি।

- Are you student of Law ?

- Yes Sir, I am student of LLB Final year under Delhi University.

- OK God bless you .... বসকো সেরন হে।

ওফিসারদুনা কল্লপ লাওথোবকখি। অমুকসু মখা তানা লাওরকখি।

- ও পকবনে ব্রালোংকা সমান গাডিমেং বখো, নাম লিখলো, সমানকা নামডি লিকখো, ঔব সপকো সোরদো।

কন্তমগী মীওই কয়াদুনা মান অফাবশিং অদু জিপ অমদা হাপচিল্লি। খবা চাওবা অমনা সমান খবদুগী মমিং অমসুং মপু মমিং ইশিল্লি। মতুংদা বস অদু খুদক্তা থুনমক থৌখিনবা য়াথং পিখি। ওফিসাব অচৌবা অদুনা গোপেন্দা মখুৎ হাযবকখি। গোপেন্নসু মখুৎ হায়জবদুনা বস অদুদা কাখৎখি। বস অদু জব জব থৌবকখি। শ্বব শাংনা অমুক্তুং হেস্কুবগা ঈশ্বববু নিংশিংজে। বস মনুং অদুদা মুকম মকম শোন্নবকই পোৎ ফাগুবা কাংবুনা ব্রানা চিন্ত তৌনজে। ফাহৌদবা কযানা থবাক য়ৈনৈ। গোপেনগা ওফিসাব অচৌবা অদুগা ঙাঙনবা, তৌনবা উহৌব কয়ানা গোপেন্দা মখুৎ থিন্দুনা থাগৎনবা অমদি নুংশিনা শোন্দুনা যেংনবা যাওবকই। গোপেন্দু মবুক্লিংদা নুংঙাইবা মতৌ অর্মদি ওইখিদবা নত্তে। মহাক শোযদ্রেদনা হাযদুনা লৈবস্বদগী ঈশ্বব অমনা কল্লে, অদুবু পলেলদা অমুক কমদৌবা হাযবা ব্রাখলদা মথম্মোইদু নুংনাংবা লেপত্রি। পলেল যৌবামদাই থম্লাপোর্কপিগী খুলদা হান্না খঙনবা অহন খবসোৎতু লম্বীদা খোঙনা চৎপা হেক উকুই। বসতু অমুক্তা খাম্বীযু, খোং হাম্লিংবনা খাংবা ঙমদ্রে। হাযনা লাওজবা অমদি হায়জবদগী খংখাম খামখি। গোপেন্দু তপ্না চোংথহৌই, বসতু জব জব থৌখি। গোপেন্না অহন খবসোৎপু কৌকই, অহন্দুনা মশক খঙবনিনা তবাম্না ওক্লকই। র্মচ অমদা অনিদু ঙাইহাক ফমদুনা ব্রাবি তৌনৈ। মতুংদা পলেলগীদমক্তা লাকই। বসতু চেক লোযবদুনা চৎখ্রে। অহন অদুগা গোপেন্দু পলেল বজাবগী হোটেল অমদা চা থকমিন্নবগা চান্দেলগী বস ঙাইমিন্নে। চন্দেললোমদগী খবসোৎকী মচাশিং থোকপা অমা মকটিদা লাকপদু খবসোৎনা গোপেনবু ইম্ফাল যৌননবা শিন্নবকই। মকটি অদু ইম্ফাল তল্লকই। ব্রাবী ব্রাতাই অচম্বা ঙর্ক্লি লোগী ছাপ্রেনি অসির্দানি মাগীদি। ইম্ফালদা উচিন নাচিন্না অশোয অঙাম যাওদনা যৌবক্লে। ওক্তো অমা ব্রাইবদুনা মযুমগী থোঙ্গালদা থুংলবে। যুম যৌবগা মমা মপা অশোনবা অনিদুনা মৈ চুখৎচদুনা মচাবু মৈ ওক্লগা ইমুংদা পুশল্লকই। ইমুংদা চংদুনা মচলসু মনাওসু যাওনা মযামদু পুন্না ফমিন্নে। শ্বব শাংনা অমুক্তুং হেস্কুবগা ঈশিং গ্লাস অমা মচলদা পুবক্লবা হাযখি। ঈশিং পুবক্লবা মতুংদা পেন্না থকচবগা মমাগা মপাগদা মখোং

শোক্লা ফম্না ফম্না খুরুমজে। "নচানা কায় লৈদুনা কায় থৌদুনা ইমা ইপা অশোনবা অনিবু মণিপুরগী মৈতৈগী লাইশঙ থুংনা পুদুনা খুরুমজগনি হায়বদু শোয়দ্রে, দলান শাদুনা মীনাই মিশনসু লৈরগনি" হায়না গোপেন্দু থম্মোই য়াওনা মোমোন্নরকই। অহন অনিদুনা মমিৎ মমিৎ য়েংনরম্বদগী মচলগা মনাওগসু মমা মপাদুদা চঙক্লনা য়েংলকখি। মমাগা মপাগদুনা 'শোয়দ্রে শোয়দ্রে' হায়দুনা ব্রা ব্রা নোক্লকপা মতৌদুদা মচলগা মনাওগসু ব্রাছা ব্রাছা নোকখি। মতৌ অদুদা খোইরাং খোইশাওনরবা গোপেন্না হ্মাং কাংনা "থাজদেনে" হায়দুনা চামগুা চংশীনা থন্না য়াওবা সুট কেসকী বেগ অদু ফকতোক্লদুনা "মী অতোপ্পা অমতা খঙহনবা য়াদেকো" হায়রম্লগা মরি অদুদা মমিৎতু য়েংলক্লি। মমা মপা অমদি মচলগা মনাওগদু চঙক্লনা ময়া কানা য়েংনবদু মহাক্লা উখি।

# বিথ হেন্ড

শুগুন্দগী লৈতা লৈতা মপানা পামজবদগী রতনবু বিএ পাস তৌরবা মতুংদা ইম্ফালদা এল এল বি (লো) তম্নবা চীংমৈরোংদা ইমুং অমগী ভারাগী কা অমদা লৈরক্লি। লাইরিক ফনা ফবা ছাত্রনি, অণাং ওইরিবৈদগীনা বি এ তম্নকপা ফাওবা চুরুট বেড়ি কা য়ুনচিংবা নিষা অমত্তা খণ্ডলক্তবনি। মমাংবশিংনা 'বুক বার্ম' হায়রগা খণ্ডনরম্বা মীওই অমনি। লাইনিক লাইশু পাবতনা মথৌ ওইবনা থবক ইনখাং শুবা নোম্বা মখুং মশা হৈবা মীওই নত্তে। বি এ পাস তৌদ্রিবৈ কোলেজগী পুন্সিদা য়ুগী মহাও অমুক অনিরক তংখ্রে অদুবু য়ুগী নুংঙাইবা নিষা খণ্ডবা নত্তে। অদুবু মহাক্কা ইম্ফালদা লো তম্নবগী মতুংদদি য়ু মবক মরক্তা থকপা য়াওবদা নত্তনা তুবমখৈ থকপা য়াওরক্লে। এল এল বি তমবগী কোলেজ অদুদা মমিং শোকপনা মরম ওইদুনা অনোক উপ্তুনা মমাং ফান্দা ফমদুনা পুক্লিং চংনা ক্লাস য়াওবনা ওজাশিংনসু মহাকপু থাগৎনবিবনি। হায় কোর্টতা ফাওবা কেশ য়েংহনবা থারবনি। মপাগী অপাম্বা অমদি মাগী থবাই য়াওবনা উরিপোক্কী চৈরাপ কোর্টতা ফাওবদা উকিলশিংনা কেশ কয়াগী জবান লৌবনচিংবা য়েংদুনা উকিল অমা ওয়নিংবগী মতৌদু মাগীনি। এল এল বি গী প্রেলিমিনারি কোর্সকী পরিক্ষা কুইরক্তবদগী লাইরিক কন্না পারিবনি। মমান্নবা কোলেজগী মকুপ মপাংশিং লাকপদা মণিপুরদা ব্রারী শান্নদ্রে, ইংলিসতা মমালোনগুম ঙাওনরবনি। তশেংনমক রতন পুন্সিদা মী অমা ওইরগদবা মতৌ ওইববনি।

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

হয়েংদি লোগী প্রেলিমিনারি পরিক্ষা হৌগদবা নুমিৎনি। ঙসিসু লাইরিক কন্না অয়ুক্তগী পারম্বদগী ঙাইহাক পোখারগা নুমিদাংৱাই সনঙাকফম বজারদা কোইথোক্লুবদা মরুপ মপাং খরা থেংনবদগী খর থক চারুসি হায়দুনা য়ু থক্লুবদগী কা হেন্না থকখিদুনা ঙাওরকপদগী মমান্নবশিং অদুনা মাগী ভরাগী কা অদুদা থিনজিনবিরম্বনি। ফনা কুইনা জ্ঞান মাঙদুনা লৈমাই অদুদা তাদুনা লৈরুই। নুমিদাং পুং ১১ রোম তারকপদা মশাদা জ্ঞান লাক্লুনা অরাম খৌরাংবা পোক্লকপা মতম অদুদা মশাদু হৌগংকে তৌবদা খরা ৱাবগুম তৌখি। মহাক্না মৈ মম্বা অদুদা মা মাদুনা মৈখেৎ থিরকখি। মৈখেৎতি ফংবা মরৈখিদ্রে। অমদা অমুক তুশন অমদা অমুক য়েশন অমম্বা অদুদা মফম খঙদ্রে। মৈখেৎ তঙাইফদনা ফংদ্রবসু ঈশিংদি খজিক্তং থক্তবা য়াদে খন্দুনা ঈশিং অমুক মা মাদুনা থিরকপদা কোললিক কয়া চাইখাইখি। মথং মথং কুম্লগা মারকপদা অমম্বা অদুদা নেৎখাইবা ৱাইখাইবদগী মশাদা থেংজনবা য়াওবদগী অনাবা খাঙদুনা অমুক শুগৎতুনা লৈখিবা যাওখি। ঙাইহাক লৈরগা ঈশিং খন্না য়াওবা বালতিনগী ঈশিংদু জ্বা লাওনা হৈদোকখিদুনা ঈশিং লিক্লা অমা ফাওবা থকপা ঙমহৌদ্রে। হা হা কাম্লবা মচিল অদুনা উমশিনবা ঙমদনা খাঙলিবদু য়েননা নুংশা মৈশারক্তা হা হা কাম্লবা মচিল অদুনা উমশিনবা ঙমদবা মতাগুম্মী। খৌগংলবা মচিনবান অদু খ্রক খ্রক কংলি। উপাই মরৈত্রবা অদুদদি মৈখেৎতুদা ফংলবদি হায়দুনা কোইথি অমুক থিরকপদা অমম্বদুদা চাইবিবদুদা নেৎখাইবা য়েশনবা কয়ানা নাদুনা এ! হায়না খাঙবা কয়ারক্লি। ৱামনবদগী চোকথদুনা ঙাইহাক অমুক শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না পোখাজে। ওম্ভোকপনিদা! হায়না পেন্দ্রদুনা হৌগৎতুনা থোঙনাও হাংদোক্লুবদদি নোংঙাল্লম্লে। চাদা থক্তবা অমদি ঈশিং খৌরাংবনা ঙাওরবা নুপা অদুনা বালতিন অমা পাইদুনা থাপ্লপ লৈবা পুম্রি অদোমদা ৱানা থুংলবে। অফবা ফত্তবা থিদনা খৌরংবনা খাংঙমদবদগী পুম্রিগী ঈশিংদু খুজোক খুজোক য়াউম থন্না থকচখি। শ্বর চনিং চমাং শম্নদে, অদুবু অৱাবদি খরা কোকপগুম্মী। মচিন ময়া শেংদোক্লে, মমাই মমিৎ তাথোক্লে। ঈশিং বালতিন অদুগা লাকপদা মাগী কা অদুদা চাইরিবা পুম্নমক্তু উরুবদা পাখৎখ্রদুনা থোঙ লোনশিল্লগা চাইরিবা পুম্নমক্তু লোয়শনবা হোৎনজে। ঙরাং অহিংদা হৈদোকখিবা ঈশিংগী ঈমাইদো তৈথোকপা হোৎনজৈ। হুমাং অনশ্নী কাজে। মাগী শেৎলিবা ফিরোল লৈখোম লৈনাং খরা তৈরমই। লোয়থোক্না

লোয়শিনবদা ফনা কুইনা মতম চংখি। মহাক্না খঙনিং, নিংশিংলকই ঙসিদি পরিক্ষা তৌবা নুমিৎনি, কমদৌনি হায়দুনা মৈখেৎ থিরুবদা ইরাই লায়না থোঙনাও ময়াগী থাংখাং অদুদা লৈরম্মী। ও! হায়দুনা তকসি শোল্লম্লগা স্তোপ্তু মৈ থাগৎনবা হোৎনজে। য়েনশাং থোংদ্রবসু হায়দুনা অলু খরা ঙারিগা চাকমাইদা ঙানশিল্লগা চাক্কু থোংই। ফিফা ফি ফা কামদুনা হুমাং তারক্লিবশিংদু তপ্না তপ্না তৈথোকচরগা চাক্কু লোয়নবা মতম ঙাইজে। লাইরিক ফাক্লুই, য়েংবা ঙমদ্রে। এ হায়দুনা লোয়রবা চাক অদু থিদুনা চানবা হোৎনজে। চাবা য়াদে। ঙরাং য়ু পংনা থকখিবনা ওদুম ওনিংখি। অস! হায়রম্লগা হায়রপ লোয়শল্লগা শোল্লি শোল্লি ঈরু অমুক লুজনবা হোৎনরিঙে পুং ৯ তাগদৌরে। হোবে হোবে ফি অনৌবা অমুক শেৎচিন্দুনা ঙাওফিং ঙাওফিং লাকপনা কোলেজ য়ৌবগা বেল খিংলক্লে। পরিক্ষা হোল মনুংদা চংলক্লুনা রোল নম্বরদু থিজরগা ফমথবগা চে য়েল্লক্লে। মিংনচিংবা থারিঙেদা কোইসন য়েল্লক্লে। ঙবাং অহিং তুমখিদবগা, চাদা থক্তবগা নিষা লৈরিবগনা কোক্কু ঙাওবোই চিকপোই তৌবগা নাখোংগা শাবগা হুকাম ব্রা ব্রা চল্লি। কোইসন্দু য়েংলুবদা অখঙবা খরদি য়াওরি। ইবা য়াবা ইরকপদা মিৎতু তন্দন পাইরকই জ্ঞান মাংবগুম তৌবকই। ঈশিং গ্লাস অহাওবা অমতং থক্লবদি ইংগদ্রা হায়দুনা কাদগী থোক্কে তৌরুবদা ওজানা য়াদ্রে। পুংখাইমুক্তি উইরুম উইরুম ব্রানা অন্সার খরা ইজরে। অদুবু ব্রামল্লকপদগী ঙাইহাক ফল্লবা মতুংদা কৈদৌরুগনোদা হায়দুনা অন্সব পেপরদু ওজাদা থনম্লগা কাদুদগী থোরকখি। মতুংদা তপ্না তপ্না লাক্কুনা ভরাগী মাগী কা অদুদা থোঙ অদু হাংদোক্লগা ফমুংদা লোংনা হিপথৈ।

ব্রাখলদা ঙাইহাক তাওথরুরবা মতুংদা অদুমক তুমথখি। নুংথিল নুমিদাংব্রাই অদুদা তপ্না হৌগৎচরগা ঙসাইগী চাক চজিক খবদু চাননবা হোৎনজে। অদুবু য়েনশাং মতা অদুগা চনিংলক্লে। বস, শা থোংবা খবা লৈকরগা চাবসু য়াবা য়াই হায়দুনা ফুরিৎখাওদা লুপা য়াঙ্খে হাপচিল্লগা থোরকপদদি ভেন্দরগী হোটেলদা মমান্নবা অহুম য়ু থক্লুনা লৈরম্বদুগা মাইয়োক্ল রকই। মাবু কৌশিল্লকই, মহাক য়ানিংলমদে অদুবু গ্লাস অমতং থক্লগা কনখৎলকপসু ময়াই খন্দুনা মমান্নবশিং অদুগী মরক্তা থকপা হৌরুবদগী অমুকসু হেনজনম্রে। ভরাগী য়ুম অদুদা লাক্লগা মানা লৈরকপা শা থোংবা খরদুনা চখোম মঙা তরা সৎ সৎ নমশিল্লি। অদুবু চাকখাওদা খরদি তারবসু জ্ঞান মান ইতা তাখিদে, অমুক হিপথখি। নোংঙানবদু খঙখিদে, ঙাওদুনা অদুমক লৈরমই

মাগী কেক অদু ফরে, করিবু তৌগবনো হায়দুনা পরিক্ষা অদু চৎত্রে। নুমিৎতো ফজনা চাদুনা থক্কুনা পোখারে। নুমিদাংবাই অদুদদি 'ঐসি লো তম্বা লাক্লিবনি, উকিল ওইগদৌরিবনি হায়রগা তৌরিবসি করিনো' খম্নুরুরগা মকোক ঙাওবা হেনগৎলকই। পোখাফম খঙদনা ককঙাওনবা হেনগৎলকখি। করিগী য়ুগা লম্বা তৌদুনা য়ুবু ঈশিংগুম্না থক্লুরিবা হায়দুনা নিন্দা তৌবদা অহিং অদু তুম্বা য়াদ্রে। 'অমুক হন্না য়ু থক্লরোই' হায়বা ফিরেপ অমা লৌরগা নোংঙাল্লমদাই অদুদা তুমথম্রে। অমুক্তা মিকপ থোরকপদা পুং ৮ তারম্মী । থোঙ অদু সং হাংদোকতুনা, মচিন ময়া শেংদোক্লুনা চা লোন্দুনা থক্লিঙৈ, চাক থোংনবা ইরু লুজনবা লাংলিঙৈদা পুং ৯ গা মিনিৎ ২০ চৎলমলে। ফরেদা হন্দক্কী পরিক্ষা অসিমদি য়াওদবগী য়াওদবা য়াওররোই হায়দুনা চাক চাথোক্লগা অমুকক্তা মাগী কা মনুং অদুদা পোখারে। অসুম্না ফিভম অমদগী হন্দক্কী প্রেলিমিনারি পরিক্ষা মপুং ফানা য়াওবা ঙমখিদ্রে। মতমদু প্রি পরিক্ষা য়াওদ্রবসু, থাদ্রবসু ইন্তর মেদিএট ক্লস্তা তম্বা য়াবা ওইবনা ইন্তরমেদিএটতা মিং চনশিন্দুনা ক্লাস চৎথবে। গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী এল এল বি গী পরিক্ষাগী রিজল্টতা মী মবিখক পাস তৌই। ১৫০ থাখিবনি, মী মরি অদুগী লিষ্ট অদুগী মখা মঙাশুবদা মাগী মমিং অদুগী মপাদা 'ব্রিথ হেল্ড' হাযদুনা থাদুনা লৈবমই। মমান্নবা মযাম্না মহাক্লা ব্রিথ হেল্ড অদু শেংদোক্লবদি মহাক প্রি শোযদনা পাস তৌবগদবনি, ব্রিথ হেল্ড শেংদোকউ হাযনা তক্লবকই। মমান্নবা অতোপ্পা খবা অমনা অসুক লাইবিক পাবা, ফবা মানা পনিক্ষা ফেল ওইবা হৌনদে হায়দুনা ব্রিথ হেল্ড শেংদোক্লবা হাযবকখি।

মমান্নবী কোলেজ ছাত্রি অমনসু মানা ব্রিথ হেল্ড শেংদোক্লবদি মহাক মার্ক ব্রংনা ফংদুনা পবিক্ষা শোয়দনা পাস তৌগনি। কবিগুম্বা পৈশা নুংশাগী অব্রাৎপা লৈবগসু তেংবাংজগে হাযদুনা তত্তনা হাযজবক্লে। পুম্নমক্কুবু থৌশাবা তৌদনা কোলেজদগী হন্নক্লগা মাগী কাগী ফমুংদা তপ্না লোংনা হিপথবগা খম্নুবকই। হন্দক্কী 'ব্রিথ হেল্ড' কবিগীনো? খবা কুইনা খম্নুকবগা জ্ঞান তাবকই। হন্দক্কী ব্রিথ হেল্ড 'যুননি', য়ু হেন্না থকপদগী ঙাওবদগীনি।

## ককথংলম্বা লৈই

এনদি এদগী হৌখিবা ছাত্র ওইবনিনা আর্মি ওইখিবগা সুবেদারদগী হৌগ্রবা শোমেনদু হৌজিক্কী জম্মু কাশ্মিরদা পোস্তীং তাদুনা লৈরি। ইম্ফালদা লৈবা মমা মপাবুংগা ফোন্দা অমদি চিঠিদা মরক মরক্তা পাও ফাওনরি। মপাবুংনা 'শোমেনগা খঙনা চান্নবী চান্দনিদু পাটনা ইউনিভর্সিটিদগী এম এ কেমেষ্ট্রি পাস তৌরক্লবা মতুংদা হায়র সেকেন্দরী স্কুল অমদা লেকচরর ওইদুনা লৈরে। মহাক্না মরক্তা লাক্নুনা নঙগী পাও লৌররি। মমা মপানসু মাগী নিংবা থুংহন্নবা শোমেন্দা মহাকপু লুহোংবদা অয়াবা পিরক্লে। নহাক্না ছুটি লৌদুনা থোরক্কদবা মতম অদু পিরক্লো। থুংলবগা ইকুই কুইদনা লুহোংথোক্লবা থৌরাংলগে' হায়দুনা মেসেজ অমা শোমেন্দা তৌরক্লী। অমরোমদা শোমেন্দু নুংশিবা থুংনগদবগা অমদি লানহৌবগী অকনবা ইরাংদা মিকুপ খুদিং থবক্তা চিনদুনা লৈবগা মতম খবা পোত্থাবা ওইনা ছুটি লৌরসিরা হায়না খল্লদুনা ছুটিগী এপ্লিকেসন সবমিত তৌশনখ্রে। মরম চাবা ছুটি ওইবনা হায়য়র ওথোরিটিনা অয়াবা পিবকপদগী লাক্লগদবা, থুংলগদবা নুমিত্তু ফেক্সতা মপাবুংদা পাও থাবক্লে। থুংলবগা ইকুই কুইদনা শিন্নদুনা লুহোংনবা থৌরাংখ্রে। পাখং লৈশা অনিদুসু উন্নদুনা নুংশি পুকমেন পাওমেন্ননা তুংগী পুন্সিগী নুংঙাই য়াইফনবা অশা তৌনবগা লোয়ননা লুহোংবগী নুমিৎ অদু ঙাইদুনা লৈনখ্রে। ধুম ধামদা শোমেন অমসুং চান্দনি লুহোংখ্রে। অনিদুনা শোমেনগী মপাবুং শরৎ সহেবকী মারুটি অলতো অদুদা মণিপুরগী ফজরবা মফম কয়াদা তোয়না-তোয়না কোইদুনা নুংঙাইরবা নুমিৎ কয়া লোয়নরক্লি।

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

- ঐনা চংকদবা অসে ঙসিদগীদি হাণ্ডা অমতা মঙাইরে, ঐদি হন্দক্তী ইকুই কুইদনা কেপ্টেন ফম ফংবা য়ারি। জম্মু অমসুং কাশ্মির হায়বসিদি নঙনা খঙলীবদু মঙাই, হৌজিক্তী মতম অসিদি ব্বার ফিল্ড অমদা লৈবগুম্বনি।
- হোয়, অদুমক্কী অদুবু মফম অমদা ত্রান্সফর তৌবদি য়াখিরোইদব্র?
- কেপ্টেন ফম হেক ফংবগদী য়াখিরোই, অদুগী মথক্তা ঐগী রেসপোন্স লৈবনা ঐবু কেপ্টেন ফম অদু পিরক্কদৌরিবনি।
- চহি অমগী মতুংদদি ছুটি লৌরকপদি য়াগনিনা?
- হোয় মদুদি শোয়দনা য়াগনি অদুমকপু নঙগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অদুনা মিৎ মাই পাংলকপগী মতম অদুদদি ঐ থোরকপা য়াখিরোইদৌরিদনা।
- অদুদি মপা য়াওদনা শোস্তী শোনবদা তারেদনা।

অসুম্না অনিদু নোকমিন্নদুনা তুংকোইনগী পুক্সিদা মচা মশু শেমদুনা নুংঙাই য়াইফনবা অশাদা লেনখি।

ঙসিদি শোমেনদু জম্মু অমসুং কাশ্মিরগীদমক্তা এরোড্রোমদা দিল্লি ফাওবা পাইখিনবগীদমক্তা চান্দনি অমদি মপাবুং শবৎকা মমা ইবেম্মা শকহেনবিগনা থিন্দোক্লবে। শোমোন এরোপ্লেন্দা কাখৎতুনা খুৎ হায়রম্লগা মনুংদা চংশিনখ্রে। মতুংদা প্লেন অদুনা পাইথ্রবদা মথক্তা পাইরিবা প্লেন অদুবু য়েংলমবদগী চান্দনিগী মিম্না অদুদগী পিবাংদু মতুম মতুম তাবকখি। মমা ইবেম্মা শকহেবীনা মঙ্গলগীদমক্তা অফবগীদমকতা মতম শবা কাইনবগীদমক্তা পিবাং শিন্থবা ফত্তে হায়না থেমবীবদগী চান্দনিনা মবুকচেল ফাজিনজদুনা মাইথোং থাজ অদুদা শিন্থরক্লীবা পিরাংশিং অদু তৈথোকচখি।

হৌজিক্তী চান্দনিগী গর্ভগী অঙাং অদু থা মরি ফারক্কদৌরে। মতম অদু শোমেন্না চৎখিবা থা অনিবোম হেল্লক্লবনি। সবকারগী ওঝা ওইরিবী ওইবনা স্কুল চৎননবা অমদি ইমুংগী থবক ইনখ্বাং অমদি স্কুলদা ছাত্রো তম্বীনবা হোৎনবগী মথৌ ইচিন চিঞ্জবসু মিকুপকী মপুরোইবা শোমেনবু নিংশিংজৈ। মরক মরক্তা পাও ফাওনরম্বদগী হন্দক্তী খঙহৌদনা শোমেনগা পাও ফাওনবা ঙমদ্রে। মরি লৈনবা ওথোবিটিদা মপাবুং শবৎনা প্রেস তৌদুনা পাও ফাওননবা কন্না থিগৎলক্লী। শোমেন অব্বাংবা চিংজাও অমগী সাইদ অমদা দ্যুটি চৎখিবদগী পাও ফাওনদবনি নুমীৎ ১৫ নিবোম লৈরগা ফাওনহল্লগে হায়দুনা রিপোর্ট

মমান্নবা মমান্নবীশিংগা ইন্টরেক্সন তৌনদুনা পরিং অমদা খন্দুনতা লৈরিবা ব্রাখল অসি নাকল অমদা থৈদোকহন্দ্রবদি ব্রাখলগী অরুবা লায়না ওইরকপা য়াবা লৈ হায়না ডা:না মকু মনেমদা ফোংদোরকখি। মদুগী মতুংদগীদি মমৈদা মনেম শকহেনবীনা চান্দনিবু থেম থেমদুনা মারুটি অলতো তোং-তোংদুনা মণিপুরগী টুরিস্টকী য়েংবা য়াবা মফমশিং য়েংবা হৌরকখি। করিগুম্বা মতমদা ডা: সুরজসু লম কোইবা কয়াদা মরক মরক্তা য়াওজে। চান্দনি অমসুং ডা: সুরজগী অচম্বা ব্রারীগী মরক্তা চান্দনি অমদি মমা ইবেম্মনা ডা: সুরজগী থম্মোইদা মশক মতৌ চংখোল্লবী লুখ্রাবী ওইরবী চান্দনিবু মহাক্কা য়ুম পানমিন্ননিংবগী মতৌ উরকপদু খঙনখি। চান্দনিনা মতৌ অদুদা কয়া থৌশাখিদে, অদুম্মক মহাক্কীদমক্তা ডা: সুরজনা কয়াদা মতম মাংনা অমদি পুকনিং থৌগৎপগা লোয়ননা সেবাগুম মতেং পাংলকপা কয়া অদুনা ডা: অদুগী মতৌদুদা নুংশিরক্তবা ঙমদে। মকুবোক অমদি মনেমবোক অনিদুনসু তান্নদুনা মমৌ অদুবুময়ুম অমুক হন্না পালহন্দুনা মবুক্লীং নুংঙাইনা লেঞ্জখ্রসনু খন্দুনা ডা: অদুবু ঙসি ফাওবদা তরাম্না লোয়নদুনা লাক্লীবনি। ঙসিসু চান্দনি অমসুং ডা: সুরজনা মখোয়গী সোফাগী কা অদুদা চম্না ব্রাবী শান্নবিবা অদুদা হৈশিংলবা ডাক্টর নহা অদুনা ফাগী কয়া তৌবদগী চান্দনিনা মতম কয়াদগী মকা লাম্না নোক্লকপা উরক্লীবা অদু ঙসিদি মকা ফন্না নোক্লদুনা ব্রারী শান্নবা অদু অনিদুনা উরক্লে।

অসুম্না অসুম লেলকপনা নোংমদি মকুবোক অমদি মনেমবোক্না চান্দনিবু ডা: সুরজগা লোয়ননা নৌহৌননা অমুক লুহোংদুনা য়ুম পানবগী নুংঙাইরবা পুন্সি অমদা খোংদারো হায়না হায়বিরক্লে। চান্দনিনা ফনা য়াজদবনি, অদুবু মকুবোক, মনেমগী প্রমান পাম্থে কয়াদগী মমৈদা য়াদা য়াদনা ডা: সুরজদা চান্দনি লুহোংলে। হান্নগী মমা মপা অমসুং মকুবোক মনেমবোকী নাকন অনিনা হপ্তুনা ফজরবা লুহোংবা অদু পাংথোকখিদুনা চান্দনিসু হৌজিক্তী হান্নগী নুংশিজরবা মপুরোইবা শোমেনবু খবা খরা কাওবগুম্না তৌরকখ্রে। অদুম্নমক নুংশিজরবা মকুবোক অমদি মনেমবোক অনিদুগী জ্ঞান তাবা অমদি মীনুংশিনা চিংবা কয়া অদুবুদি কাউঙমদনা চান্দনিনা মরক মরক্তা নুমিদাং ব্রাই কয়াদা মকুবোক অমদি মনেমবোকপু উন্নবা অদুমক লাকচরি।

ঙসিদি চান্দনিনা লুহোংখিবা থা অনিরোম শুরকপা মতম অদুদা মকুবোক অমদি মনেমবোক শরৎ অমদি শকহেনবীগী য়ুমদা মেসেজ অমা লাক্লে। শিখ্রে

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

হায়না ভাবতকী আর্মি ওথোরিটিনা লাওথোকখ্রবা কেপ্টেন শোমেন অমসুং লেপ্টনেন্ত কর্নেল দেবোজিৎ পাকিস্তানগী জেলদা লালহৌবনি হায়দুনা (লালহৌবশিংনা ফাদুনা পুদুনা পাকিস্তানগী বোর্দরদা লালহৌবশিংগা চৎমিন্নবিঙৈদা পুলিস্না ফাখিবদু) মমিংফাওবা লোৎহন্দুনা খাঙদুনা লৈরম্বদু মখোয়না তাঞ্জা অমা ফংবদগী পাকিস্তান জেল্লরদা অশেংবা খঙহল্লকপদগী ভারতকী আর্মি ওথোরিটিদা খঙহল্লকপনা ভাবত সরকারনা মখোয়বু ভাবত্তা থাদোকপিবক্লবা হায়জখিবদা থাদোবক্কুনা দিল্লিদা থুংলখ্রে। মখোয় অনিমক ইকুই কুইদনা মশা মশাগী ময়ুমদা ব্রানরবা মমা মপা মরি মতা অমদি মচা মশুশিংবু উন্নকনবা থাবক্লগনি। পাও অদুমক্তা শবৎ অমদি শকহেনবিগী অঙকপা মতৌ অম ওইবতা নত্তনা নিঙমদবা অমনা পিবাং শিন্থহনখি। অদুমক পাও অদুদি ময়ুম নৌনা অমুক পানখ্রবী চান্দনিদদি খঙহনখিদ্রে।

ঙসিদি কেপ্টেন শোমেন ময়ুমদা লাক্লে। নুংথিল নুমিদাং ব্রাই অদুদা মশাগী ময়ুমমক অদুদা থুংলববদা মমা অমসুং মপাবুংদু অরাপ্পদা কর্ম্মা অমগী চৎতবা যাদ্রদুনা চৎখিবনা য়ুম অদুদা মীনাই ওইনা লৈবা অহন বামুনা য়ুম অদু শংদুনা লৈবমই। অহন বামুনা ব্রাবী পুন্নমক লিববদা থম্মোই মৈচাক্লা খাঙমদ্রবা শোমেন্দু ফমুংদা ফি শুপচিন্দুনা মপুন্সিবু নিন্দা তৌদুনা পিবাং খাঙমদনা লৈখি। তাঞ্জা অদুদা মহৌশা মতৌগুম অহাওবা অচাপোৎ খবা লৈবদুনা চান্দনি মকুবোকপু উন্নবা লাকখি। ফমুংদা হিপ্লীবদু মকুবোক ওইবমগনি খন্না "নুমিদাং ব্রাই অসিদা কবিগী মতম চাদনা হিপ্লীবনো হকচাং নুংঙাইত্রব্রে? হায়দুনা ফমুং নাকচি অদুদা ফমথববে। মতম কযাগী মমাঙদগী তাবা ফংলকখিদ্রবা চান্দনিগী নুংশিববা খোঞ্জেল অদু তাবকপদা শোমেন্দু ফমুংদা ফমগৎলক্লে। ফিংলপ শোমেনবু উবদা চান্দনিদু অহানবদা মীপাইকববনি অদুবু শোমেন্না পাইৎকনু হায়দুনা মহাক্লা মতম অমদা ওইখ্রিবা ব্রাবীশিং অমদি কবম্না মহাক্লা হিংদুনা লাকপা হায়বনচিংবগী ব্রাবীশিং লিথবক্লে। অমসুং মহাক্লা চান্দনি অমসুং মহাক্কী মচা অদু চহি অমদগীদি হেল্লম্লগনি খন্দুনা লৈবক্লীবা মফি মবোল কযা অদু উৎলক্লে। অদুবু অহল বামুনা পুন্নমক তন্নবনা পুন্নমক অদুন্দি মহাক্লা খঙলে। অদুবু চান্দনিনা মতম খবদংতদি খাংলম্লবদি পুন্নমক অদু যাইফবদি ওইবমগদবনি হায়না শোমেন্দু পিবাং পিবোইনবক্লে। অমুকসু, মহাক্ক ফামিন্নকব লে: কর্নেল অদুদা পিক্লীবা মচা, শকহেল্লবী নুপী অদুগা উন্নবদুনা নুংঙাইনা অমুক হিংমিন্নকবগদবনি অদুগা দেবোজিৎ লে: কর্নেল অদুদসু মহাক্লা মতু মচা অমদি

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

মমা মপাগা উন্নদুনা নুংঙাইবদুগী পাও পিনসি হায়রম্লীবনি, অদুবু ঐগী লাইবক অসিদি ওম্মোক্লা থিনা তমলমম্লেদকো হায়না থিংঙমদ্রবা পিরাং শোমেনগী মরাল লৈজদ্রবা মীৎলু অদুদগী ইঙাগী নোংহৌগুম লেপ্পা লৈখিদ্রে। মতম অদুদা খাঙমদ্রবা থম্মোয়না মাগী ওইরবী চান্দনিসু মকু মনেমগী মঙোন্দা লাকখ্রিবা অকনবা প্রেসর অদু লোৎশিল্লগা "করম্না তৌনি লাইবক্লা অসুম্না থোকউ হায়দুনা তম্বননি" হায়দুনা হিক-হিক কপ্লক্লে। তাঙ্গা অদুমক্তদা থোঙ্গালদগী মারুটি অলতোগী ষ্টারিং পাইদুনা ঙাইরিবা মপুরোইবা ডা: সুরজনা গাড়িদগী হোরোল খোংলক্লে। উপাই লৈত্রবা চান্দনিনা পিরাংশিং অদু তৈথোক১রগা 'ঐ চৎশ্রগেকো' হায়দুনা থুনা য়াংনা থোকখ্রে। শোমেন্না থোঙজিল মপানদগী মারুটি অদুনা থৌগ্রিবদু য়েংখি। তাঙ্গা অদুমক্তদা টেলিফোন লাকখি। ককঙাওনরবা শোমেন্না ফোন অদু পাইখৎলুই "ঐগীদি ঐনা ফোন তৌখিবনা ইমুংগী মীওইশিংনা অমদি মরুপ মপাংশিংনা ঐবু ওক্তুনা লৈবম্মে। ঐখোয়গী ইমুং অদুদা কুম্মৈ অমগুম্না হরাও নুংঙাইনা লাঙম্রে, নঙগীদি"? লে: কর্নেল দেবোজিৎনা হঙলকপনি। শোমেন্না ফোন্দ দক থমখি।

## ঐগী গর্ভগী ইচানুপীগীদমক

আববকী মেকা সিটিদগী চংখেল্লবা মুস্লিম পাখং ইব্রহিমদু আমেরিকাগী নিউযোর্ক সিটিগী হাবর্ভর্দ ইউনিভর্সিটিদা মাষ্টাব তল্লী। মহাক নাইতোম লৈবা যাম্না পামজৈ অমসুং ইস্তাদিদা পুক্লিং যাওজবা মীওইনি। মহাক্না যেল ইউনিভর্সিটি ৱাসিংটনদা তম্লীংবনি অদুবু নিউযোর্ক সিটিদা লৈনিংলকপদগী হাবর্ভার্দ ইউনিভর্সিটিদা তমখিবনি। কির্সি কৌবী মশক মতৌ ফজবী আমেরিকান ছাত্রী অমনা ইব্রহিমগী অচিকপদা তংতনা কাইহৌবকই। ইব্রহিমদি নুংশি নুংওলগী ৱাখলদা থোইনা খোইজংলুদে, অদুম্মক কির্সিগি নুংশি ৱাহৈ কযানা ইব্রহিমগী থম্মোইদা চযেৎনবা অমনা ততনা ঙাওহল্লকই। কবিগুম্বা মতমদা হোটেলদা কোফি থকমিন্নবা অমদি পার্কনচিংবদা ৱাবী তৌনবা হৌবকই। যানিংদা যানিংদা ইব্রহিম লশিং মফোলগুম থোংলবা নৌববা বাসি লৈনা ৱাং চাওনা চুং ফিবাল চানা ফজববী অদুনা মহাকপু শুমহৎখ্রসনু মতাগুম হকচাং অদুগী ফজববা শক্রম কযা ইবাই লাইনা উংথোক খোংতোক তৌবকপদুনা ইব্রহিমগী থম্মোইদা চম্না খন্নীংবগী ৱাখল অদুগী ওন্নতৈনববোমদা লাকখি। নোংমসু লুগোক্কী স্ত্রীত্রা কাব তোংমিন্নদুনা চংমিন্নবদা স্ত্রিট অদুগী নাল্লবা লম্বী অদুদা কাব তোংনা তোংনা চংমিন্নবিবা কির্সিনা ইব্রাহিমদা তংতনা নপশিল্লকপদা এক্সিদেন্ট ফাওবা থোক্কদবগী মতৌ ওইবা যাওখি। ইব্রহিম্না তশেংনা খঙই মদুদি কির্সিনা মহাকপু থম্মোই শেংনা নুংশিজৈ হাযবদো, মখোয অনি তংতনা ঙাথু থেংথু তৌবকপা অমদি কোইনবক্তবগী মতৌ অদুনা নোংমদি ইব্রহিম্না কিসিগী ফজববা হকচাং অদুবু কিসিগী অয়াবা মতৌদগী শাথেংনখি।

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

হৌজিক্তি য়ুনিভর্সিটিগী পরীক্ষা ফাইনেল ময়া ওইরকপ্পদগী ইব্রহিমসু লাইরিক ফজনা পাজরি। অদুবু কির্সিগী অপাম্বনা ইব্রহিমনা কির্সিগা অহুম মরিরক শাথেংনরক্লে। মতৌ অসুম্না কির্সিনা ইব্রহিমগী য়াম্না চাম্বা পুক্নি অমদি অয়াম্বা মতমদা ইং তপ্পা লেনবা মতৌ অদুনা মাগী পুক্নি অদু ইব্রহিমগা লোয়নবা ফংজরবদি অইংবা নুংঙাইবা পুক্নি অমা ওইগনি হায়বদু নিংবদগী মহাক্কী থব্রাই হকচাং পুম্নমক ইব্রহিমদা কৎথোকখিবনি। তৌবতদি ইব্রহিমদি মুস্লিমনি অদুগা মুস্লিমগী ধর্মগী নিয়ম ঙাক্না চৎপা ধর্মদা হেন্না থাজবা মিশক অমনি। মরম অদুনা খৃষ্টান অমসুং মুস্লিমগী চৎনবীদা খেন্নবা কয়া লৈ হায়বসে অনিমক্না খঙদবদি নত্তে। হৌজিক্তী কির্সি মিরোলক্লে হায়বসে মশানা খঙজরক্লে। মতৌ অদুদা মাগী চিংনবা অদু ইব্রহিমদা ফোংদোকখ্রে। ইব্রহিমনা গুলি চাদুনা অঙাং অদু লৌথোকহৌবনা ফগদ্রা হায়বনি অদুবু কির্সিনা য়াখিদ্রে। মতৌ অসিদগী এম এগী ফাইনেল পরীক্ষা অদু লোইবগা মখোয় অনি আরবকী মেকাদা চৎপা হায়বদুদা য়ান্নরে।

ঙসিদি পাখং লৈশা অনিদু ধর্ম্ম তিন্নদ্রবসু নুংশিবগী শক্তিনা হুমদুনা এরোপ্লেনদা আমেরিকাগী নিউয়োর্কতগী পাশ লৌদুনা আরবকী জিদাদা থুংলরে। জিদাদগী বস্তা মেকাদা থুংলরে। ইব্রহিমগী মমা অমদি মপাদা নত্তনা শাগে নাতৈ পুম্নমক্তী অলাহবু য়াম্না থাজবা অমসুং মুস্লিমগী চৎনবীদা ব্রাংনা লৈবা ঙাক্লী। মখোয় অযাম্বনা আমেরিকাগী নিংঙোল অমনা মখোযগী মচা মমৌ অমা ওইবদু থোইনা পামনদে। অদুবু পুম্নমক্তু ইব্রহিম্না কন্না হায়জবদগী যান্নদুনা ঙসিদি কির্সিবু মমৌ অমা ওইনা মুস্লিমগী চৎনবীগী মতৌদা লুহোংলে। কির্সিদু ঙসিদি মাগী পোক্লফম লমদম আমেরিকাগী চৎনবী কয়া অদুদগী মুস্লিমগী চৎনবী অদুদা নমদুনা মযাম অদুনা পুরক্লবা কন্না হোৎনরকপদুনা কিস্তিগী খ্রাইদগী অব্রাব অমা হায়বদুদি ওইবকখি। অদুবু মদু পুম্নমক ইয়া যানিংদনা অমদি মাগী চৎনবিসু নাকল অমদা লোন্না নত্রগা ফোংনা য়াম্না ব্রানা খাংলকপগা লোয়ননা কির্সিগী মচানুপী অমদি পোক্লে। মহাক্না মহাক্কী লৈবাক্কী ধর্মগী চৎনবী কয়া লোন্না নত্রগা ফোংনা তৎতনা চৎশল্লকপা মতৌ অদুবু মীয়ামদুনা য়াদে, চৈ থাংদুনা ঙাঙদুনা মহাক মুস্লিমগী গুর্খ ফাওবা উপ্পা য়াওরকই। মপুরোইবনসু ধর্ম্ম অদুগী চৎনবী অদুদা হোংগদবনি হায়দুনা চৈ থাংবতা নত্তনা খৎনা চৈনবা কযা য়াওরকই। মতম মতমগী মীমংদা তৌদবা য়াদবা কয়া মহাক্না খাংলবসু

মতম অয়াম্বদা লোন্না লোন্না মাগী লমদমদুগী চৎনবীদুদা অদুম চৎনবা হোৎনরকই। অদুমক মহাক্না মমা লৈবাক্কী চৎনবী অদু পুরা হোংনবগী শক্তিদি লৈত্রে মরম অদুদগী ইব্রহিম অমসুং কির্সিগী মরক্তা মথা শান্নবা কয়া য়াওরক্লী। অঙাং অদুনা চহি মঙারোম শুরক্লবা মতম অদুদদি নুংশিজরবী মহাক্কী গর্ভদগী পোক্লকপী মচানুপীবু নুংশিমনবদগী মাগী লোনচৎ অদু মুস্লিম ধর্ম্মগী ইচেলদা ফনা ফজনদি তাশিল্লক্লীবনি। মতাং অদুদা মচাবু নুংশিমনবদগী চৎনা লোনচৎকী মতাংদা মপুরোইবগী চৈফুগী চৈনা ফাওবা ফংবা কয়া য়াওখ্রবনি। মতৌ অদুদা ফিভম অদুগী ব্বারবা খুৎহিং অদুদা পেন্দ্রদনা মচাবু পুদুনা তুমিন্না চেনখ্রগে হায়বসে খল্লক্লে। মতৌ অদু খঙলবা ইমুংগী মীওইশিংনা কির্সিবু মচাগা উন্নহন্দনবা হোৎনরকই। মমা মচাদু চাবা থকপা নত্তনা অয়াম্বা মতমদা উন্নবা ফংনরকত্রে। অদুনা মমা অমসুং মচা অনিদুগী অব্বাবসু হেন্না হেনগৎলক্লে।

মদিনানচিংবা মরি মতাগী য়ুমশিংদা চৎপদসু মুস্লিম মরি মতাশিংনা কির্সিবু থাগৎতুনা মুস্লিমগী ধর্ম্মগী চৎনবীদা কির্সিনা চৎপগী মতৌদুদা থাগৎনরকখি। মদুনা কির্সিগীদি মৈচাক হেনগৎহনখিবনি। অশোমদনা মমা মচা অনিদু মনিংতম্না উন্নহনদবনা মমা মচা ওইবগী ব্বারী ব্বাতাইদা মপুং ফারক্তবা অদুদা মমা মচা অনিদুগী অব্বাবা হেন্না ওইরক্লী। কির্সিনা নোংমা আমেরিকান এমবেসিদা থবক তৌবী জেসিলা কৌবী মৌ নহা অমগা উন্নরুবদগী নুপী অদুনা থৌজানবিদুনা মহাক মচাবু পুদুনা নিউয়োর্কতা চৎখ্রো মদু চৎপগী য়ান্ননবা ভিসানচিংবতা নত্তনা এরোপ্লেনগী টিকেত ফাওবা শিল্লগে হায়দুনা য়াবিরক্লে।

> নোংমা ইদুজুহাগী পুম্নমক্না মথৌ চিন্নরবা নুমিৎ অদুদা কির্সিনা মচাবু নিংতম্না উন্নদুনা ব্বারি তৌনখি।
>
> " নহাক নপাবুংগা লৈমিন্নহৌবা পামব্র নত্রগা ঐগা লোয়ননা ইরমদম নিউয়োর্কতা ইমাগা লৈমিন্নবনা পামদব্রা"?
>
> " ঐহাক্কী মুস্লিম মচানি অদুগা ইমা ইপাগা পুন্না মুস্লিম ওইনা আরবতা অদুম লৈজবা পামজৈ"
>
> " অদুদি নহাক নপাগা লৈহৌরো ঐদি নিউয়োর্কতা চৎলগনি"।

অঙাং নুপীমচা অদুনা মতৌ অদুদা মমাবু চেজেৎ কোনশিল্লগা 'ইমা ঐদি নঙবু নুংশি ঐবু থাদোকপিগদু' হায়না মবুক্লীং নুংশিনা কপখ্রে। ককঙাওনরবী মমা অদুনসু মচাবু কোল্লদুনা ঐনা ঐগী গর্ভদগী তাবা ইচা নঙবু কৈদৌঙৈদসু

থাদোক্লোই হায়দুনা ফোংদোকখ্রে। মতুংদা অনিদু লোম্না চেন্নবগীদমক্তা শেম শাখ্রে। মরুভূমিগী লম্বীবোমদা নাথৈদুনা পোৎয়োমগা লোয়নননা উট তোংদুনা অনিদু মেকাদগী হান্না শেম শাদুনা পুম্নমক শিল্লবা জেস্নিলানা মমা মচাগী ভিসা অমদি টিকেটনচিংবা পিদুনা হয়েংমক জিদাগী এরোড্রোমদগী নিউয়োর্ক তম্না পাইখিনবা শিল্লে।

অসোমদনা ইদুজুহগী কুম্হৈগী লাংলুবদগী নোংঙাল্লকপদা ইব্রহিম্না মমা মচাবু থিবক্লে। মমৈদা মরুভূমি ফাওবগা জিদা তমখ্রে তাবদগী মাগী কাব অদু যাংনা জিদা তম্না থৌবকাখ। কির্সিনা নুপীমচা অদুগা এরোড্রোম লোমদা খোঙনা চংশিল্লকপদা ইব্রহিমসু থুনা যাংনা কাব অদু থৌজল্লক্লে। অঙাং নুপীমচা অদুনা 'বাবা লাক্লে' হায়দুনা 'পাপা' 'বাবা' কৌবদুনা চেন্থোরকপদা ইব্রহিমনা ব্রেক ফাবা নংহৌদদুনা মচাদুবু মাগী পাউীন থেমজল্লে। অঙাং অদু ঈগী ইপাক মথক্তা ম্লান মাংদুনা তখ্রে। মপাদুনা চেনশিন্দুনা লাওখোংদুনা মচাগী শোক্লবা তকচাং অদুবু কোন্দুনা হোম্পিতালদা পুননবা গাডী মনুংদা হাপচিল্লে। এরোপ্লেন চৎলমদাইগী পেস্যেঞ্জরশিংবু কৌনবক্লে। ঙাইহাক খঞ্জানকুববা মতুংদা কির্সিনা চেনশিল্লক্লুনা মচাবু চেজেৎ কোন্দুনা তেংখা নাওইনা কপখ্রে। ইব্রহিমসু মাগী নুপীবু নুংশিনা কোন্দুনা কপ্লদুনা মচা অদুবু থুনা যাংনা হোস্পিতালদা পুমনবা হায়জবক্লে। উপাই লৈত্রবা কির্সিনা মিৎলুদগী পিবাং ব্রাংপা লৈত্রনা মচাগী অশোনকপদু কোন্দুনা পাব মনুংদ হমথক্লে। ইব্রহিম্না থুনা যাংনা কাব অদু হোস্পিতালগীদমক থৌবকখ্রে। নোংথক্তা অমেরিকাগী নিউয়োর্ক যৌগদবা এরোপ্লেন অদু পাইখি। অদুগা মচাদুতা খঞ্জকবদা প্লেনগী খোঞ্জেল মনাদা হাপখিদ্রে। মহাক মচাবু থাদেকপ পামদ্রে। মহাক মমা অমা ওইনা মচাবু মতেক চাবা মী ওইহনবা পাল্লে। হৌজিক্কী হোস্পিতালদা থুংখ্রে। মপাদুং তমসুং মমা ইবেম্মা অদুনা মচাবু অশোই অভাম অদুদগী কন্নবা কন্না হোৎনবক্লে। কির্সিনা ভুস্নিদা ২৫০০ শই মচাগীদমক্তা মখাক অমেরিকান খৃষ্টান ওইজবসু মপুবু ইবন্গী ধর্মগী মতুং ইন্দুনা 'হংবা মশানা তাবর্বানি হায়র্দে।

# খোম্লাং নাম্মগী লমন

মপান লৈখিদ্রবা মতুংদগী বাজুনা থবক ইনখ্রাং শু নেমদুনা মমা ইবেম্মা বজনি অমদি মনাও, মচল যোক থাক্লাক্লবনি। মশানা মখুৎ তৈবনা উ শুবগী শিনফম অদু শুমাং মাঙ্গোলদা হুমাং তারমচৈ থবক শুবদু মনাওনা নুংশিনা মহাকসু তৈজনবা তশ্মীখিবনি। মনাও তেম্পীস ক্লাস টৈন তম্লিবা লাইবিং লাইশুদা থম্লাগ যাওজবা অফবা ছত্র অমা ওইরম্ভা নতুনা মথ মখুগী তেংনাংগীদমক অশংবা মতম কযাদা থবক শুবা যাওবা ঙমজবে। মচিন মনাও হনীগী নুংশিনবা মতৌদা লৈকাইগী মীযাম্না মচিন মনাওগী মতৌ তমজৌ থাদুনা মচা মশু ববক্লবিবনি। মচন ইবেম্মা শখিনা শোল্লবা মমাগী মখুৎ শিন্দুনা লাইবক তাম্ন তম্না ইমুংগী থবক ইনখ্রা, পুম্নবা হেৎজবিবনি মযাম্নুং বাজুস মতৌশাদগী থবক ঝানা শুকবগী মতুংদা পোথাবনি, হাযদুনা মু হব হবা অদুম্মাক শাজন্নে। মহাক্না মু হব হবা থবকপা ওইবনে মু থবকপগী শম কয়া মশেমগী যুমদা হেন্যনা লাকই। মলম অদুন মবক মবক্কা মমাং কগা পাটি তৌবা মযুম্মক্তদা হৌবই। মমানা মহাক্না শা হেন অমাদি মু নুং ইকপগী মনম মহাক লোযনবা লাউবা খোংথা মতৌদুদা মচাদা হন্না হন্না নুংঙাইতবা ফে ঙদোকই। ওশেংনমক মমানা মাগী ভড়েনবা লীচৎ অদুদা পেন্দ্রে হযাবসি মহাক হঙই অদুনা মহাক্কী পোথাফম অদু মুং ওইবনা মহক্না মমাগী তবাদ থাঙজবফম হন্দোকাখবনি। মহাক্কী মখুৎ মশা হৈবগী থবক উবদ মঙেন্দা অদু তৌরীযু, অদা তৌরীযু হাযদুনা ওতুনা লাকপা অমাদি শেল হবা হেন্না থোবকপনা বাজগা থম্মোহনা পুর্তোন অমা যাওবে হাযবসি মনাওনুপানা হঙই।

***ঈশ্বরগী শক্তিনা***

অদুম্মকপু ময়াম্বনা পাটি তৌদুনা ঙাওদুনা লৈথোকখ্রবা মতম কয়াদা তোম্বীনা অকনবা অথুবা থবক শুদুনা নংননবা হোৎনখিবা কয়ানি। নিষা চাবা ময়াম্বগী অশোয়বা লমচৎতা ব্রা ঙাঙনীংবা কয়া খাঙমদনা খাঙখিবা তোম্বীনা ময়াম্বগী চীম্বক্তদি ঙসি ফাওবা খুম্বা ঙমজরক্তি। মচলনুপীদি তোম্বীগী মতৌদুদগী ওন্না তৈনবদা ময়াম্বুংদা ঙাঙবা ঙম্লী। অসুম্না কা হেন্না কায়নদবগী মতৌদা নুংশি চান্ননা ঙসি ফাওবা নুংঙাই য়াইফনা লৈমিন্নজরক্লি।

মাগী শঙ্গাগী মতেংননি খঙদে, মানা নুংশিজরুব্বনি খঙদে, রাজুদো ঙসিদি হাওবম মরক্তগী নুপীমচা অমা মমাগী মমৌনি হায়দুনা পুশল্লক্কুনা মমাদা খুরুম্লরে। মমা অহন ওইরবীদো হরাওবনা লোয়খি। মচাগী মতৌবু থাগৎচবতনা নুমিদাং অদু মাগী মথৌ ওইখি। মমৈদা খঙনরকখি রাজুনা পুরক্লীবা নুপীমচাদু রিক্সো ড্রাইভর অমগী মচানুপীনি হায়বা। লাইরিক লাইশুদি তমখিদ্রবনি অদুবু ফিশা-লোনশা তৌদুনা মপাগী মতেং পাংবী, মমা লৈখিদ্রবী মরাইবক থীরবী অমদি ওইজরিবনি।

রাজুদো মহৌশাগুম মাগী থবক অদুমক শুথরি। মীওই কযানা কৌদুনবু ওইরো থবক শুহনবসু কয়ানি। কোইহন লাইহন ওইরবা মচা অদুবু মপুক্লিংদা ব্রারৌবা কয়া লৈজরবসু কা হেন্না ঙাঙ শক্তে। অদুগী মহুৎতা ব্রাজরক্লবা মচানি হায়দুনা থাগৎচবদনা মাগী মশরুক ওইজরিবনি। মপান ইপান থোক্লবা ঙাক্লীনা মনাও তোম্বীনা ময়াম্বগী লমচৎতা হন্দক হোংলক্লীবা মতৌ খরা অসিদা পৈশাগী অহোবা অমা লৈবদুগী চিংনদবা ঙল্লকত্রে। তোম্বীসু ময়াম্বগী থবক্তা অদুমক তেংবাংলি, মচলসু মতেং পাংনা পাংনা (ময়ুমগী) মাগী লাইরিক তম্বা লেপত্রি। রাজুনা মনাওশিংবু য়াম্না ব্রা খঙনা নুংশিনা লোয়নবা অমর্দি মমা অশোনবী অদুনা মচাবু থাগৎ থাগৎতুনা লুনা চান্না তৌজরিবা মতৌ অদুদা মমৌ ইবেম্মা মনিশংগী ব্রাখলদা চয়েৎনবা অমা ফাওবগুমদি মতৌখি। বাজুদি মনিশংগী ফজবনা শুমহৎখিদুনা মাবু লুনা চান্না তৌজবনি। ইমুং অদুগী হান্না লৈরম্বা মীওই পুম্বনা মনিশংবুসু মহৌশা মহৌশাগুম অদুমক নুংশিনা লোয়নরি। অদুবু মনিশাংনা ইমুং অসিগী হান্নগী চৎনবী অদু খরা খরা হোংদোরক্কুনা নৎত্রগা লৌতানবগুম তৌরকপদু মচল অদুনা খঙলকখি। মতাং অদুদা মমানা মৌগা নিংঙোলগা লৈমিন্নবদা খেন্নবা কয়া লৈবদু তাকপিদুনা মান্নরুদনবা মচানুপীবু থেমজিনজে।

নোংমা মনিশং মপাদু মশা ঙমদ্রে হায়দুনা রাজুগা লোয়নননা মপাগী অনাবা হঙবা লাকই। মপাদু কা হেন্না ঙন্নমদবদি নত্তে। চাক চারা অমা অদুক চারগা চৎলো হায়দুনা মনিশংগী মনাওনুপী অনীদুনা ব্রা-ব্রা লাঙদুনা ঙা লৈদুনা থোংখ্রে। মনিশংনা মাবু পোকপীবা মপাদা মপুরোইবা অসিদি য়াম্মা পঙবা নুপানি অথোকপা পৈশা পুম্বা জোরো জোরো নোংমা নিনিদা লোইশিল্লি শেল তুংশিনবগী ব্রাখল লৈতে। মনাওগী মচনগী মমাগী অদু অদা হায়বদা শৎ-শৎ হেক্তা পীথোকই। লৈত্রবা মতমদনা বেরি মতেক থিদুনা থকই। মাগী অসিগুম্বা তুং-মাং য়েংদবগী মতৌ অসিদা অঙাং নুবী য়াওরক্লবদি য়াম্মা ব্রাগদৌরি। ব্রাশিংসি হায়দুনা রাজুগী মমাঙমক্তদা মপাদা তম্মী। মপাবুংনা রাজুদা হায়- "ইপা ইমা ইচিন ইনাও নুংশিনবা ঙাক্লি অদুবু মতুং তারকপদদি ঐ অমসুং ঐগী নুপীগা লোয়নননা ইচা হায়বা অসিগী অরুবদুনা লুশিল্লকদবা লৈবনা পৈশা নুংশা শীজিন্নবদা তুংগী য়েংনা তৌবদি মফবনি"। ব্রাসি তাবদা রাজুগী ব্রাখল খঞানরকই। মসি ওইদুনসু মাগী চন্নবা লমচৎ অদুনা হেকমক হোংদোক্লগে হায়বদি মঙমদে। চাবা থকপা তৌরবা মতুংদা মকুবোক্কী হীদাক লাংথক লৈননবনি হায়দুনা লুপা চনিখক পীরম্লগা মতৈ-মনাও ময়ুমদা হল্লকখি।

হন্দক মরকসি মচানুপা রাজুগী হোংলক্লিবা মতৌ অসিদা মমা ইবেম্মনা নুংনাংবা ফাওরকই। মসি ওইদুনসু ব্রারীদি কা হেন্না হৌদ্রি। মনাও অমদি মচন অনীসু ময়াম্বনা হন্দক ওইরক্লিবা ফিভম অসিদা চিংনদবদি নত্তে। থম্মোয় থম্মোয়দা চয়েৎনরিবা ফিভম অসিদা মীচঙ চঙদুনা মচনবু চৈ থাঙবা হৌরক্লবা অমসুং লাঞ্জব্রবা মচনবু ফুবাফাওবা ঙম্লক্লবা ময়াম্বগী মতৌদা তোম্বীদু অশা কায়রকখি। ময়াম্বা অমদি মতৈমদু হৌনা-হৌনদুনা মপামদা চৎপা তোয়বগুম তৌরকই।

নোংমদি রাজুনা মমাদা মনিশংগী মপাদু নাদুনা লৈরে, অঙাং শিংদুনা স্েবা তৌবদা মপুং ফাবা ঙমদ্রে অদুনা মতম খরদং মনিশংগীদা লৈরুদবা য়াদ্রে হায়দুনা থয়ায়ননা হায়রকই। মমাদু চিংনবদি লৈখি অদুবু অনা অয়েক্কীনিনা 'হোয় হোয়' হায়বদগী মতৈ মনাওদু পোৎয়েম য়েমদুনা চৎখিরম্মী। মেট্রিক পরিক্ষা কুইশিল্লক্লবা মতম অসিদা ময়াম্বনা তৌরক্লিবা মতৌ অদুদা কান্নররোই খঙলবা তোম্বীদু স্কুল কাখিদ্রে, লাইরিক তম্বা তোক্লে। মচন নুপীবুদি লাইরিক মখা তমহল্লি। তোম্বী ময়াম্বগী মহৎ শিন্দুনা উশুবগী থবক অদুদা মায়

ওনশিল্লকই। মচা অতোনবনা নীংবা কায়বদগী লাইরিক্কুগী লাপথোক্লগা খুৎলাই পায়খত্তুনা হুমাং তানা থবক শুরকপা অমসুং মচানুপা রাজুনা নম্বর ফোর চারকপগী পাউ কয়ারক তাখিবনি। মসিমক্লা ব্রাখলনা গোৎলুম ওইখিবনা হান্নগী মমাগী অনাবদু হেঞ্জিল্লক্কুনা মশাদু হেন্না ঙমশিল্লক্লে লোয়ননা ফমুংদগী হেন্দোকপা ঙমখিদ্রে। তৌম্বীনা অঙম্বা শক্তিনা হীদাক লাংথক লৈদুনা মমাবু লায়েংনবা হোৎনজে। মমানা ময়াম্বদা পাউ অমতং পীরুনবা হায়রকপদা তোম্বীনা ময়াম্বুংবু হুন্দুনা ঙাওলুবদা মমানা কপ্তে হায়বতা খাক্লা 'নয়াম্ববু তবাইনা লৌগনু নঙসে মাগী ইবেমখাক্কি' হায়রকপদা তোম্বী খাঙঙমদনা ময়াম্বদা পাউ পীবা লাক্লে। মযাম্বদি লৈরমদে, মতৈমা মনিশংগা মনাওনুপী অমগা লৈরম্মী। তোম্বীনা 'ইমাদো মশা কয়া ঙমদ্রে য়ারবদি তাদাদু অমুক্তা লাকউ হায়বীয়ু। ইমাদু তাদদা শোন্দুনা লৈবে' হাযজখি। মতৈমনা লাক্লিবা মনাও অদুবু চা ফাওবা থককখিসি হায়দনা "হায়গে, হায়গে, খঙদেদা মাগী থবক মতাসিগা' হায়দনা হায়রকাখি। মতৌ অদুদা তোম্বী কুইনা ফমথবা ঙমদনা "চৎলে ইতৈমা" হায়রল্লগা ময়ুম তল্লা হল্লকখি।

মমাগী মশাদু ফগৎলকপা ওইদ্রে, হানু-হামু হায়বদুনি। চাবা থকপসু হান্নদগী হম্ভরকই। ইকুই কুইদনা তোম্বীনা পাউ ফংলে, মতৈমা মানিশংদু মচানুপী অমা ফংজরে অদুবু মখোয়দদি পাউ পীবকখিদ্রে। মতৌ অদুদা মযাম্বদু পাক লাক্কদবা মাল্লক্লে। মমাদুদি অযো নাহেবা ফাওবা মযাম্বদুবু নুংশিরি। থা অহুমলোমগী মতুংদা রাজুদু মকোক মক ইফা-ফানা মমাবু উন্নবা লাকই। তোম্বীনা হরাও-হবাও তৌদুনা ময়াম্ববু মমাগা উন্নহল্লি। তোম্বীদু অথুবা থবক অমগী যুল্লোন্নবা অমদা কাংথোল অমা চনবা চৎখি। বাজু মমাগা ব্রারী শামিন্নবি। মতুংদা মমাগী মশা শায়দুনা যেংলুবগা "পৈশা লৈববদি লুপা চাম্মদা পীয়ু" হায়না মমাদা নিবকই। মমানা "নম্দোন শখিনা হীদাক লৈনৌ হায়দুনা লুপা চাম্মখক পীরম্বসিবু নঙনা পুবদ্রনে" হাযদুনা শোল্লি শোল্লি পীথোরক্লে। চাম্মদু লৌশিল্লগা মচন নুপীদা "নঙগী সাইকলদু ঐ অমুক্তা পুরুগে থেঙখ্রে হায়দুনা তৌবনি" হায়বল্লগা পুদুনা চৎখ্রে। তোম্বীদু খবা থেঙলপ হল্লক্লে। ময়াম্বগা করি করম্বা ব্রারী শান্নহৌরে হায়দুনা মমাদা হঙই। সুম য়েংবদা মমাগী মোন মযাদা থম্বা মাগী ঘড়িদু লৈতবা উদবদুদা মচন নুপীদা ঙাওলকই। মচন নুপীনা সাইকলসু পুখ্রে হায়না পাউদম্মী। মমানা ব্রা নম্নবা হোৎনজে অদুবু তোম্বীদু

ঈশ্বরগী শক্তিনা

ফজনা মফিং ফারক্লে। থা মখায় অমা ফারবফাওবা মচনগী সাইকল অমদি মাগী ঘড়িদু থিল্লকক্রবা অদুদা য়াম্না শাউনা তোম্বীদু ময়াম্বগী মনাক্তা লাক্লে। ময়াম্বদু লৈরমদে, মতৈমদা হায়রুববু অসুম্না খুন্নকই- "খঙদ্রে ইবুংঙো নয়াম্বসি মতৌ অমা তৌখ্রে। নোংমদা লুপা চাম্মদগী তাদনা খরচ তৌখ্রে! মানা থবক শুরিবনি হায়না তৌরিবসিসু শিকি অমা পুশিল্লক্রে। ইপানা থবক ব্রানা শুরগা ঐখোয় ময়ামসি থাক্লিবনি"। তোম্বী উপাই লৈতে, ময়াম্বদা পাউ তম্নবা হায়রম্লগা হম্লক্লে।

নোংমা খঙহৌদনা রাজুদু ফাওরক্লে। হেক লাকপগা ইস্কোল য়েম্ব্লোক্ল নবা তকশিল্লকই। তোম্বীনা ফনা য়ানীংদ্রবসু তৌফম থোকপনি খন্দুনা মাগী মাগী শরুক য়েম্ব্লোক্লখি। ময়ুম শারনি হায়দুনা চৎখিবা ময়াম্বনা মাগী ইস্কোল শরুক য়োল্লগনি হায়বা তাবদগী তোম্বী মমা-মচা অব্রাবা ওইবক্লে।তোম্বীনা কোইচেল চেন কোইপু পু মাগী লৈজবা খরগা মচনগী সনা খবদু কায়থোক্লগা ময়াম্বগী ইস্কোল শরুক্তু লৌশিলহৌরে। ময়াম্বগা মতৈমগা নোক্লা নোক্লা চৎখ্রবসু তোম্বীদি শেন্দোনবা হায়বদু ওইহৌরে।

শুবা নোম্বা কনবা তোম্বীনা চাবা থকপা থিদ অহিং-নংথিল তুমদনা শেল তানবা হোৎনরি। লুচোং মরুপ লিংখক্লুনা মদুগী উপু কাংথোল পীবা ওম্লবা অমদি মীগী শেন্দোল শিংনবা হোৎনরকই। মমাদু হন্দক্তি খবা লুগদৌধি হায়বা তোম্বী খঙই। মতাং অসি য়ৌরবসিদদি তোম্বীনা য়াদ্রবসু শাগৈ-নাতৈনা তম্লদুনা ময়াম্বাদা পাউ পীখি। নোংমদি ময়াম্বদু নুপী অঙাং পুবদুনা তোম্বীগী য়ুমদা থুংলবে। তোম্বীনা থৌ-ব্রা শাদ্রবসু ময়াম্বনা মমাগী মখোঙ পায়দুনা খুকম্লরে। মমাদা হায়জৈ "মাগী লৈফম লৈত্রে, লৈফম মচেৎ অমত্তা পীবীযু শিবা তাবে।" মমানা তোম্বী কৌশিন্দুনা ময়াম্বগী লৈফম পীনবা হায়রবসু তোম্বীনা শিয়েমখৈ য়াখিদ্রে। মমানা মীৎকী পিরাংগা লোয়নানা "নয়াম্বদা দোষ তৌগন্নু, ইয়াম্বা হায়র্বাসিদি পোকপীবা ইপাগা পাংথক্লি, নয়াম্বগী লৈফম নঙনা পীদনা কনানা পীগনি" হায়দুনা খুকুমদেদা খাক্লা হায়বক্লুদা তোম্বীদু খাওবা ওমখিদ্রে, মমীত্তগী মপি তানা য়াজরে ইমা হায়দুনা খুরুমই।

ওসিদি রাজুদু মচি-মচিদা ফমদুনা মানা লানখিবা কয়া নিংশিং নিংশিং অনুতাপ তৌরক্লে। অদু উবদা মমা অশোনবী অদুনা মচাবু কৌরকই। মমানা থেমজিল্লি -"হৌপ্রবগীদমক্তা করিগী চিন্তা তৌবিবনো'? হৌজিক অমদি

লাক্কদবগী খনবনা নুপা ওইবগী যৌদাং ওইগদবনি। অনৌবা পুন্সি অমগীদমক্তা যৌনা ফনা হোৎনগদবনি।" রাজুন কপ্পা কপ্পা খুম্মী- "ঐনা তৌখিবা পাপশিং অদুদি করম্না কোক্কনি ইম? ঐ ইমা অমদি ইনাওশিংদা য়াম্না লানথ্রে, ইমা"। মচাগী ৱাদু তাবদা মোমোন মিনোক্কা লোয়নননা মচাগী মকোক্তা নাম্বুবীরদুনা "দোষ অদু কোক্কে হায়রবদি নগুনা চারিবা নিষা অদু থাদোক্লগা অচুম্বা খোঙথাংগা লোয়ননা মী অমা ওইনবা হোৎনৌ। জগৎতা পাপ তৌদবা কনা লৈবগে? নগুনা মদু গুম্বা তারবা পাণ্ডবকী আর্জ্জুনদা নত্তে ঐগী ইচানুপা রাজুসু মমাগী খোম্লাং নাম্মতগী ওইরবসু লমন শিংলবনি খল্লগে"। অসুম্না মতৎ-মতৎ হায়রম্লগা মমাদো পুন্সিগী ওইনা মমীৎ উইশিনখি।

## স্কুল দ্রেশ

গৌহাটিদা লৈবা মণিপুরী বস্তিগী মহাজন অমগী শুমাঙদা টাটা গাড়ী অমগী মনাক্তা লেপ্তুনা মহেশতু হেন্দলমেন রাজাবু ঙাইদুনা লৈরি। মিকুপ অদুদা গাড়ি মহাজন রামকুমাবগী মচানুপা অনি সুনিল অমসুং সুরজনা স্কুল দ্রেস নান্না নান্না শেংলদুনা থোরকই। মহেশকী মিস্না অনিদুনা চৎখ্রিবা ছাত্রা অনিদুদা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা মুর্ত্তিগুম লেপতুনা লৈখি। খঙহৌদনা মহেশকী মিৎলুদগী পিগী ইরা চেল্লস্নদগী পিরাংশিং তাপ্না তপ্না শিস্থরক্নী। ইরাপ লাপ্তুনা নাকল অমদা মচাশিংনা চৎখ্রিবদু য়েংদুনা মাইথোং মকা লাম্না লৈরিবী মহাজন অদুগী মবেন্মা মনোরমানা পাক্লবা অষ্টর তৌবা শুমাং অদুগী নাকলদা টাটা গাড়ি মনাক্তা লাপলপ মুর্ত্তিগুম্না লেপ্লিবা মহেশনা মাগী মচানুপা অনিনা থোকখ্রিবদু মুন্না য়েংনা য়েংনা মমিৎ মিৎলু অদুদগী অরৎপা লৈতনা পিবাং শিস্থরিবদু উরকখি। থস্মোইদা চিংনবা মতৌ অমনা মনোরমানা তপ্না মহেশকী মনাক তমলকই।

- 'মহেশ ঐগী ইচা অনিনা স্কুল চৎখিবদুদা নঙনা নমিৎ কুপ্তুনা য়েংলগা পিরাং শিস্থরিবা করিগীনো?
- 'ও! ইতৈমা , ঐদি ইতৈমা লাক্লি খঙহৌরুদে, করি হায়খিবা'?
- 'অঙাং অনিনা স্কুল চৎখ্রিবা অদুবু য়েংলগা নঙনা মিৎলু পিরাং শিস্থরিবদুবু করি তৌরবগে হায়বনি'?
- 'করিশু তৌদ্দো ইতৈমা, চুম্না স্কুল দ্রেস অসিদা ........ আ স্কুল দ্রেশ অসিগী ফজবা অদুদা য়েংজবনি'?

স্কুল ড্রেশ অসিনা নঙগী থম্মোইদা নখোযগী পোক্লফম মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংহল্লে অসিনিনে?

'হোয থৌদোক অমা নিংশিংলকপগী ৱানিদা ইতৈমা'

'অদুদি মহেশ লিয়ু নঙগী থৌদোক অদুগী ৱাবী অদু ঐ য়াম্না তানিংই, খঙনিংই', মবমদি নঙগী মবাল লৈজদ্রবা মিৎলু অদুদগী পিবা শিন্থুহনবা গুন্নীবদো তবাইবা ওইবল্লোই'?

'চুম্নগী অচুম্বা থৌদোক অমখক্তীদা ইতৈম', নোংমা লিজগে'

'নত্তে নত্তে, হৌজিকমক লিয়ু মহেশ স্কুল ড্রেশকী মবি লৈনবা কবম্বা থৌদোক্লো ঐবু লাওতক্লহল্লগনু'

'অঙাংশিং অদুনা শেৎত্রিবা স্কুল ড্রেশ অসিমক ঐনা মতম অমদা তল্লম্বা স্কুল অদুগী ড্রেশকা চপ মান্নে। ঐনা ইচাশিং ইনাওশিং অসিগুম স্কুলগী ছাত্রা ওইবিঙৈ মতমগী পুক্সিদা .. . ইতৈমা, মমা মপা ওইবদদি মচা মশুবু লাইবিক লাইগু শোইদনা তমহন্দুনা মী ওইনবা শেমগদবনি, মসিমক তমহন্নব, উপাই মবৈত্রগদি মচাদুবু লাইবিক তমহন্দনা তেকপা মশানা তাবা নত্রা?

'সরকারনা সর্ব শিক্ষা অভিযান হৌদোক্লুনা উপাই লৈত্রবা অঙাং কয়াং স্কুদা লাইবিক তমহল্লী। মদুগী মথক্তা মিদ ডে মিল অমদি অতৈ নোমনা কয়ানা অঙাং শোৎথববা কয়াগী পুক্সিবু স্কুল শোযদনা পিননবা পান্দম সরকারনা থল্লী। মমা মপা ওইবশিংনসু তঙ্গাইফদনা মচাবু লাইবিক তমহনবা, শেম্নীবা গুল্লেইদবা ওইবগদি কবিগী পুক্সী অঙাং থিদুনা মচা পেকপা পামলীবনো? মদুমক খঙলদুনা তঙ্গাইফদনা যুম পানবা তাবসু সরকারনা অঙাং অমা নত্রগা অনিখক পোক্লুন মচাশিং শেম্ন শোইদনা ঙমহন্নবা থৌবাং তৌবিবনি। অদু পুন্নমক্তু খংদনা পুক্সি অদু 'হুংন্নবগী মচাক শুকলৈ লৈতনা মীওইনা পোক্লবনি হায়দুনা যুম হেক্তা পানবা হায়বদুদি ইবল লৈতনা শঙ্গোম চানিংবগী প্রমানগা পাংখৎনা হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অদুনি ইপা ইপু অহল লমনশিংনা পাখং ওইবিঙৈদা স্কুল তান্না তাম্না শেল কন্না তন্দুনা পৈশল্লগা যুম পানবগী লম্ন্দা চৎনগনবনি হায়বর্ম্মীবসে।

'ও, ও, মীওইবা ওইনা পোক্লম্নবনিনা ঈশ্বরনা পিবকপা থৌদা যুম

পান্ননবগীদমক্তা লন থুম পৈশা পৈশন্দুনা তুংগী ফিভম য়েংলগা, শেন্নগা য়ুম পানফম থোকপনি চুম্মী। ঐসু ইতৈমা মদুমক য়াজৈ, মদুমক্কীদমক্তা ঐসু লন থুম পৈশা তানশনবা হোৎনজরি। মদুদি তৌদনা করিমতা লৈতনা থোকআ থোকঅবা হায়দুনা য়ুম-কৈ পানশনবা মতৌদগী ভারত্তা অমদি মণিপুরদা নিংবা কাইরবা মচা কয়া মরাইবক চুম্বা খরা নত্তনা, কয়া কয়া লৈরকপনি, মসিমক চুন্নবা ব্রাফম ওইরীবজাৎনি।

- 'মদুমক চুম্মী হায়না লৌবদা লাল্লোই, ফীভম অদুমক্লা ভারত্তা অমদি মণিপুরদা তা নত্তনা লায়রবা লৈবাক কয়াদা মরল মথুমদি লৈতনা তুংগী ফিভম য়েংদনা য়ুম পান্দুনা মচা কোকথোং কোকথোং পোক্লুরগা মচাশিং অদুদি শেন্বা ঙমদ্রবনিনা লাইরিক লাইশু হৈবসু ব্রাৎনরবনা হিংননবগী লানফমদা নোংমা নোংমগী হাজিরা শুবা অমদি নোংমগী খুৎশুমন্না চরা অনি শুনা চাবা ফংদ্রবা কয়া নঙনা হায়বগুম্না মরাইবক চুম্বা খরথক নত্তনা অসুম হেন্না লৈরকপনা চাওখৎপা ব্রাৎলবা লৈবাক ওইরবা লৈবাক কয়া পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈরবনি। অদুবু ফরেনে, নঙগী থৌদোক্তুগী ব্রারীদো লিরক্লোনে'?

'থৌদোক অদো ইতৈমা, ঐখোয় অনি শান্নরিবা ব্রারী অসিগা য়াম্না নক্লবা ওইরিবনি।

... মহেশতু সরকারগী স্কুল অমদা পরিক্ষাদা সেকেন্দ ডিভিজনদা পাস তৌরকখি। মশানা লাইরিক লাইশুদা পুক্লিং চঙবা ছাত্র অমা ওইবনা মমান্নবা অতৈগুম্না মেত্রিক পরিক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা প্রাইভেট স্কুল মমিং লৈবা অমদা এলেভেন ক্লাস্তা তম্মীংলম্মী। মরম অদুদগী মহাক্লা মহাক্কী মমা লুখ্রাবী মনিশংদা লায়রবী মমানি হায়দুনা তান্নজৈ । অদুবু মমানা 'হোয় হোয়, লায়বক য়েংশি মঙাই, ইমা লৈরিবসিদি' হায়দুনা সেকেন্দরী স্কুল অমদা উচিন নাচিন্না এলেভেন ক্লাস্তা মিং চল্লে। লৈখিদ্রবা মপান্দু লৈবাক শুবা লেবর ওইবগা লোয়নননা লৈরিবা য়ুম্ফম অদু নত্তনা অতৈ লৌ ইখ্ৰোল মপা মপুনসু থল্লমদে। মশানসু তাঞ্জদুনা লৈবা ঙম্বা মীসু ওইরমদে। অদুবু মচাদি অহুম্নী ময়াই অদুনা নুপীনি অদুগা অনি অমদুনা নুপা ঙাক্লী। মচা অহুমমক স্কুল তম্বনা মমা লুখ্রাবী কৈথেলদা লুকমাই পানবী অদুগী মপালনা মপা লৈখিদ্রবা মতুংদুদদি মখোয়গী

দুকান তৌজবনি। লুপাশিং অদুগী শেন্দোয়গা শেল্লেপকা নোংমা নোংমগী হুল্লী। দুকান্দুনা ইমুংগী চাবা থকপা অঙাংশিংগী স্কুলগী করিগী পুন্নমক্কী হোৎনজবনি। অদুবু শোৎতোকখিবা খরা য়াওবদগী মহাক্কী নুপী ইন্দোমচাগা নুমিদাং নুমিদাং খৎনবদুদি' হায়দুনা চম্না ব্রারী তৌজরকপনি। মানা মখা তানা "মখুড়া অদুনা মতম মাঙনা সাইকল তোংদুনা কয়ারক পৈশা থৌবা চৎচবনি অদুবু মতম থাদুনতা লৈবা য়াওরকপদগী মরু কোকপদা লেন তাবদু ওইরে" হায়না চম্না মহেশতা মখা লিজরকই। "ঐখোয়স্কুল অসিদসু অমা য়াওই হায়"। মহেশতু মরুপ শান্তগী ব্রারী অদুদা থম্মোই ককঙাওনরকই। নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা স্কুল ড্রেশ মানা শেৎলিবদুগী শেল থৌবা লাকখিবা নুপাদুনি হায়বা মহাক খঙলকপদা তু চুংলকই। মহেশনা মরোল থোকখিদ্রবা অদুদা মরুপ শান্তানা 'করি তৌরে, হৌজিক্তা মকা লাম্না নোকলম্লগা তুমিন্না লৈরিবদি, অশেংবদি মমা মপা অদুগী উপাই লৈরমদবসু য়াই, অদুবু মচা ওইবশিংনদি মতম অসিদা মমা মপাগী অব্রাবা খঙলুবা য়াবা মতমদি নত্তেদো' হায়না তপথরকই। মহেশতু মকোক ঙাওবগুম তৌরকই। মহেশনা 'ভাই ঐ অথুবা অমা লৈহৌই খরা হাল্লম্লগে' হায়রম্লগা শান্তদা বিদাই থুরপ পিরম্লগা চৎখি। শান্তনা মানা হায়রুরিবা ব্রাহৈশিং অদুদা অহেনবা অশোকপা য়াওখ্রব্রা হায়দুনা চঙক্লনা লৈহৌই।

মহেশনা ময়ুম য়ৌবগা মফি মরোল হোংদোক্লগা ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা খম্থুরকই, স্কুল ড্রেশ অদু ফজে অদুগা তাঙাইফদবসু ওইবনী, মদু তুবগী পৈশা ইমাগী পিবা ঙস্বগী শক্তি লৈত্রে। শক্তি লৈররোই অমদি ঐনা লাইরিক মখা তম্লীবসিদি ইমাদদি পোৎলুম ওইবা তারবা হুঁ, অসুম্না মচলবু কৌরদুনা চাক মাগী হাপ্পুরনু হায়দুনা হায়খ্রগা নুমিদাং অদু চরা হেন্ননবা থৌরাংখি। মমানা কৈথেলদগী হল্লক্লবদা মচানুপীদগী পাও তাবদা মহেশকী মনাক তম্লকই। মমানা 'হাওরবসু হাওত্রবসু ইমানা ঙম্লবা তৌরিবসিদা করিগী নিঙাই তৌরিবনো' হায়দুনা মহেশতা তকখৎলকই। মহেশনা 'নিঙাইগী নত্তেদা ইমা পুকসে নুংশিৎ ঙাক্তা ঙাইখ্রে। অমুক চাশিল্লবদি ফররোই হায়দুনা তৌবনি' হায়জরকপদগী মমাদু ইংথখ্রে।

নোংঙানবা অদুদা মহেশনা মমাদা তপ্না হায়জরকই 'ইমা তাদা ভৈগ্যগী গাড়ি অদুগী হেন্দলমেন নত্রগা সেকেন্দ ড্রাইভর অমা থিরি ঐদি গাড়ি টাটাগা

থৌবদু য়াম্না পামজে, হেন্দলমেন হায়বসিদি দ্রাইভর ওইখিবা কুইবজাৎ নত্তে, ঐদি ইংলিস হিন্দি ইবা পাবতা নত্তনা খরা খরা ঙাণ্ডবা ফাওবা ঙমজরে। ইচল অমসুং ইনাওদি তমখৎলকপদা ঙাইরি হায়বা য়াই, মখোয়বুসু য়ারগদি খরা হেন্না হৈহন্নবা নত্রগনা মতিক চাবা অমমম ওইহল্লবদি ঐদি ইমানা পোকপিরকপগী মহৈ য়ানবদু ওইগনি। ঐ লাইরিক তম্লরোই ইমা, করিমতা নুংঙাইতবা খল্লুরগনু। ঐ তাদা ভৈগ্যগা গৌহাটিদা গাড়ি চৎপদা মতুং ইন্নখ্রগে। মমা ইবেম্মদু ব্রাখল নুংবংনৈ অদুবু অমরোমদদি মচাগী ব্রাখল অদু থাগৎনিংঙাই অমনি। মহাক লায়রিক তম্বদা মনিং থুংলরোই মরম অদুনা মাগুম্না মনাওশিং অদুসু মাঙগদবা লৈবনা মদুদগী কনবগা লোয়ননা মমাবুসু তেংবাংলগে হায়বসে মহেশকী ব্রাখলনি হায়বসে মমাদু ভাব তৌরকই। লাইরিক লাইসুদা থব্রাই য়াওজবা মচা অদুনা ফিভম অসি য়ৌরকপসি খম্বুরুবদা মমা ইবেম্মগী মিৎলুদগী প্রেমগী ইবা লেপ্তুনা শিম্বুরক্লবসু মচাদা অয়াবদি পিরক্লে, নঙনা নিংবা থুংজবো...

মতাং অদুদা ব্রারী তারিবা মতৈমা মনোরমানা মীৎলু পিরাং চোন্না মহেশপু নুংশিনা য়েংলকই।

- 'অদুদগীদি ঙসিদি নঙদি দ্রাইভর ওইনা থবক তৌরক্লে। অদুবু নমা ব্রাজরবী অদুনা করিগী নহাক্লা পামজবা লাইরিক লাইশু তম্বা, পাবা, ইবা অদুদী খঙহৌদনা থাদোকখ্রিবনো? হায়বদুদি খঙখিব্রা মহেশ'?

- 'খঙখি, ঐনা গৌহাটিদা হেন্দলমেন ওইনা চংখ্রবগী মতুংদা মরুপ শান্তা ঐখোয়দা ঐবু হংবা লাকখি হায়, অদুবু ইমানা ঐহাক গৌহাটিদা গাড়ি চৎপা য়াওখ্রে হায়বদগী ইমাদা মহাক্লা য়াম্না পেন্দনা ঐগী ব্রারী লিরমখি হায়'।

- 'করি হায়না'?

- 'ঐহাক স্কুল দ্রেশ অশোৎপা পৈশা পীবা ঙমদ্রবা অদু শেৎখ্ররোই খনবদগী মখা তানা খম্বুখিদুনা গাড়ি চৎপা শোয়দনা য়াওখিবা ওইরমগনি হায়রগা মমাই খুমজিন্দুনা নুংশিনা কপখি হায়। অদুদগী ইমাসু ভাপ তারক্লুনা কপখিবদগী মখোয় অনি কপমিন্নখি হায়দুনা ইমানা নোংমা ঐনা মণিপুরদা অহিং অমা লেক্লুবদুদা কপতুনা তমখি'। 'ও! স্কুল দ্রেশ, স্কুল দ্রেশ অদুখক্কীদমক্তা .....।

# সমুদ্রগী সুনামিনা

লুববা ফজববা থাবলগী মঙাল অদুদা সমুদ্রগী মপান নাইদ্রবা ইপাক অদুবু লাপলপ্না খুউনা। য়ুম শাবদনা লেঙোই থক্তে ফুম্বংননা লমলদুনা ইব্রাহিম্না মমিৎতগী তরংগী লাইজা শম্লুনা সমুদ্রদুগী ঈশিংনা ইথক থাংলা কাবক্লীবদু য়েংলি। অসুম্না সমুদ্রগী ইপাক ইরৈ মৎক অসিদগী খঙঙৌদনা হৌরকপা সুনামিগী অকনবা নোংমে পুংশিং, অকনবা ইথক অমসুং শম্না হুমদোকখিদুনা মীওই লিশিং লমা য়ামগী পুক্নিং মথাই মাংহনখিবদা নত্তনা থুম-কৈ ফুৎ দলান অমদি উ মাদা নত্তনা শা ষন জিবা কয়ামসু মফম মবাং ইথঙ থঙহনদনা লোইশিনখ্রবনিকো। অমুকসু মসিনক প্রকিতিগী কত মীতিশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী শাথিবা অমা ওইবিবনিকো' খল্লুবদগী ইব্রাহিমদু মগী থব্রাই ওইনা খঞ্জবন্থী, মাগা নুংশিনজবন্থী অমিনাদু নিংশি নিংশিং মখুৎমক্তা খুৎশম্লুনা সমুদ্র অদুমক্কী তোবান অদুদা চেনমিন্নখিবা চৎমিন্নখিবা ঈশিং চাইশিন্নখিবদুনা শম্থহনবা মাগী মীৎলু পিবাং অদু হৰমখৈদি হেনগৎখিবগুম তৌরে।

* * * * * * *

ফজবৎ সমুদ্রা তোর্বান অদুদা চেন্না চোংনা শান্নদুনা নোক-খেন। ব্রাবী শান্নবা তোর্বান্দগী ইবাপ লাপ্তুনা ঈশিংগী ইপাক অদুদা লৈরিঙেদা

অচৌবা খণ্ডহৌদবা ইথক অমনা অনিদুবু কুপশিনখি। অনিদুনা কিজনা তোর্বান মাইকৈ অদোমদা ইথক্কুগী মায়োক্তা পাঙ্গল ফুদোক্কুনা থুনা য়াংনা তোর্বান তম্লকখি। তোর্বানগী লৈকংদুদা চোকথরবা হকচাংশিং অদুনা স্বর শাংনা শাংনা হোন্দুনা ঙাইহাক পোখারবা মতুংদা লাপ্পা লৈবা সমুদ্র মপানগী হোটেল অমা তম্মা লাক্তুনা অচোংপা মফি মরোলশিং অদু হোংদোকমিন্নবকপা মতুং মখোয় অনিগী অঙাং ওইরিবৈঙেদগী হৌনা শাগৎচরকপা নুংশি ব্রাবী কয়াদু অমসুং তুংগী পুন্সিদা মখোয় অনিগী ওইবা পুন্সি অমা পুন্না শাগৎনবগী নুংশি ব্রারী কযা কনা অমত্তা তাহন্নিংদা ঊহন্নিংদবগুম আচিকপদুদা নুংঙাইনা ব্রারী শাদুনা অহিংদুমা লেনখি।

ইব্রাহিম হায়রিবা মুস্লিম পাখং অসি অমিনাগী মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মনসু ময়া ওইনিংবনি, য়াজবনি। মহাক হৌজিক মরমদম বঙ্গলাদেশতগী ইন্দিয়াগী খ্বাইদগী চাওখৎলবা সিটি মুম্বাইদগী খরা লাপললপ্পা লৈরিবা পুনে সিটিগী পুনে য়ুনিভর্সিটিদা এম এ ফিলোসোফি তম্লীবনি। মাগী হৈথোই শিংথোইবা মচৎ মওং অমদি খিং খিং লাওবা মতৌনা বঙ্গলাদেশতা মাবু মশক খঙবা মীওই কযানা মহাকপু মতম অমদা মমিং নাইবা মশক নাইবা মীশক অমা ওইবগনি হায়না থাগৎনরিবনি। অমরোমদা ইব্রাহিমগী মমা মপানসু বঙ্গলাদেশকি সমুদ্রা মপানলোমদা তাবিবা লমদমশিংদুগী মনুংদা হায়বদি নজিবইট, চিটাগোংনা চিংবগী নুপীজা শকহেনবীশিংগী মবক্তা চুম্মা শক্তা চুদা ফজবতা নওনা থোইদোক হেনদোকপী অমা ওইবিবী অমিনাবু মমৌ ওজনিংবদগী মহাক্কী চহি অমরোম ফাবকএবা এম এ পরিক্ষা অদু হেক লোইবগা নিকা শোল্লগনি খন্নরিবনি। অমিনাসু সমুদ্রা মপানগী চিটাগোংগী সিটি মথা অমদা লৈজরবসু মতিক চানা মহৈ মশিং তম্লীবী মতিক চাবা মমা মপাগী মমোম নাইতোম পোকপিনি। অমুকসু মীওই কয়ামুক্রা মখোয় অনিগী নুংশি নুংওনগী মবমদা খওনরবনি। ঙসি ঙসি ঙরাং ঙরাং কযা মখোয় অনিদু সমুদ্র খোংবাল কয়া পার্ক কয়াদা অমদি হোটেল অমদি কেম কুমা অমদি বঙ্গলাদেশকী কোনুং থাকানচিংবদা তোইনা এরোপ্লেন্দা, রেলগাড়িদা বস্তা মখোয় অনিগী নুংশি ব্রারী ঙাক্তনি।

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

মখোয় অনি নুংশিনবগী ব্বারী অসি অঙকপনি। মুস্লিমগী খরা হেন্না চেকশিনবা সোসাইতিদা পোক্লবসু মখোয় অনি পীক্লিডৈদগী হৌনা নুংশিনরকপনি। নুংশিবা করিনো হায়বা খঙবা চহিদগী (য়াম্না নৌনা) মখোয় অনি নুংশিনরিবনি হায়দুনা মীয়াম্না ব্বা-ব্বা ঙাঙনরিবনি। মখোয়গী মতৌদু উবদা মীয়াম্নদি অহানবদা ইনখৎলকপগী পাঙাও ঙাওরিবনি হায়না খন্নরম্বনি। অদুবু মখোয় অনিমক্কী ইমুং মনুংদা ফাওবা মখোয় অনিগী লুহোংবগী ব্বা নিফুঙ নিফুঙ ঙাঙনরক্লবনি । মতুংদগীদি মখোয় অনিগী ব্বারিদা মীওই কয়া অমগীদি অব্বা পোত্থাফম ওইনরক্লবনি। ইব্রহিমগী মথৌ অমদি মচৎকি হৈ-শিংবা খিং খিং লাউবা লমচৎ শাজৎ কুচু কুম্মেনদা ঙাওরোইদবা কনা অমত্তা য়াওদে। অমিনাগীসু অদু মঙাই। মুস্লিম লৈশাবিনি হায়জবদনি, শেৎতোক চাথোরকপদদি মশুং মমান্নবিশিংনা ময়া কাদুনা য়েংনরিবনি। মহৈ-মশিংদা হায়রুরগসু মুস্লিম খুন্নাইগী তমজনিংঙাই ওইরিবনি।

পৈশা পাইবা ইমুংদগী ওইবনা ইব্রহিমনা মাগী ছুত্তি মতমদা লম কোয়বসি খ্বাইদগী পামজবা অমনি। বঙ্গলাদেশকী টিম অমা রুসিয়াদা ষ্টদি টুর ওইনা চৎকনি তাবদগী মপাবুংদা য়াওরুগে হায়জবদগী য়াবিরকখি। অদুবু মাগী থব্বাই ওইরিবী অমিনাদি মপাবুং অদুনা য়াম্না থাপ্না ফোরেন কন্ত্রি অমদা ওইবনিনা য়াওরুরনু হায়বদা অমিনাদি মমিৎতগী মপি শিন্তবা নত্তনা অতোপ্পা উপাই অমত্তা লৈজখিদে। মতৌদু উবদা মপাবুংনা ইন্দিয়াগী মফম অমদা হেক্তা ওইরম্লবদি য়ারমগদবনি হায়না হায়খি। রুসিয়াগী খোঙচৎ অদুদা ইব্রাহিমগী হৈথোই শিংথোইবা মগুনশিংনা চৎমিন্নরিবা খোঙলোইশিং অদুদা নত্তনা রুসিয়া মচা কয়াবুসু ঙকহনখি। ওইরিবা ফীভমগী মতুং ইন্না ইব্রাহিমনা তোঙান তোঙানবা শক্লোন কয়া লৌখি। ফীভমনা য়াদদনা ইন্দিয়াগী বঙ্গালি শাখিবসু কয়ারকনি। অদুবু কাইনরমদাই মীকুপ অমদা মহাকসু বঙ্গলাদেশতগীনি হায়রমখি। রুসিয়াদগী ইন্দিয়াদা হল্লক্লবা মতুংদা ইব্রাহিম মাগী খোংবুগা লোয়ননা বঙ্গলাদেশতা য়ৌরকখ্রে বঙ্গলাদেশকী খোংবুশিংগী ব্বারীদা বঙ্গলাদেশকী মীওই কয়ানা শাওনরববসু কয়া অমনদি তরম্না ওকখি। মদুমক মতম মতমগী ফিভম ফিভমগী মতুংইন্না,

খোঙচৎতা দরকার লৈবনা ওইরকপসু য়াবনি খন্নবনা অচৌবা ব্রাথোক অমদি ওইখিদে। অমরোমদা পৃথিবীদা তারিবা বঙ্গালি খুদিংমক্কী ঈদা মরি লৈনহনখিবগুম্বনি। অদুবু মহাক্কী কাইনরমদাই মিকুপ্তা রুসিয়ান খরদা মহাকসু বঙ্গলাদেশনি ফোংদোক্লম্বদুদি অর্থ লৈ। নোংমসু বঙ্গলাদেশতগী নহারোল কয়া ইন্দিয়াগী কাস্মিরদা লম কোইবা চৎখি। হুন্দকমুক্তি অমিনাসু লম কোইবদুদা য়াওবা মপাবুংনা অয়াবা পীবিরকখি। উনগী ফজরবা চীং কয়াদা স্কেচ তোংদুনা মখোয়না কয়ামুক নুংঙাইনা শান্নখি। খঙহৌদনা নোংমদি উনগী নোংলৈ নুংশিৎ তৌরকখি। ইব্রাহিম অমসুং অমিনানা তাম্না লৈবিবা উবাক্লা শাবা জিঞ্জানা কুপ্পা য়ুম অদুদগী মখোয়গী টুরিস্ট হোম অদু য়ৌনা চৎপগী শক্তি লৈখিদে। মবমদি অমিনা উপাক্কী ফমুংথক্তা কম্বল অনিদুগা নিক্তুনা লৈখি। থোঙ থোঙনাও থিংবগী শক্তিসু অকনবা নোংলৈ নুংশিৎতুনা ঙমহনখিদ্রে। ইব্রাহিম্না ব্রাখন মুন্না খম্বরুবগা আমিনাবু কন্দবা যাদবদগী মশাদা শুপকদবা ফৈজুপশিং অদু ফাওবা অমিনাদা পীবিবদুনা ইব্রহিমনা অমিনাবু অসুক্কী মতিক নুংশিজৈ হায়বসি খঙহনখি।

ঙসিদি বঙ্গলাদেশতা মতম খরা ছুটি লৈরুরবা মতুংদা ইব্রাহিমদু মাগী এম এ গী অরোইবা পবিক্ষ ময়াগীদমক্তা বঙ্গলাদেশকী ধাকাদগী ইন্দিয়াগী মুম্বাই তম্না এরোপ্লেন্দা পাইননবা এরোদ্রোমদা থোরক্লে। অমিনা অমদি ইব্রাহিম্না নুংশি বিদাই পিনদুনা মীৎলু পিরাং পিরোইনবল্লগা ইব্রাহিম চৎখ্রে। অমিনাগী থম্মোয়না নিংবা কাইজববসু মহৈ মশিং তম্বগী য়াইফনবগী চাওখৎনবগী ওইবনা মথম্মোইদু ফাথজৈ।

খঙহৌদবা সমুদ্রগী অকনবা সুনামিনা বঙ্গলাদেশকী সমুদ্র মপানগী চিটাগোং লমদমদা মীওই লিশিং ৩০ বোম শিহনবতা নত্তন' শ ষন কয়া শিহনবা অমসুং ফুবা দলান উ-ব্রা কয' য়ৈখাই খুগাইখিবগী পাওনা পৃথিবীগী পাও চে কয়াদা তৎতনা শন্দোরক্লে। ভারততসু পাও অসিনা মীয়াম কয়াগী মীপাইনবা ওইরকখি। পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা মদুদা মতেং পাংননবগীদমক্তা কন্না কন্না লাওনবক্কী, হোৎনরক্লি।

পুনে ইউনিভর্সিটিদা পরিক্ষা থারিবা ইব্রাহিম্নসু পাও অদু তাদবা নত্তে, মহাকসু ব্রাখলদু শাথিনা চবাংনখিবনি। অদুবু ইব্রহিমগী মপাবুংনা মখোয়গী

ইমুং মনুং অমদি অমিনাগী ইমুং মনুংদা অশোক অপন অমদি থোইনা কাহেন্না অৱাবদি লৈত্রে হায়না পাও থারকপদগী ইচিং চিংনজরবসু ৱাখলদু খরা ফাথজরগা পরিক্ষা থারি। শোমদনা বঙ্গালাদেশকী সমুদ্র মপানগী লমদম চিটাগোং, দোহঝারি নচিংবদা সুনামিগী চৈথেং ফংলবা মফমশিংদা বঙ্গালাদেশকী সিফাইশিং অমদি পৃথিবীগী সংস্থান কয়ানা অতেক অকাই মরক্তা থিবা হুম্বগী থবক চথবদা অশি অনাগী অহেনবা পাও কয়া হৌজিকসু শন্দোরকলি। লৈবাক কয়ানা তেংবাংনবগী হোৎচিন্নরকপসু লেপত্রি।

পরিক্ষা হেক লোয়বা ঙাইঙমদনা ইব্রাহিমদু পোৎয়োম য়োমদুনা মুম্বাইদগী ধাকা পাংলক্লে। ধাকাদগী মরমদম চিটাগোং য়ৌরক্লে। তশেংনমকসু ইব্রাহিমগী ইমুং অমদি মরিমতাশিংসু অশোই অঙাম য়াওরমদ্রে। অদুবু মাগী থৱাই ওইনা খঞ্জরম্বী অমিনাখোইগী ইমুংদি তুম্না মাংলম্লে। হৌজিক্তী সুনামিনা মাংহনখ্রবা লমদম অদুদা অমিনাগী অহিংবা শক্তম অদুদি উবা ফংখিদ্রে। লৈরোল চনখ্রবী অমিনাবু নীংশিং নীংশিং অনুতাপ ওইরকপনা মাই পাক্লগদবা পুন্সি ওইরম্লীবা ইব্রাহিম্না ঙসি করি ওইরকপা ঙক্লীংঙাইনি। উপাই লৈত্রবা ইব্রাহিম্না মাগী মমা মপানা মাগী পারিক্ষা তৌরিবগী মতম ওইবনা মহাক্কী ষ্টদিদা অকাইবা ওইগনি খন্না অমিনাগী শিবা নাবগী পাওদু নমশিল্লগা লান্না পাও থারকখিবা অদুনা ঙসিদি মাগী থৱাই ওইজরিবী অমিনাগী অহিংবা নুংশিরবা শক্তম অদু উবা ফংহনখিদবনি খল্লুবদা ইব্রাহিমদু অঙাওবগী মতৌগুম লেল্লক্লে। মখোয় অনিগী নুংশি নুংওন কয়াগী ৱাখলদা অঙাওবা শক্তম লৌরদুনা ঙসিদি হেক পোকপিবা মমা মপাবু মীরাইনা থাবল ফরবা অহিং কয়াদা সমুদ্র তোর্বানগী লৈঙোই মথক্তা খুউ যুম শানা ফল্লদুনা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগী ঈশিংগী ইথক অচৌবা কয়াবু য়েংলগা মীৎলু পিরাং অরৎপা লৈহন্দনা কপ্লী। তশেংবসু নেচরেল কলামিতি কয়ানা পুন্সি কয়াদা শাথিবা চৈনা পিদুনা তেংথা নাওইহল্লী অমদি কয়া অমুক ৱাহল্লী। অমরোমদা নুংশিবা কাইনবগী তেংথাসু মশিং খঙমদনা লৈবনা মীওই কয়া অমগী নীংবা কাইবা অমদি পুন্সিবু অৱাবা মশক অমা ওইনা হিংহনবা কয়া অমনি। অদুবু

এক্সেপসনেল কেশ ওইনা ইব্রাহিমদি অমিনাগী অমদি মাগী নুংশি চৈনানা হৌখ্রবা নুংশি ঝারী কয়া কয়া কাওওমদনা থাবল ফজরবা অহিং কয়াদা ঝাখল চোইরবা মী অমগুম্না সমুদ্রা তোর্বনগী লৈঙোই মথক্তা অমুক কপ অমুক নোক্কুনা লেন্দুনা লৈরি।

## অফবা ছাত্র ছাত্রীনা

জয়দু মহৌশানা মোনিং ব্রাকিং চৎপগী হৈনবী লৈরকপনা ঙসিসু অদুমক চৎলি। মহাক্না ব্রাকিং চৎপদা খবরসু অদুম লৌরকই। হৈনবী অমা ওইখিবনা ঙসিসু মহাক অদুম ব্রাকিং চৎলি। জয়না অযাম্বা মতমদা মঙোন্দাগী চহি খরা নৌবা সুরজবু ব্রাকিং চৎপদা থেংনবদা তরাম তরাম্না কৌনৈ। মরক মরক্তা লেপ্তুনা নত্রগা চৎনা চৎনা ব্রাবীসু তৌনৈ। করিগুম্বা মতমদা সুরজগী মচল নুপী থোইদোক হেন্দোক্না নিংথিজনা শকহেনবী, মশা থারপ চুং ফিবাল চানা কুচুনা লময়ৌনা ঙৌনা রাসি লৈনা ফজরবী ছাত্রী ওইরিবী তনৌববী কলপনাগসু মরক মরক্তা জয়গা ব্রাকিং থেংনবা কয়ারক য়াওই। জয়না কলপনাগী নুপীমচা অমা ওইনা ফজবদু কয়ারক থম্মোই তানা য়েংজখি। মতৌদু খঙলবী কলপনানসু জযদা হুরপ হুরপ য়েংজে। জয়দু মতু মচা থিরবা অঙাং লৈরবা মীওইনি হায়বসে কলপনানসু খঙদবা নত্তে, অদুম্নমক জয়গী শর্দিংগী লমচৎ অমসুং ফজরবা শক্তম অদুদগী নত্রগা করম্বা ব্রাখলদগীনো খঙদে, কলপনানা জয়বু য়েংনিংবদু হেল্লকপগুম্না ভৌরকই। করিগুম্বা জযনা হায়রপ মীচিনা য়েংলম্লগা মখারোমদা হায়থখিবদা অব্রাংলোমদা লাক্লম্বী কলপনাদু মখারোমদা অমুক হেক্তা লাকই। য়াম্না কন্না য়েংলুদ্রবসু থম্মোই হুনা য়েংলম্লগা কলপনাদু অদুমক চৎখি। মতৌ অদুদা জয়না মথম্মোয়দা নোকচখি। অদুম্নমক অসুম্না তৌনরকপনা জয়গী ব্রাখলদা চহি য়াম্লবা মতম অদুদা যবনগী ইপাক্তা তাওথরকপা মতৌদা কলপনাদা অপান্ননা মীৎয়েং থম্লকই। নুংশিবদি মিৎতাংবনি হায়বা মতৌ লৈবনা কলপানানসু জয়গী মীৎয়েংদা নত্রগা অচম্বা শাজৎ অদুদা য়েংনিংবা উনিংবনা

*ঈশ্বরগী শক্তিনা*

অমদি মাগীসু মশাগী শক্তেলগী ব্রাকিং ওইনা মবক মরক্তা চংলকপনা অদুমক লাপলপ লাপলপ অনিদু হুরান হুরান য়েংনবমই। পেন্দ্রবা মতৌ অমগুম্না কলপাননা হুরাপ হুরপ য়েংলকপা মীংয়েংগী মখাদা ঙসিদি অহল হায়রপ ওইরবা জয়গী মীৎমাংঙদা নিংথিজরবী শকহেনবী ইনখৎলকপগী মঙালগা থোইদোক্লা নিংথিজরবী তনৌববী ছাত্রী ওইবিবী শুমহৎলবী কলপনাগী নুংশি শক্তমদু তৎতনা উরকপনা ককঙাওনবকই। অদুম্নমক খাঙবা য়াবা ইমুং মনুংগী ব্রাখল কয়ানা কন্না খাংজনবা হোৎনজৈ। অমবোমদা কলপনাদি চৈনা অদু খাঙনবা কাহেনবা উপাই লৈতবনা মবোল থোকত্রবা নুংশিবা অদুগী ব্রাখলদা মঙলান কযাদা তাওথখিদুনা হান্নগী মাগী শাজত্তা লিচৎতা অহোংবা অমা লাকপদু মশামক্লা খঙজবকখি। অদুম্নমক ইমুং মনুংদা খঙখিদনবা কন্নদি চেকশিনজৈ। অনি অদুমক্লা মীযাম্নদি খঙনদবা মীংয়েংনা লোন্না লোন্না যেংননা মবোল লোন্নবিবদুগী অর্থদা মীংযেং অনিদুনা তৎতনা গম গম থেংগইনবকপা কযাদা থম্মোই অনি অদু শ্বাই শ্বাই লাওননা হুমাং কাংনজবি। অদুবু নকশিন্নদুনা ব্রাবী ব্রাতাই শান্নবদি থা অহুম মবিবোম ফাবক্লবা ফাওবা তৌনজদ্রি। জয়নসু নত্রগা কলপনানসু মবোল থোক্তদ্রবা নুংশিবা অদু ওইববোইদবনি. ফংলবোইদৌবনি অদুগুম্বা নুংশিবা অদুনা থম্মোইদা মৈচাক পুন্ননবনি কান্নববোইদৌবনি হাযবদি অদুমক মখংনবগুম মতৌনবি। অদুমকপু মবোল থোকত্রবা নুংশিবা অদুগী লংলা অমনা অনিমক্লা অমনা অমগী ব্রাখলদা থাদোকহন্নীংলবসু থদৎপদি ইঙম ঙমদনা পুনশন্দুনা থম্বগুমদি অদুমক মতৌবি। হৌজিকসু লাপলপ লাপলপ হুবপ হুবপ ব্রাকিংদা যেংনবদি লেপত্রি। অনি অদুগী থম্মোই থম্মোই অদুনা উক উকবা তাক তাকবদা পুক্লুংদা নুংশিজদুনা মথমোইশিংদু পেৎথনবকপা কযানি। জযদু মাগী নুপী অমদি অঙাংশিংগী ব্রাখল অমদি ইমুং মনুংগী চাবা থকপা, লাইবিক লাইশু তম্বা অমদি লৈতবা লাযববগী মবাংজববসু অচিকপা মতম কযাদা নুংশিবগী ব্রাখলদু খাঙমলকত্রদুনা মখুৎ লোন্নজবদুনা ঈশ্বরদা মহাক্লা নহা ওইজবিবী ফজববী ছাত্রী অদুবু নুংশিবনা থম্মোইদু নুংওলনা খাঙমদনা চাক্লীবা মৈচাক্তু খাঙবা ঙমজনবা প্রর্থানা তৌজখি।

অসোমদনা ক্লাস তুবেলপকী পবিক্ষাদা সেকেন্দ দিভিজন্দা পাস তৌবক্লবনা কলপনাগী মবুং অমদি মপাবুংনা কলপনাবু পুনেদা বি. এস. সি.

তমহন্নবা ব্রা তান্নরক্লে। কলপ্নানসু মওল মওল খল্লক্লবা মতুংদা ময়ান্বুং মপাবুং অমদি মমাইবেম্মনা তাকপিরক্লীবা য়াথং অদুগী মতুং ইন্না মহারাষ্ট্রগী পুনে সিটিদা বি. এস. সি তম্বদা অয়াবা পিরকখ্রে। ঙসিদু কলপনাদু ব্রাকিং অদুমক লাকই। লাপলপ্পা জয়না লাক্লিবদু মহাক্লা উখি। মমৈদা অব্রাংলোমদগী মমাই লৈরক্লুনা চাওরবা থোং অদুগী ফুটপাৎতা চৎলকই। মমৈদা মোমোন্ননা থোং অদুদা ঈশিং পুরিবা পাইপ অদুগী মথক্তা শান্না শান্না চৎপা হৌরকই। মতৌদুদা জয়দু তপলপ্পা তুংদা লাপলপ ইন্নরকই। থম্মোই অনিদুনা ব্রাহং পাওহং হংনিংবা খঙনিংবগী মতৌদি মতৌনরগা লম্বী ময়াদা মীওই খরা লৈনরিবদুগী ইকাইবনরা ব্রা লাং ঙাঙননিংলবসু ঙাঙনবা ঙমদবা মতৌদা য়েংনরমবদগী লুলুক্লরম্লগা চৎনখ্রে।

নুমিৎতুগী অয়ুক পুং মাপললোমগী অদুব্রাইদা জয়দু মফি মরোল নান্না শেৎক্লুনা ইম্ফালদা চৎননবা পার্কিংদা থোরকই। মহাক্লা ফার্মসি অমদা মরুপ অমগা ব্রারী তৌনরম্বদগী হায়দোরকপদা মারুতি অলতো অমা খাল্লীবদুগী মনাক্তা মনাও সুরজগা গম হেক থেংনৈ।

'কদাই য়ৌগদৌরিবনোনে সুরজ'।

'তামো, ঐগী ইচলসে পুনেদা ফ্লাইটতা থিনগদৌরিবনি মহাক, পুনেদা বি এস সি তমহনগে তৌবনি'।

'লাইরিক ফবা, অফবা ছাত্র ছাত্রীনা অফবা মী ওইবা হায়বসে শোয়দ্রবনি, কন্না চেকশিন্না হোৎনহল্লু'।

অসুম্না হায়রম্লগা কার অনুংদা ফল্লীবী কলপনাদা হুরপ য়েংলম্লগা জয়দু থুরপ চৎখি। সুরজনা মোমেন্ননা 'হোয় হোয় তামো' হায়রম্লগা কার অদুগী থোঙ অদু হাংদোক্লগা থৌননবা ফমথখি। জয়গী মমল য়াম্লবা অর্থ লৈরবা ব্রাহৈ অদু কলপনানা তশেংনা তাজহৌখি, থম্মোই চাওথোকচখি। হৌজিক্তি কার অদু এরেদ্রেমগীদমক খেংশানখি।

ঙস্নিগী অয়ুক্কী ব্রার্কিংদা জয়না মহাক্কী মমিৎ অদুনা কোইরৈ লৈদুনা য়েংজরবসু কলপনাদি উবা ফংখিদ্রে। নোংমা নোংমগী মহাক্কী ব্রার্কিং খোংচৎতা তথক্লবা মমিৎ অদুনা থৌরাংনা কলপনাবু কয়ারক য়েংজখি। অদুবু কলপনাবুদি উবা মরৈখিদ্রে। মথম্মোই অদুদা মতা অমা ওইনা চাকচরদুনা নিঙমদবা কয়ানা মিৎলু পিরাং ফাওবা তাগে তৌরক্লবসু মঙলান্দা উবা নত্তনা কলপনাগী ফজরবা তশেংলবা শক্তমদি উবা মরৈখিদ্রে। হৌজিক্তি চহি অমুক ফাজিল্লক্লে, ঙস্নিসু

জয়না অয়ুক্কুদা ব্রাকিং লাকপদা কলপনানা ব্রার্কিং লাক্লিবদু উরকই। জয়না য়াম্লা চঙকননা ইখৌ লাংনা কলপনাবু য়েংজখি। কলপনানসু মাইথোং লুকলগ্ন া চংনা চংনা হুরান হুরান জয়বু নুংশিনা য়েংজখি। অহোয়ননা জয়দু ব্রাকিং লাকপা অদুদা নুংশি ইখৌ লাংনা কলপনাবু নুংশিজবনা মতা অমা ওইনা ককঙাওনরকপদদি কলপনাবু উখিদ্রে। কলপনাবু নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা উরকখিগনি মতৌগুম ঙসিসু জয়দু ব্রার্কিং চংলি। অদুবু ইখৌ লাংলবা থম্মোই অদুনা মতম কুইনা উরুদ্রবা, শক্তম অদুনা হন্দক্তা নৌহৌননা উখিবদুবু মঙলা হারা খঙলুদ্রে, থম্মোইদুনদি মকা ফন্না হরাওজরুখিবনি। অদুবু মঙগুম্বা মতৌ অমনি খনবা তাখি।

মতম খরা নৈরগা জয়গী নুপী সায়াদু অকবা লায়না অমনা কন্না নারক্লে। নৈজদ্রবা জয়না মচল মচেগী মতেংগা লোয়ননা অনাবা অদু কন্না লায়েংদুনা হোংনজরকই। মহাক ব্রার্কিং চংখিদ্রে। লুপা কয়া তিংনা কন্না লায়েংদুনা হোংনজরবসু অনাবগী ফিভমদি ফগৎলকপা মরৈখিদ্রে। ঙসিদি জয়গী নুংশিজরবী নুপী সায়াদু পিক্লীবা নুপীমচা অমগা নুপামচা অমগা সংসার অসিদা হুন্দোক্লম্লগা কপ্পা লাওনবা মরক্তা সংস্কাব তৌদ্রে।

ঙসিদি মাগী কোর্স লোয়বদনা কলপনাদু মযুমদা হরাওনা থুংলরে। মপাবুং অমসুং মবুংনা ঙন্না ইরুজদুনা ফিঙৌ ফিজোল শেৎতুনা চংকদবগী থৌরাং তৌরিবদুদা 'কনাগী কর্ম চংকদবনো' হায়না হংজরুই। ময়াম্বং অদুনা 'মাগী তামো জয়গী নুপী সায়া নৈখিদবগী চহিগী কুমওন ফিরোই থোক্লী অদুগী চংননবা শেম শারিবনি' হায়বিবক্লে। কলপনাগী মিৎলুদগী খঙহৌদনা পিগী ইরা ইহৌরকখি। ব্রা অমুক হন্না ঙাঙলমদনা ইমুংদা চংশিনখিদুনা ফমুংদা ফমথরগা জয়গী পুক্নিগীদমক্তা ব্রাবিখি।

মতম কয়া ব্রর্কিং চংলুখিদ্রবগী মতুংদা জযদু ঙসিদি ব্রার্কিং লাক্লে। কলপনানা মতম কয়া উনরুদ্রবা অব্রাবা মৈচাক পুরবা জয়বু মখোয়গী বিল্ডীং মথক অদুদা লাপলক উরুবদা খাঙমদবা থম্মোই অদুনা লেপ্পা ঙমদ্রদুনা মখারোমদা কুমথরক্লে। জযবু লম্বীদুদা করিনো অমা হায়নিংবগুম নুংশিনা য়েংজদুনা ঙাইবগুম তৌবিবদু জয়না উখি। মুন্না য়েংদুনা কলপনানা নৈরকপদুনা কৌ লাংদা য়াদ্রদুনা জয়না কলপনাদা 'নঙগী কোর্স লোয়রব্রা?' হায়দুনা হঙলকই। কলপনানা 'লোয়রে' হায়দুনা তপ্পা খুমলকই অমসুং মখা তানা কলপনানা 'মাগী তাদা জয়না পুক্নিদুগী অব্রাবা ময়ামদু থাঙবা ঙন্নিব্রা' হায়না

হঙজবকখি। জয়না 'মাগী পুক্সিদি অৱাবগী, নিংবা কাইবতগী মপোক্লি, অৱাবা নিংবা কাইবা কয়াদবু খাঙদুনা অসুমক মপুক্সি অদু লেললকবনা মাগী পুক্সিদি অমত্তা অমহানি' হায়না পাওখুমখি। মতম অদুদা কলপনানা য়াম্না যৌবাংনা ইনম্মা অমতংদি থিদুনা নুংঙাই যাইফনা পুক্সি অদুদি হিংথখিবদি য়াবি' হায়না হায়জখি। মখা তানা কলপনানা 'মাগী অৱাবদা শকক য়ামিন্নগে হায়দুনা মহাক্কীদমক্তা কনাগুম্বী অমনা লেপললকবদি মদুদা জয়না ঙাকপা ঙন্নবোইদ্রা' হায়না হঙজবকখি। অদুবু লুলুকনবিবা জয়না শেংলবা গঙ্গাগুম্বা কনাগী ইচেলবু চনৈনববা ইচেল অসিদা তিলহন্দুনা চমোংনবা ইচেলসিদা পুনশনহনবা পামদ্রে' হায়না হায়জবকখি। মতুংদা জয়না কলপনাবু যাম্না নুংশিনা য়েংলগা 'মীগী অৱাবদা মশাবু কৎথোক্তুনা মাংমিন্নবা হায়বদু ঙসিগী সমাজ অসিদদি অতাংবনি, অদুগা তাংসু তাংহন্নীংই। নঙবু অফবা ছাত্রী অমনি অচুম্বা অফবা তুংগী যুম্বীবেল অমা ওইবগী নথৌদা পুক্লিং চংনা অফবা নুপী অমা ওইগে হনগদবনি। অফবা ছাত্র ছাত্রীনা তুংগী অফবা মী ওই, শোযদনা ওইফম থোকই' অসুম্না হায়বন্নগা লুকলপ্না লোংনা পিবাং তৈথোকচবগা জযদু চৎখি। চৎখ্রিনা থম্মোইগী মবুংঙো অদুনা মপি লোন্না তৈথোক্না চৎখ্রিবদুনা থম্মোইদু কাইনা কলপনাগী মিৎলুদগী পিবাং শিম্হনখি মহাক তৌফম খঙদনা যুমদা চংলকখি। মখোযগী তুমফম কা অদুদা মমা অশোনবী অদু ফমুংদা পোত্থাদুনা লৈবমই। মমাগী তুমফম অদুদা দক লাউনা ফমথবগা হিপথবকই। মমাগী মাইথোং অদুবু মুন্না য়েংলগা হায়জবকই 'ইমা, অফবা ছাত্র ছাত্রীনা অফবা মী ওই, শোয়দনা ওইনৈকো'। মমাইবেম্মদুনা মচাগী মাইথোং থাজবু নুংশিনা য়েংলগা তপ্না হায়বকই 'ওইদদি কৈনো', নঙসু অফবা ছাত্রীনিনা অদুমক অফবা মী হায়বদু ওইবা তাবনি'। মমাদু তপ্না চৌগৎখিদুনা মপান্দা থোকখি। ফমুংদুদা কলপনাদু লোংনা হিপথবগা খোঞ্জেল থোক্না মথক্তা লাওনা হায়বকই, ইমানসু চুম্মী হায়বি, অফবা ছাত্রীনা অফবা মী ওই অদুমক ওইবা তাবনি', অসুম্না হায়বন্নগা কলপনাদু লোংনা হিপলম্বদগী তপ্না তপ্না চেপথবকই, মুকম মুকম শোল্লকই, 'মহাক্কা কুইনা উনকদ্রবা মতুংদা মহাক্কা নৌহৌননা উন্নজবকপদা মহাক্না যাম্না ঙকচাননা ঐঙোন্দা য়েংজবকখিবা মাগী মিৎযেং অদুবুদি ঐগী ইমিৎ অসিদা তৎতনা উবক্লি, ঐগী থম্মোইসে মাগী নুংশিবনা ফাজিনখিবগুম খাঙমদনা চাক্লকী, ইমা ই: ই:' অসুম্না মবাল লৈজদ্রবা মীৎলু অদুদগী পিবাংনা ইফুৎকী মতৌগুম শিম্বক্লী।

### *ঈশ্বরগী শক্তিনা*

# মেরিনা

মতম অমদা কির্নিঙাই ওইবা টেবে'বিষ্টকী খোঙথাং অমদা ভাবতকী খ্বাইদগী নহা ওইবিবা ইকাই খুম্নজববা প্রাইম মিনিষ্টব মিং ওইনা পঞ্জববদা শ্রী বজিব গান্ধিবু থৌবম অমদা লোমগী এটেক অমনা চেন্নাইদা খঙহৌদনা হাৎখিবা নুমিৎ অদুদনি। মহাকপু বোমগী এটেক অদুনা মফম মবাং হঙদনা লৈখিদ্রে হাযবদু হুদক্তা মহাবাষ্ট্রগী মুম্বাই সিটি অমদি অতৈ সিটি মকওইনা পুনে সিটিদসু তানবক্লবা মতম অদুমক্তদা মহাবাষ্ট্রগী সিটি কযাদা সিব সেনাগী বাজনীতিগী পার্তি অমদি ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস পার্টিগী মেম্ববশিংগা মবক্তা মফম হঙদনা মৈশা লাংনবকপদগী মহাবাষ্ট্রাগী সিটি কযাদা খুৎ থোক্ল বক্লুবা মমল যাম্লা যাম্লবা কাব কযা নুঙনা অমদি হুৎলাইনা সিটি হবদা কয়া থুগাইনবকখি। পুনে সিটিদা মতম অদুদা কাম্মিব এপল হবা লৈজবিবা এঙ্গলো ইন্দিয়ান কোলেজ অমগী প্রোফেসবসু ওইবদবী নুপীলক্তগা থোইদোক্লা নিংথজলবী মেবিনাদু হংপা পাহৎতুনা মহাক্কী কাব মনাক অদু ফৌঙমদনা মফম হঙদনা চেল্লকপদা ঈশ্বরগী লেংদমদগী মপা ইবুংঙো সুধিবগা মাগী লবদা মযুমদা থুংলখি। মপা ইবুংঙো সুধিবন মচানুপী অদুনা মহাক্কী মমল যাম্লবা কাব সকোদা ফেবিয়া অদু মফম হঙদনা হুন্দোক্লম্লগা অমাদি 'কবব' থৌদোক অদুনা মিপাইতনাখিবনা মশাদু নিক্লা কিনা ফমুংদা যাতাবিবা অদুদা 'মপাইদনবা' থেম্জিনজে। কাব অদু মাঙলেই ঘটনা অসিগী

ফিভম্না ইংথরক্লবা মতমদা পুনে পুলিস্তা রিপোর্ট পিদুনা অমসুং কার অদুগী খোঙ্গুল লিদুনা শোয়দনা ফণ্ডগনি হায়দুনা থেমজনখি। অদুবু লুরিবদি ইরাং অদু কন্না শাগৎলকপদগী কার মমল য়াম্লা য়াম্লবা কয়া রাজনিতি মশেল মরক্তা শাওনরকপদগী থুগাইনখিবগী পাওদি নুমিদাং অদুদা টি ভি দগী তারক্নী। মতৌ অদুদা মশা থকৎখিবদগী মিহুন চেংগা চেংগুম্নরবা মেরিনাগী থম্মোইনা কার অদুমদি ফংগদৌবা মান্দে অদুবু মপুঙ্গি অদুমদি হিংলে খন্না ল্লাখল খরদি ফাথনবা হোৎনজৈ। মপা ইবুংঙো অদুনদি মহাক্কী কার সকোদা ফেভিয়া অদুসু শোইদনা ফংহনগনি অদুগা ইবাং অদুসু ইকুই কুইদনা নেমথরক্তুনা নেনা অমুক হন্না তারকতুনা হান্নগুম্না ইংনা চিক্লা লৈবকখিগনি হায়দুনা কন্না থেমজনখি। অদুবু জ্ঞান লৈরবী শকহেনবী প্রোফেসর ওইরিবী লৈশাবী মেরিনানা তুমিন্না খাণ্ডবা নত্তনা উপাই লৈখিদ্রে। মবমদি ফিভম অদুদা মহারাষ্ট্রগী সিটি কয়া পুনে সিটি য়াওনা নুমিৎ ৭ নিগী র্কফিউ থমজিনখিবগী পাও অদুদগীনি।

ঙসিদি র্কফিউ নুমিৎ ৭ নি থম্লুরবা মতুংদা মহারাষ্ট্রগী সিটি কযাদা র্কফিউ থাদোক্লবগী পাও তারক্লে । মপা ইবুঙো অদুনা র্কফিউ হেক থাবগা পুনেগী সিটি পুলিস হেড ক্বাটরদা থুনমক চৎতুনা মহাক্কী নুংশিজরবী মচানুপী অদুগী মমাংদা খণ্ডহৌদনা থোকখ্রিবা থৌদোক অদুদা মাণ্ডখিবা কাব সকোদা ফেবিয়া অদুগী মতাংদা অকুপ্পা রিপোর্ট পিদুনা কাব অদু ফংননবা থিবিনবা হায়জখ্রে।

অসোমদনা শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাইদগী বনবিরদু মহাক হৌজিকমক পুনেগী ফ্রাবোক্সন কোলেজদা বি এ সি দা তম্লীবনি মহাক্লা ল্লাংখৈদগী মরুপ এস কেগা পুনে সিটিগী ষ্ট্রিট টি ভেন্দব অমদগী চা থক্লমবদগী শকহেনবী মেরিনাবু উরুবদগী ঙাওগ্রবা রনবিবনা খাঙমদনা য়েংলকখিবদা নত্তনা মহাক্লা চৎলিবা খোঙথাং অমদি খোঙচৎপু মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলম্ব্দগী নুমিৎ অদুগী খণ্ডহৌদবা ইরাং অদুদা কার অদুমকপু শোগা লোয়নননা থুনা লাক্লদবা মওংদা থনম্লগা ইপা পাখৎনা খংচেন চেনখিদুনা কার অমদা তোংদুনা চৎখ্রিবদু শেংনা উহৌবনি। ইবাং অদুদা নুপীজা ওইবনা পাখৎখিদুনা মশাগী কারবু থওইদনা মেরিনানা চৎখ্রবদা মাগী থম্মোইনা খোইদাজবা ওইখিবনা মেরিনাগী কার অদুদা য়েংলুবদা শো অদুসু য়াম্দুনা

লৈরম্বা অদুদা মীনা মফম খঙদনা কার অদু পুখিবা য়াবগী মতৌ লৈবদগী অমদি থুগাই খোংকাইবা থোক্লবা য়াবনা রনবীরনা কোন্না হয়েং নোংমা থিরগা পিবিরগে খন্দুনা মশামক্লা কার অদু থৌদুনা ফ্রাবোক্সন কোলেজগী মাগী হোষ্টেলদা থৌজিল্লকখিবনি। অদুবু কর্ফিউ অদুনা নুমিৎ ৭ নি লৈখিবনা খাঙমদনা মহাক্লসু লেল্লকখিবনি। ঙসিদি মশামক্লা কার অদুমক থৌরদুনা পুনে সিটিদগী মুম্বাই সিটিগী মফম কয়াদা মরুপ এস কে গা কোইমিন্নরুরবা মতুংদা মুম্বাইদা ফোংবা পেপর অমদা কার অমা লৌশন্দুনা লৈরে মপুনা মতিক চাবা প্রমান পিরগা পুনেগী ফ্রাবোক্সন কোলেজগী বোইজ হোষ্টেলদগী লৌবিরবা য়াগনি হায়দুনা মমিং মথানচিংবা হাপ্তুনা ফোংহন্নবা পৈশা পিদুনা ওর্দর তৌখ্রে।

মথং নুমিৎ নিনিশুবগী অয়ুক্তা ফ্রাবোক্সন কোলেজগী প্রিন্সিপালগা লোয়ননা মীয়াই ওইবা অহল অমগা লৈশাবী শকহেনবী মহাক্লা মাঙজৌননা উপ্তবী কার অদুমক্কী মপু অদুবু পিন্সীপালনা লুচিংদুনা বোইজ হোষ্টেল তম্না চংলক্লুনা রনবিরদা মশক তাক্লরে। নুপা অদুনা লৈশাবী অদুগী মপানি ইঞ্জিনিয়ারনি সুখির কৌই, অদুগা নুপী অদুনা মেরিনা কৌই ব্রাদিয়া কেলেজগী প্রোফেসরনি মমানা ফ্রেন্চ নিংঙোলনি, এঙ্গলো ইন্দিয়ান্নী। বনবীরনা পেপবদা লৈরে হায়বিবা সকোদা ফেবিয়া কার অদু মেরিনাগী তশেংবনি হায়না প্রমান পাষ্টেগা লোযননা হায়ররে। মরম পুম্নমক চুম্নরবদা বনবিবনা মেরিনাদা কার অদুগী শো খুৎশিন্নখি। লুপা লিশিং ১০ খক অব্রামন ওইনা পিজগে হায়জবে অদুবু রনবিরনা লৌ হাযবদুদা য়াখিদ্রে। মেবিনা মশামক্লা ফওবা হাযজরবদা যাদ্রবদুদদি প্রিন্সিপাল অদুনা লৌশল্লে হায়রকপদগী যানিংদা য়ানিংদা বনবিবনা পৈশা অদুমদি লৌশিলহৌরে।

নোংমা নোংমাইজিং অমদা এম জি রোডতা মেরিনানা কাব অদু নাইতোম থৌদুনা লাকপদা রনবিরনা খোঙনা চৎলিবদু উবদা কাব অদুদা কাখৎলক্লো হায়দুনা কার মনুং অদুদগী যাম্না থৌরাংনা হায়জরক্লে। রনবিবনা ফনা য়ানিংখিদবনি মরমদি মহাক্ল মতম অমদা মথম্মোইদা তাইওন্নবা অশা অমা তৌরুবে মদু মহাক্কী অরানবনি। মহাক্লুম্বা থিক নেম্বা অমনা হায়াব ব্রুইমেন অমদা অশা তৌরুরিবা অদু লৌশিংতা খজনা থিবগুম্বনি। অদুবু নুপী অদুগী অনম কনবগী মতৌনা রনবিরদু কাব অদুদা কাখৎতবা য়াদ্রদুনা

কাখৎচরে। অনি অদু অচম্বা ৱারী কয়া শান্নজে অদুবু রনবিরনা নুপী অদুদা করিগুম্বা নুংশি নুংওনগী ওইবা মতৌদগীদি লাপ্পা লৈত্রে। অদুম্মক পাখং লৈশাবী অনিদুমক্কী থম্মোই থম্মোইদা চেংনা নুংশি অশা থম্নদবদি নত্তে। অমরোমদা নুপা অদুগী চাইনিজ মানবা নিংথিজরবা শক্তম অদুতা নত্তনা চম্ন া লেনজবা পুক্সি অদুবুদি পুক্সিগী কাওঙন্নরোইদবা মতৌ মেরিনাগী ওইজখি। রহুল থিএটর ময়াগী রেষ্টোরেন্ট অমদা মেরিনানা কোফি থকখিসি হায়বা ফাওবা রনবিরনা 'এক্সকুইজ মী' হায়দুনা নাম্থোকখিবদুনা মেবিনাগী থম্মোয়দা মৈচাক ফংহনখি।

নোংমা শিবাজি রোডলোমদগী বনবিবনা এস কেগা লোয়ননা খুদৈ শেৎপা শান্তিবু নমদুনা পুদুনা অলানকাব সেনেমা হোলদা নুমিদাং পুং ৯.৩০ গী সেনেমা য়েংলখি। সেনেমা হাল্ল থারকপদা হোল মনুংগী দুকানশিং অদুদা শান্তিবু থমস অপ থক্লনবা পুথোবক্লুনা দুকান অমদগী অহুমদু থমস অপ থকমিন্নে। হোল্ল অদুদা তিল্লিবা ভাবক কয়ানা খুদৈ শেৎপা নুপা অমা উবদুদা অনৌবা মখলগী ফি খুৎশেৎ অমা ওইবগা লোয়ননা খুদৈ অবাংবগী ফজরবা অবংবা য়াওবা লাংনা ফজবা মচু অদুগদা মিৎ কুপ্তনা য়েংননা লৈনবা য়াওনখি। তাঞ্জা অদুমকপু উজরবী মেরিনানা তাঞ্জা অমা লৌরগা মৈতৈ মচা অহুম অদুনা থমস অপ থক্লীবা মফম অদুদা চংলক্লুনা অচাপোৎ লৈবদুনা বনবিরদা মখোযগী মমান্নবা অদুনা শেৎলবা ফি অদুগী ফজবা মশক মতৌ অমদি খুৎশেৎ অদু কল্লকচনা তমজে। রনবিরনা করিগুম্বা মহাক্লা মণিপুবদা চৎপদা শোয়দনা পুজরক্কে হায়জে। মতম অদুদা লৈশাবী খরনসু পাখং খবনসু মখোয়গীসু শোযদনা য়াওবিবকউ হাযদুনা মশা মশাগী মোবাইলগী নম্বর অমদি এড্রেস পিনবকই। মেবিনানসু য়াম্না নুংশিনা অমসুং পামজনা মাগী এড্রেস অমদি মোবাইল নম্বব পিজখি। অদুম্মক মহাক্লা অদুক থম্মোই শোক্লা বনবিবদা পুক্লিং চিংশিনজবা অদুবুদি রনবিরনা কবিসু থৌশাদবগুম্না তৌখি। মতৌ অদুমক্লা রনবিববু থম্মোই শেংনা নুংশিজরুরবী মোরনাগী মিৎম্না অদুদগী ইরা চেনখিদবা নত্তে।

মযুমদা নাল্লবা ফমুংগী মোস্তেক মোন্দুমদা হিপ্লবসু বনবিবতগী অশাদা ককঙাওনরবী মেরিনানা রনবিরনা মহাকপু করিমতা নুংশিবিদবা অমদি মাগী শেংলবা থম্মোইবু ইখঙ খঙবীদবগুম তৌরিবা কয়া অদুনা মথম্মোইদগী

খাণ্ডমদনা ইম্বোরকপা পিবাংনা মিম্নাদুদা থোবক্তুনা মবাল লৈজদ্রবা মিম্না অদুদগী পিবাং কয়াবক শিম্খখি। কবিগুম্বদা ফ্রাবোক্সন কোলেজদা থওইনা চৎতুনা মাগী মরুপ কেমেষ্ট্রিগী প্রোফেসব গুপ্তগা চম্না কান্টিন্দা কোফি থকমিন্নজে। তাঞ্জা কয়াদা বনবিবনা যৌদৌ অদু কান্টিন্দা উখিদবা নত্তে অদুম্নমক কৌ লাংদুনা তৌখিদবা মতৌ অদুমক্তা মেবিন'গী থম্মোইবু তৎতনা ব্রাহনখি।

নতম খবা লৈবগা বন'বিব মণিপুব যৌখ্রে হাযবা তাখি। মোবাইল নম্ববসু খণ্ডলিবনি অদুগা কন্টিন্দসু অমুকলক অনিবক থেংনখ্রবনি অদুবু মহাক মণিপুবদা চৎলানি হাযবা ফাওবা খণ্ডহল্লমদে। মমৈদ' বনবিব মণিপুবদগী পুনেদা হল্লক্তুনা মণিপুবগী খুদৈশিং অপাম অপাম্বা মীদা যেল্লে তাৎকখি। মহাকসু খুদৈ হাযবা মণিপুবগী ফি অদু পামজবা অমনি হাযদুনা মাংগুজৌননা হায়জখিবনিনা ফ্রাবোক্সন কোলেজদ' বনবিববু থিজবকই। মমেদা 'ইহে' হাযদুনা কাওশন্নবা শাদুনা 'অমদি লৈবিবনিহে মদুসু মমান্নবা অমগী খাকপনি পুবোসে' হাযদুনা পিশল্লকই। মতৌ অদুদা মেবিনানা লৌনিংখিদ্রবনি অদুবু তঙাইফদবদগী লৌদি লৌবে। মেবিন'না নোংমতং মফম অমদা কোফি থকমিন্নদুনা ব্রাবী শাসি হাযজবকপদু বন'বিবনা ব্রেল কম তৌখিদে। পবিক্ষা মযানি হাযদুনা নোকশন্নবগা কাইননবা হাযজবকখি

ভাসিদি পবিক্ষ' লোযববা মতুংদা মরুপ এস কেনা বনবিববু মণিপুববোমদা হনখিনবা থিন্দোবক্লে। পাও অদু মাংজৌননা ফংলব' মেবিনাসু এবেন্দ্রোম অদুদা থুংলবে। মেবিনানা পিবাং পিবোইননা 'চৎকনি হাযবা ফাওবা তাক্লীংদবনিনে' হাযনা হাযজবক্লবদা বনবিবনা 'ঐগুম্বগী পুম্পিনা নঙগুম্বী অমা ফংবা হাযবসে ঐগী লাইবক্তা ভল্লবোইদবনি ঐদি লাযববা ইমুংগী তোল্লবা মীওইনি', হাযবল্লগা এবোপ্লেন মথক্তা কাখৎখ্রে। মথক্তগী অবোইবা ওইনা 'বাই তৌবকপদদি মেবিনাগী মিৎলুগী পিবাং কংঙমদনা লেপ্পীবদু উবকই। মতৌ অদুদা বনবিবগী মিম্না অদুদগী শিম্বকপা পিবাং লোৎনা তৈথোকখিবদু মেবিনানা উবা ফংখি।

# ঈশ্বরগী শক্তিনা

অমেবিকাগী সেনিযাব সাইন্টিষ্টশিংনা যাম্না কুপ্ন' খন্না নৈনববা মতুংদা অমেবিকান কংগ্রেস অমদি প্রসিদেন্টকী অযাবা লৌবগা, মতম খবা চংলবসু চংনা মখোযনা ১৯৬৯ গী জুল'ই থাদা, মীওইবা অহুম থ'গত্তুনা থাগী লৈমাইদা মাইপাক্লা খোঙদহনখ্রবা মতুং অসিদা থাগী লৈম'ইদা স্পেস বিস'র্স সেন্টবগী ট'উন মচা' অমা' কোস্মো'দ্রেম অমগ' লোযননা' শেম্লনবা থৌব'ং যান্নখ্রে। মতৌ অস্মিমক্তা শেল য'ম্ম' চঙগ'দবা প্রো'জেক্লি, অদুম্নমক পৃথিবীদগী মীওইবনা' থ'গী লৈম'ইদ খুন্দ'দুনা' স্পেসস্তা মখ' তানা' থিজনবগী শ'ফ্রু'দি হেন্না খুম'ং চা'ওশিলহল্লগ'নি। হিবম অসিগী মত'ংদ' অমেবিকা' সবক'বনা' প্রো'জেক্ট অসিগীদমক্তা' থ'কুগদৌবিবা মীওইশিং খন্ননব' শেম শ'খ্রে। য'মদ্রবদ' মী চা'ম্ম' অমুক খন্দুনা' লৈহম্নবা' পান্দমদ' গ্লাস্ন' কুপ্লব' ট'উন মচা' অমা' শেম্ব' ত'ই।, হ'যবিব' গ্লা'স্ন' কুপ্লব' ট'উন অসিদ' লেবে'বেটবি কয'মুকসু লৈগ'দবনি। কে'স্মো'দ্রেম অমসু য'ওগ'নি। হিবম অসিগীদমক্তা' কন্ন' কুপ্ন'  খন্ন' নৈনদুনা', থিজিন হুমজিনদুনা' থাগী লৈম'ইদা' পুখংকদবা' মচা'কশিং অদু শেম শ'ব' হৌখ্রে। দিষ্কসন অমদি বিস'র্স কয' তৌদুনা', এক্সপার্ট টিম কয' খাইদো'ক্তুনা শো'যদনা মা'ই পাক্লবা পান্দমদা চহি ১০ অমুক চংনা' শঙ্গেম্ম' নৈব নৈবগা ঘী ওল্লি হ'যবা' মত'গুম নৈনবকপা'

অদুদগী মাই পাক্লবগী ফল ফংলবদা য়ু এস এ কী মরুওইবা কোস্মোড্রোম খরাদগী রোকেট থাগৎনবা শেম শারে।

কেনেডি স্পেস সেন্টরদগী রোকেট স্পেসসিপ অহুমমুক মথং মথং নুমিৎ কয়া কান্নরগা কাপখত্তুনা ওক্সিজেন লৈত্রবা থাদা ওক্সিজেনগী খুৎলাই পো পোদুনা গ্লাস্না শাবা টাউন মচা অমা শেম্লনবা থি হুমদুনা থাগী লৈমাইদা লৈরুনবা মী থাবা হৌখ্রে। অতোপ্পা মরুওইবা স্পেস সেন্টর অনিদগীসু রোকেট অহুম নুমিৎ কয়ানি কয়ানি কান্নরগা শরক শিদনবা খন্নদুনা শিন্নদুনা থাগী লৈবাক্তা থাগৎনখ্রে। থাগী লৈমাইদা অশোয় অঙাম য়াওদনা তাববা এস্ট্রোনোট অমদি সাইন্টিষ্ট মীওই ৫০ রোম্না পুবক্লীবা পোৎ-চৈ কয়া অদুগা লোয়ননা থাগী লৈমাইদা মফম চাবা জগা য়েংদুনা প্লাষ্টীক গ্লাসনা কুপ্লবা নিংথিজরবা টাউন মচা অমা শেম্বা হৌখ্রে। মনুং অদুদা লৈরিবা লেবোবেটোরি কয়াদা ওক্সিজেন গ্যাস শুংদুনা মীওই কয়া অদু টাউন মনুং অদুদা মথংগী প্লানগীদমক ককচেংগুম্না অরেপ্পা লৈতনা থবক শুন্নরকপদগী স্পেস টাউন অদু শেম শাবা লোয়শনখ্রে। মখা তানা মাই পাকপগী পাউ অমদি ভিউ ফংবদগী রোকেট খরা অমুক রসিযাগী কোস্মোড্রোম অহুমমদগী নুমিৎ কয়া কান্না কান্ননা থাগৎতুনা রিসার্স অমদি শেম শানবগী মচাকশিং পুখৎতুনা থাগৎনরক্লে। হৌজিক্তি যামগ্রবা সাইন্টিষ্ট অমদি এস্ট্রোনোট ৯০ রোম্না থাদা তাদুনা গ্লাস্তনা কুপ্পা অপিকপা টাউন মচা অদুদা মীওইবনা অহানবা ওইনা খুন্দাদুনা, চাদুনা থক্তুনা টেমপোরারি ক্যাটব কয়াদা সাইন্টিষ্টশিং অদু লৈরক্লি। অমেরিকা অমদি রসিয়াদা নত্তনা অতৈ পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদসু সেটেলাইট অমদি কম্প্যুটর, টিভিনচিংবগী মতেংনা থাদা খুন্দারিবা মীওইশিং অদুগী ফীভম কয়া য়েংনদুনা নুংঙাইবা, মাই পাকপা পোক্লবগা লোয়ননা কুপ্পা করি মখা চত্থরকপা য়েংনবি। তুম্বা চাবা পালি নাইনদুনা পৃথিবীদগী অমেরিকান সাইন্টিষ্টশিং অমদি থাদা খুন্দারিবা সাইন্টিষ্ট অমদি মেকানিকেল, টেক্নীকেল অমুসং এস্ট্রেনোট অমদি অতৈ কযানা মিকুপ নাহুম শিংনা সাইন্সনা মীওইবা জগৎপু ঙমহল্লক্লবা পান্দম যৌগৎনবক্লি।

মতমনা অসুম হৌখিবনা অমসুং মখোয়শিং অদুগী হোৎনবা লেপ্তবনা স্পেস রিসার্স অমদি সাইন্টিষ্ট কাংবু কয়া অদুনা থাদা লৈরিবা প্লাস্টিক গ্লাস টাউন অদুদগী কোস্মোড্রোম অদুগী মতেংনা রোকেট থাগৎতুনা (মীওইবদি য়াওদনা) মার্করি, ভেনস অমদি জুপিটরনচিংবদা নাক য়েৎকী ফোটোনচিংবা

লৌদুনা মফম কযা অদুদা মীওইবা হায়বা জাতি অদু তাবিব্রা হাযবদু যেংলক্লি। অদুগা লোযননা ঈশিং লৈত্রা, নুংশিৎ লৈত্রা, জিব শানবনজিংবা অতৈস্ লৈবিব্রা হাযদুনা সৌবজগৎতা লৈবিবা পৃথিবীদগী যাম্না কা হেন্না লাপশুবা গ্রহ খবদা থাদগী চৎপদদি খবা নক্ষদবা মতৌদুদা খুদোংচাবা লৌদুনা যাম্না কন্না পৈশা য়াম্না চংনা স্পেস বিসার্জরী খেণ্ডথাংগীদমক শাফু কন্না চংশিল্লক্লি।

তাইবণ্ড মী মবক্তা নুপা নুপী ওইবগী নুংশি নুংঙন সাইন্টিষ্ট অমদি এস্ট্রোনোটশিংগী মফমদস্ যাওদবা নত্তে।, অমেরিকান ওবিজিন মাইকেল ফেরি, মশা মউ চাং নাইনা ফবা, মশক মতৌ ফজবা, যাম্না জ্ঞান লৈববা এস্ট্রোনোট অমনি। ইন্দিয়ান ওবিজিন, অমেরিকান নুপী এস্ট্রোনোট, ইন্দিয়ান শক্তমদা থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইনা ফজবী চুং ফিবাল চাবী জ্ঞান লৈজবী সুসমাগী মাইথোংদা শুমহৎনা থাদা তাবিবা গ্লাস টাউন অদুগী কাটব অমগী প্রোটিকো অমদা অনিদু ব্রাবী তৌনবি। মখোয অনিমক স্পেস টাউন অদুদা থবক তৌমিন্নবীবা মীওই ওাক্লী।, নুমিদাংগী অশংবা মতমদা অনিদুনা থাগী লৈবাক অদুদা পৃথিবীনা যাম্না ইংনা ফজনা থোক্লীবা অদুবু যেংমিন্নদুনা মীওইবনা পৃথিবীদা থাবলগী ফজবা শক্তম অমদি মঙালদা শৈথাদুনা ঙাওনর্বানদে, অদুবু ঙসিদি থাগী লৈবাক অসিদনা ওন্না তৈনবদা পৃথিবীগী ফজববা মঙাল অমদি শক্তম্না মখোয অনি অদু ঙাউনবী হাযদুনা ব্রাবী তৈনদুনা নুংঙাইমিন্নবি। অনি অদুগী মপুক্সিশিং অদুদা স্পেষ্টা এস্ট্রোনোট অমা ওইনা হিংবদা, অব্রা অনা কযা, খুদোংখিবা কযা থেংনবদা শবস্ 'শমিন্নবা যাবা মওংদা লৈমিন্নবা হাযদুনা অচেৎপা ফিবেপ থম্লখি।

ঙসদি মার্কবিদা এস্ট্রোনোট অহুম তোংবা স্পেসক্রাফট অমা থাগৎনবা থৌবাং তৌখ্রে। এস্ট্রোনোর্টশিং অদুগী মনুংদা মাইকেল ফোবিস্ যাওবি। অদুবু ইন্দিয়ান ওবিজিন সুসমাদি যাওদ্রে। স্পেসক্রাফট অদুদা পাইবমদাই অদুদা স্পেসকী খুদোংথিবা তম্না ঙম্বা নত্তে খঙলবা মাইকেল অমসুং সুসমানা কাইনা বাহৈগা লোযননা ইবা ইহৈনাখিবা মাইকেলনা খঙজখি।, অদুবু স্পেসবিসার্জী থব্রাই কথোক্লবা মীওইশিং ওইবগস্ নুংশি নুংঙনগী ঐরীতা ওইনিংবা, ওইজনিংবী কযাগী পুক্সিবু, অশোয অঙাম যাওহন্নিংদবা মতৌদি অনদুস্ অদুমক যাওই। ঙসিদি মার্কবিগীদমক্তা মাইপাক্লা বোকেট অদু এস্ট্রোনোট অহুম অদুগা থাগৎখিবা মতৌ অদু

পৃথিবীদসু, অমেরিকাদা নত্তনা স্পেসগী রিসার্স, ফর্ম কযাগী কম্প্যুটর অমদি টি ভি কয়াদা উন্নবি। কবিদু থোক্লগদা হায়বদুগী চিংনদবা ঙম্মদবা ফোংদোক্লে।

হৌজিক্তি মার্কবিগী লৈমাইদা মাইকেল ফেবি য়াওবা এস্ট্রোনোট অহুম অদুনা মীওইবনা অহানবদা লাইনি হায়নবদম্ব থাগী লৈমাইদা তাবগী মথক্তা মার্কবিগী লৈমাইদা তাদুনা রিসার্স তৌখ্রে। মার্কবিদসু মীওইবা তাবগী মতৌদি লৈতে, অদুম্মক থাগুম্মা ঈশিং নুংশিং লৈবগী মতৌসু লৈতবগুম্মী। মাইকেলনা থাব্রাই হকচাং যাওনা, হেন্না খঙনিংবা অমা যাওনা খুৎলাই কযাগা মাঙথাদুনা থবক পাংথোকপা অদুদা সাইন্টিষ্ট কয়না থাদতা নত্তনা পৃথিবীদগী মীওইবনা থাদা তাদুন খুন্দাদুনা স্পেসত্তা খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনবগুম মার্কবিদসু স্পেস ষ্টেসন লিংদুনা স্পেসত্তা মখা তানা থিজিন্নবগী খোঙথাংদা মাই পাক্কনি হায়না খলহনখি। মবম অসিদগী স্পেসক্রেফট অদু মাই পাক্লা থাগী মফম অমদা খুমাং চাওশিন্না তেক্তা কাইদনা হল্লক্তুনা তাবা ঙমহনখি। সুসমান মাইকেলগী মাই পাকপা মতৌ অদুদা মহাকপু উন্ননীংবনা কযাদা খৌবাংলবখিবা অদুবু মেদিকেল টিম্না মাই পাক্লবসু এস্ট্রোনোট অহুম অদুবু মেদিকেল চেক অপকীদমক্তা হাপ্তা অমা তেংঙান্না থমখিবনা সুসমাগী ইখৌ লাংবা অদু হাপ্তা অমাদি খাঙখিবা তাদ্রে।

ঙর্সিদি মাইকেলগা সুসমাগা চিযাব অমমম্মদা ফমদুনা অচা অথক কযা চামিন্ননা নুংশি ব্রাবী অমদি স্পেপাকী অব্রা নুংঙাই ব্রাবী কযা চিলোক্লনা শান্ননা ফংজবে। সুসমাসু স্পেস ষ্টেসন অদুদা মথৌ নিংথিনা তৌবগীদমক মথংগী খোঙচত্তা নুপী এস্ট্রোনোট অমা ওইনা স্পেসত্ত থাননবা হান্নানা খল্লবীনি হাযনা চাওথোকচে। অসুম্না অসুমক মায পাক্লকপগী নুংঙাইবা মতৌ কয়ানা মথংগী খোঙচৎ কযাদসু শোযদনা মঠৈ যাল্লকখিনি হনবা পান্দমদা অনি অদুনা পেন্না নোকমিম্নজৈ।

ফাওবদা জ্ঞান লৈবনা সাইন্টিষ্ট কযানা পৃথিবীদগী থাদনা খুন্দাবদা স্পেস ষ্টেসন টাউন অদুদা মাই পাক্লা অতোপ্পা গ্রহ তম্না রোকেট কাপখ্রুনা মীওইবনা স্পেসত্তা মখা তানা 'থাজিল্লক্লীবা মতৌ থম্লিবদুনা স্পেসপু জহ তৌবা ঙম্মবা খোংথাংনি হাযনা খন্তবা কা হেন্না হেঞ্জিল্লক্লী। মখোযনা সৌরজগৎ অসিদা লৈরিবা গ্রহ কযাবু মথং মথং মীওইবা তাবদ্রা নত্রগা পৃথিবীদত্তা মীওইবা অমাদি 'জবা পানবা হিংলিদ্রা হাযবনচিংবা খঙদোক্লবা

পান্দমদা খোঙজং অমদি থিজিনবগী খোঙথাংগীদমক্তা কন্না থব্রাই য়াওনা নৈনরক্লি। মখোয় কনাগুম্বনা ঈশ্বর হায়বসে অশিংবা মীওইশিংনা মীওইবগী মওং মতৌদুগীদমক্তা পুথোক্লম্লীব্রা হায়বা ফিলোসোফি অদুমক য়ৌনা খল্লুদ্রবসু ঈশ্বরদা কা হেন্না লুপনবা মতৌ থম্বদি সাইন্টিষ্ট, রিসার্স অমদি মখোয়গী প্রদক্ষন কয়ামনা ঈশ্বর নিংজরবসু স্প্রিচুয়েল ফিলোসোফিদা কা হেন্না চেকশিনদবগুম তৌনরি।

অমরোমদা গভর্নমেন্টতগী এক্সপেন্দিচরগী অমদি মখা তাবা খোঙথাংগী খোঙচংকী অয়াবা পিরকপদগী থাদা মতম থরগী খুন্দারিবা স্পেস টাউন অদুদা লৈরিবা সাইন্টিষ্টশিংনা এস্ট্রোনোট মরক্তগী হৈশিংলবা অনি খনগৎলগা মীয়াম্মা খৌরাংনা খঙনিংনা ঙাইনরিবা ব্রাইটেষ্ট প্লানেট ভেনসতা মী থারুনবা পান্দম থম্লক্লী। খোঙচৎ অসিগীদমক্তা থোইদোক্লা হৈশিংলবা এস্ট্রোনোট খল্লকপদা শক্লাইরবা এস্ট্রোনোট মাইকেল ফেরি অমসুং ইন্দিয়ান ওরিজিন নুপী এস্ট্রোনোট সুসমা খনগৎখিবনি। হরাওববা লম্বা চারবা জুরা অদু স্পেসত্তা খুৎ শম্মদুনা মথাই খুবাক্তা হাপমিন্ননা চংশিনমিন্ননবা অচেৎপা ফিরেপকী পান্দম লৌনখি।

ঙসিদি অশোয় অঙাম য়াওদনা থাগী কোস্মোদ্রোম অদুদগী কাপথৎলকখিবা মমল য়াম্লবা স্পেস ক্রাফট অদুনা ব্রাইটেষ্ট প্লানেট ভেনসকী লৈমাইদা তেক্তা কাইদনা ভাখ্রে। থোইদোক্লা স্পেস রিসাস্তা হৈশিংলবা মাইকেল অমদি সুসমানা থব্রাই পামুবা লৈতনা পৃথিবীগী মীওইবনা য়ৌবা ঙম্বগী থাজবা ব্বারিবা ভেনসকী লাপ্লবা লৈমাই অদুদা থুংলখ্রে। মতিক চানা ওক্সিজেন পুদুনা স্পেস সটল, রোবোট বোডি শেৎতুনা উপ্তুনা খোঙথাং কয়া তপ্পা থাংলক্লে। খরা লাপলপ অনিদুনা ভেনসকী লৈমাই অদুদা খোঙ থাংলকপদা ইখঙ খঙহৌদনা লৈমাই অদুদা নুপীগী শক্তম অমা লৈঙোইনা শাদুনা লৈমাইদা লৈবদু থেংনরুই। থম্মোই কনপ্পবা অনিদুগী থম্মোইদা অকিবা অমদি লাংতক্লবনা ককঙাওনবদু খাঙজিন্না মমিৎ মরিমক কুপ্তুবা মখৈ শক্তম অদুদা চঙক্লনা য়েংনরি। মীওইবা তাবগী শমিন ফংদ্রবা দির্জাটকুম্বা মফম অদুদা লৈরিবা লৈঙোইনা শাবা মুর্ত্তিগুম্বা মওং অদুনা ভেনসকী লৈমাইদা মী তারমগদ্রা চিংনরবসু ঈশিং-নুংশিৎ লৈত্রীবা, পাম্বী অমা ফওবা লৈত্রিবা, জীবশিংনা হিংবা ঙম্লরোইদবা মফম অদুদা মীওইবা লৈফমদি থোক্তে খন্নখি। অদুম্নমক মুর্ত্তিগুম্বা মতৌ অসিদি কনানা করম্না

শারম্বা, থম্লম্বা, ওইরমগদগে খন্নবদদি, চঙক্লবদি মখোয় অনিগীতা ওইখিদে। পৃথিবীগী অমদী থাদগী অয়েংবা পুম্নমক্লা ঙাক্লখি। মফম অদুদা উরক্লিবা ফিভম অদুনা সাইন্টিষ্টশিংনা খন্নবদা লাম্বা ফংদ্রব মতৌ অদুদি ওইরি। অনিদুনা খোঙথাং মঙা তরাদং চঙক্লনা অকোইবদুদ য়েঙদুনা মখা তানা চংশিল্লকপদদি নুপীগী খোঞ্জেল অমা তাবগুম তৌরকখি। মতৌ অদুমক্তী থাদা য়েংলিবা সাইন্টিষ্টশিং অমদি পৃথিবীদা য়েংলিবা সাইন্টিষ্টশিংদদি উবা ফংহনখিদ্রে। মতম অদুদা থৌনা ফরবা ফরবী অনিদুনা তুংলোমদা হন্না য়েংলকপদা মুর্ত্তি অদু লৈমাই অদুদগী মাঙখ্রে। চঙক্লরবা মীপাইরবা হৈশিংলবা এস্ট্রোনোট অনিদুনা মমাঙলোমদা খঙহৌদনা লৈচিল ওই নোংফাই ওই মরক্তা নুপীগী শক্তম অমা ইফা ফানা উরকপগুম তৌরক্লে। অদুদগীদি নুপীগী নৌরবা খোঞ্জেল অদুনা খোম্থাং য়ৈনা ঙংদুনা হায়রক্লি। "The creature of universe is only God. God is only the supremacy of the earth and universe" মতুংদা নৌরবা খোঞ্জেল অদুনা খোম্থাং য়ৈনা নোকথোরকখি, হা... হা... হি.... হি......। এস্ট্রোনোট অনিদু অমুক হন্না কিনা, ঙক্লা খোঙফম লেঙদনা মুর্ত্তিগুম মফম অমমমদা লেপ্লুনা লৈনখি। খোঞ্জেল অমদি মখোলনচিংবা অমদি মখা তানা ফিকচর থাদা লৈরিবা সাইন্টিষ্টশিং অমদি পৃথিবীদা খৌরাংনা য়েংলিবা সান্টিষ্টশিং অদুনা উরক্তবা অদুনা মীয়াম্না মীপাইনা পাও লৌননবা হোৎনরকপদুসু এস্ট্রেনোট অনিদুদসু করিমতা খঙহনখিদ্রে। অদুবু হৈশিংলবা এস্ট্রোনোট অনিদুনা চঙক্লনা অমদি কিথুপ কিরুম তৌদনা মুর্ত্তিগুম লৈরিবা অদুদি অর্থ লৈবা মতৌ ওইরি। অনি অদুনা মীপাইননা মুন্না মমিৎ মমিৎ য়েংনরবা মতুংদা খোঙথাং অমা থাংবা হৌরকপদা নোংথাং মানবা অমা খঙহৌদনা গুনথোরকপা উখি। খঙহৌদনা স্পেসক্রাফট অদুগী ভেনস্কী লৈমাইদা লৈরম্বা মোদ্যুল অদু মাঙখিরম্মী। য়াম্না অয়ৌবী থাক্তা ঙক্লা অনিদুনা পাখৎলবসু পাখৎপা কা হেনবা মতৌ উৎতনা মাইকৈ মরি লৈদুনা য়েংলকপদা মখা তানা চিংনহনবগী মতৌদি কা হেন্না উৎলক্লে। অদুবু চঙক্লবা অমনদি মখা তাবা করি ওইরক্কবা হায়বসিদা অৱাবা অমদি পিরি। ইখঙ হেক খঙহৌদনা ওক্সিজেন লোয়খিবগুম শ্বর হোনবা ৱারক্লে। খাঙমদা চৈনানা লেপ্তুনা ফর ফর হায়রম্বদগী রোবোট বোডিনা য়োপ্লিবা হকচাং অনিদু লাপ্লপ লাপ্লপ্ল তোঙান তোঙান ভেনস্কী

লৈমাই অদুদা তানগ্রে। রোবোটমক্তী নত্তবনা অনি অদুনা শ্বর হোনবা ওম্ন দবদগী ফেরে ফেরে হায়না ব্বানা খাঙবদুদা অনিদু থাপ্লরবসু পুক্লিশিংদুবু মিপাইনা য়েংনরক্কে। মথংদা অঙকপা মঙাল লাইন অমনা রোবোট বোডি অদুদা এলেক্ট্রীক করেন্ট থাজল্লকপগুম মশাশিং অদু রোবোট বোডি অদুগী মনুংদা করেন্ট অদুনা চিংদুনা ব্বানা প্রোক প্রোক চাক্লা ফেরে ফেরে হায়না খাঙনরকখি। সুসমাগী মীৎলুদুদগী ইরা ঈহৌরকখি। খঙহৌদনা নুপীগী খোঞ্জেল অদুনা নৌহৌননা অমুক হন্না নিল্লকী -"Without God's assignment, men can't over come everything in this universe. God is almighty" অদুগা অমুকসু খোঞ্জেল অদুনা নোকখ্রি হা...... হা...... হি..... হি...... হি.....। অনিদু মতম অদুদদি তাম্না পিরাং পিরোইননা য়েংনরল্লগা মমিৎ উইশন্দুনা থম্মোইদা ঈশ্বরবু পার্থনা তৌনরকখি।

মিকুপ অমদদি রোবোট বোডি উপ্পীবা মখোয় অনিমক ভেনসকী লৈমাই অদুদা হান্নগুম্না লেপ্তুনা লৈরমই। ওক্সিজেনসু হান্নগুম্না মরাং কাইনা য়াওবা মতৌনি। স্পেসসিপকী মোদ্যুল অদুসু মখোয় অনিনা তরং তরং উরকই। অমুক অমুক মমিৎ মবি অদু মিৎচান্ননা য়েংনরুবগা অমুক হন্না ঈশ্বর দা পার্থনা তৌজরগা তপ্লা তপ্লা মোদ্যুল অদু তম্না চংশিন্নরকখি। মোদ্যুল অদুদা অনিদু কাখৎনরকই। স্পেসসিপ মোদ্যুল অদু পাইখৎখিদুনা ওর্বিট্রা রোকেট স্পেসসিপ অদুগা শম্নশ্রগা থাগী লৈবাক্কদীমঙ্গা পাইরকখি। অনিদুনা খঙলকখি, ঈশ্বরবু থওইদনা, মঙোন্দা খুরুমজদুনা, মঙ্গল ওইননবা হায়জ নিজদনা স্পেসকী ব্বাদা নত্তনা হিরম খুদিংমক্তা মীওইবা ঐখোয়না ইনিং তম্না শোয়দনা মাই পাক্কনি নিংবদি অরানবনি, তশেংনমক ঈশ্বব হায়বসিনা খ্বাইদগী শক্তি লৈ।

# সমুদ্রগী ইরোম্মুংদা

মণিপুরদগী চংখ্রগা চাওরবা লৈবাক কনাদাদা ময়ুম মকৈ লিংদুনা চিংলেং দু মাগী নুপী কেতুকি অমদি মচানুপা অনিগা মচা নুপী অমগা হিংলি। মহাক্না টোরেনটো হায়বা কনাদাগী খ্বাইদগী মকওইবা সহর অমদা ওজা ওইদুনা লৈরিবনি। টোরেনটো হায়রিবা সহর অসিদা খ্বাইদোম হায়রিবা শান্নবুং অমা লৈ, মসি মথক্কী মখুম হাংদোক হাংজিন য়াই, লমদম অদুদা লৈরিবা সি: এন: টৱাব অদু পৃথিবীগী খ্বাইদগী ৱাংবা টৱারনি। হায়রে ৪০১ হায়রিবা লম্বী অদুনা অৱাং অমেরিকাদা খ্বাইদগী ট্রাফিক চিনবা হায়রেনি। লেক ওনটরিওগী মপাংদা তাবা টোবেনটো সহর অসি মীওই য়াম্না তারিবা কানাদগী সিটি অমনি। মফম অদুদা লৈরিবা ওঝা চিংলেনগী মচা নুপা অহন চলাম্বদু অমেরিকাগী নিউয়োক সিটিদা লৈরিবা হারর্ভাদ ইউনিভরসিটিদা লাইরিক তম্মী। মচা নুপা অতোনবা অদুগা মচানুপী অদুগদি কনাদাদা অদুম তমই। মচানুপাদুনা সেকেন্দরি তম্মী, ফ্রি এজুকেসন্নী, অদুগা মচানুপী অদুনা পোষ্ট সেকেন্দরিনি মদুদি ফি ফজনা লৌই।

নিউ য়োক্কী হারর্ভাদ ইউনিভরসিটিদা মাষ্টর তম্লীবা চলাম্বদু ৱাশিংটন্দগী মেবিয়া কৌবী অমেরিকান লৈশাবী ছাত্রী অমগা নুংশিনবি। অনি অদু থম্মোই থম্মোই তিন্না য়াম্না পুকচেল শেংনা ক্লাসতা অমসুং মফম অয়াম্বদা তংতনা লোয়নৈ। মেরিয়ানা চলাম্ববু ৱাসিংটোন্দা পুদুনা হান্নগী ইন্দসত্রীয়েল সিটি ওইরম্বদগী হৌজিক খরা মরাই চাইথরক্লাবা দেটোট সিটি মদুদগী মাইল হুম্ফু লাপ্না লৈবা ফ্লীন্ট হায়বা জেনেরেল মোটোরগী ওরিজিনেল হোম্মি হায়বদুদসু

চৎতুনা কৌইমিন্নে। নিউ য়োর্কতসু মখোয়না কোলি অইলেন্দ নচিংবদা তৎতনা কৌইমিন্নে। মমৈদা দেবিত মারসেলগা খঙনরকপদগী অনি অদুনা দেবিতকা লোয়ননা মরক মরক্তা মেডিসন স্কার গর্দেনদা রোক ম্যুজিক্রচিংবা য়েংঙি, অদুগুমক চলাম্বা অমদি মেরিনা স্তদিদগী নাম্বোকপদি লৈতে,স্তদিদসু মীকোক থোংনবা হেৎনদবা নত্তে।

মপা ইবুংঙো চিংলেন্না নিউ য়োক্তা মহৈ তম্লীবা মচা চলাম্বনা ব্রাসিংতনগী লৈশাবী ছাত্রী মেরিয়াগা নুংশিনরে হায়বগী পাও অসে তারক্লে। মচাগী অপাম্বনি হায়দুনা থওইনা খিজল্লুদে, অদুবু মমৈদদি মেরিয়া মীরোল্লক্লে হায়বগী পাও অমসু তারক্লে। মতমদু অনিমক্কী ফাইনেল একজাম মতমনি, ফিভম অসিদা মপানা অমেরিকাদা নিউ য়োক অমদি ব্রাসিংটন্দা চৎতুনা পরিক্ষা হেক লোয়বগা অনিদু লুহোংনবা তান্নদুনা শিন্নদুনা লৈখ্রে।

পরিক্ষা লোইবগা চলাম্বা অমসুং মেরিনা টোরনটোদা লুহোংলে। মপানা চলাম্বা অমদি মেরিয়দা ভারতকী কোনুং দিল্লিদা মখুরা ইবোনা য়ুমলিংদুনা লৈবা অমদি মণিপুবদা মখোয়গী মরি মতা মচিল মনাও অমসুং মচাশিং লৈবিবা ওরিজিনেল প্লেস অদুগী ফজবা নুংঙাইবা পুম্নমক লিজখি। চলাম্বনসু মপা মপুগী লমদম অদু অমুক্তং য়ৌজদুনা মপা মতোনশিং খুকমজনিং বগী মাগী অপাম্বা অদুনা হোনিমুন ওইনা মফম অদুদা চৎচনবা মপাদা হায়জরকই। মপানসু য়ারদুনা কনাদাদগী ভারতকী কোনুং দিল্লি তম্না এরোপ্লেন্দা চৎনবা থৌবাং তৌখ্রে। মদুমক্কী পাও অদু দিল্লিগী মখুরা অমদি মণিপবদা পাও য়ৌননবা মপাবুং অদুনা শিনখ্রে।

ঙসিদি দিল্লিদা মখুরা ইবোনা অনি অদুবু তরাম্না ওকখ্রে। নুংঙাইরবা চলাম্বা অমদি মেরিয়াবু দিল্লিগী ফজবা কয়া তাজমহল অমদি অতৈ কয়া য়েংহনখ্রে। চলাম্বা অমসুং মেরিয়ানা দিল্লিগী ইনভাইরোনমেন্ট অমসুং এভমোস্ফিয়ার চাওরাকপা খঙলবা মতুংদা মফম অদুদা নুমিৎ কুন্নী লৈরম্লগা অব্রাং নোংপোক ভরত্তা লৈরিবা মপা মপুগী হৌরকফম ওইরিবা মণিপুরদা চৎচনবা মখুরা ইবোদা হায়জরক্লে। মতুংদা দিল্লিদগী চলাম্বা অমসুং মেরিয়ানা মণিপুবগীদমক্তা এরোপ্লেন তোংখ্রে।

মণিপুরদনা ময়াম্বুং চিংলেনগী মচা মমৌ লাক্কনি হায়বা পাওদা খেলেন্দু মতা অমা ওইনা হরাওনা লাংখ্রে। মহাক কানাদাদা হেংগুবা চিংলেনগী মনাও

অতোনবনি। মহাক্কা মমা অদুদা ষ্টেন্দর লৈনা ফি শেৎননবা অমদি লেট্রিন বাটিরুম কিচন অমদি বেদ রুম, ড্রোইং রুম মওং তানা নালহন্নবা দাইনিং তেবলনচিংবা অনৌবা মোদেলদা শেম শাদুনা নিংথিজনা থমখ্রে। ঙসিদি ইম্ফালগী এয়ার পোর্টতা খেলেন্না মফি মরোল নান্না শেৎতুনা মতু মচাশিংগা লোয়ননা কার অনিদা চলাম্বা অমসুং মেরিয়া অনিবু ওক্লনবা লাক্লে। দিল্লিদগী প্লেন অদুনা ইম্ফালদা থুংলরবদা মশক অমুক্তা উদ্রিবা ফোরেন্নর ওইখ্রবা মচা অদুবু করম্না মুন্না খঙগদগে খঞ্জরব্বদা খেলেন্না অমেরিকান লেডি লৌবনা মদুগা লোয়নরকপা মৈতৈ মচা অদু শোয়দনা ওইগনি খঞ্জে। মমিৎতু ক্রোক ক্রোক য়েংদুনা মাগী নুপীগা তান্নজে, য়েংমিন্নজে। মমৈদা মেরিয়াগা লোয়নরিবা চলাম্বনা কুমথরক্লবদা মখোয় শোয়দনা ওইগনি হায়দুনা ব্রাহং পাওহং তৌনবক্লে। মমৈদা চলাম্বনা মখুরানি খঙলবদা খেলেন্দা মখোং শোক্লনা মেরিয়াগা লোয়ননা খুরুমমিন্নে। মনে অদুদসু মখুরা অদুনা তাকপদগী খুকমজে৷ মতুংদা মনাওশিং মচলশিং শকখং মাইখংনরে, লোয়ননা মনাও অমগী অলতো কারদা ময়ুম অদুগীদমক্তা কাখৎখ্রে।

ঙসিদি মণিপুরগী কোনুং ইম্ফালদা চলাম্বা অমসুং মেরিয়ানা মনাও চোনজোনগী লমজিং মখাদা মণিপুরগী হিস্তরিকেলগী ওইবা মফম কয়া লমদম কয়া মদুগা লোয়ননা তুরিস্কী মফম কযা লোক্তাক পাত্ত শিরোই চিংজাওনচিংবদা কোইবক্লে৷ মেরিয়ানা লৈরু লৈরুবা লমদমগী চৎনবী অমদি চাকচা য়ুথক হৈননবা থৌবাং হৈবী ওইবনা মণিপুরগী ইমুং অদুদা লোনদিন্ননা নুংঙাইনা লৈজরক্লি। মহাক্কা মণিপুরগী ফনেক ফুরিৎ অমদি মৌ অমা ওইবগী ইনফিনচিংবা শেৎ ইন্দুনা মকুবোক্তা মকোক খুম্বনচিংবা মৈতৈগী ব্যবহার তমদুনা চৎলকপা অদুদা খেলেন্না পেনখ্রদুনা মমিৎতগী খঙহৌদনা প্রেমগী পিরাংগা লোয়ননা মেরিয়াদা মঙ্গল অর্শিবাদ পিবিখি। অসুম্না ফোরেন্নর ওইরিবা অনি অদুনা চৎলিবা মচৎ তন্নীবা মৈতৈগী চৎনলোন অমদি হৈতা হৈতা মীয়াম অদুগা লোনদিন্ননবা হোৎনজরিবা অদুদা লৈকাই মীয়াম্না কুন্ধো য়েংবগুম য়েংলদুনা য়াম্না নুংশিনা লোয়নরকই। ঙসিদি চলাম্বা অমদি মেরিয়ানা মরমদমদা অমুক চৎনবা শেম শারকপা অদুদা পুম্নমক্লা কাইনবগী নুংশিবগী পিবাং লক্তা কপ্পা লাওনবগা লোয়ননা মঙ্গল অর্শিবাদ পিরকখিবা অদুগা চলাম্বা অমসুং মেরিয়াগী মরাল লৈজদ্রবা মীয়ান্নাদগী পিরাং শিম্বা শিম্বানা এরোপ্লেন মনুংদা সুৎ সুৎ কপ্পখি।

***ঈশ্বরগী শক্তিনা***

দিল্লিদা থুংলরবগী মঙানি শুবা নুমিত্তা চলাম্বা অমসুং মেরিয়ানা সমুদ্রগী জহাজগী খোঙচৎতা সমুদ্রা অমদি মদুগী পোর্ট কয়া অমদি মচু মখল কয়াগী মীয়াম থেংনিনিংবদগী জহাজদা সমুদ্রগী লম্বীদা কনাদা যৌননবগীদমক্তা খোংশাল্লক্লে। হৌজিক মেরিয়াগী গর্ভদগী ঈ অদু থা মরি ফারক্লে। জহাজদা অসুম লাকপনা অরাবিঅন সিদগী ঈন্দিয়ান ওসিনদা লাক্তুনা অফ্রিকা মহাদেশকী সির্পোট কয়াদা পেসেঞ্জর কয়াগী কুমথোক কুমশিন কাথোক কাশিন কয়া তৌনা তপ্না তপ্না লাকপনা অটলানটিক ওসিনলোমদা থুংলরে। অসুম হরাও তয়াম্মা পুম্নকনা লাকপদা ইখঙ খঙহৌদনা সমুদ্রদা নোংলৈ নুংশিংনা অকনবা মওংদা শিংলকপদুদা মীযাম অদু মথাই ব্রানদুনা হা কার লাওনরক্লে। ইথক অচৌবা কয়ানা লাওখোংনা ফুজল্লকপদগী জহাজ অদু মীয়াম্মা কিন্নদুনা হেঙ্গেলুব য়াদনবা থল্লীবা বর্মুডা ট্রাইঙ্গলগী অদোমদা নমফুদা চংশিনখ্রে। খঙহৌদনা রেডিও মেসেজ পুম্বা পুংকক ককখ্রে। কম্পাস লেপখ্রে। মতুংদা জহাজ অদুগী শরুক খরা ইথক ইপোম অকনবনা থোমজিল্লকপদগী ঈশিংনা ফুজল্লক্তুনা জহাজ মনুংদা ঈশিং চংলক্লে। মীপুম খুদিংমক চেন্নদুনা লাও খোংনবা কপ্পা লাওনবা কয়ানি। মতম অদুদা চলাম্বা অমদি মেরিযানা মীৎলুদগী পিবাং শিন্থ শিন্থনা চেজেৎ কোনশিন্নখ্রে। কেপটেন অদুনা হৈশিংনা নাম্থোক্লবা উপাই তৌজরবসু ক্যাবগী তম্লবা অৱাংচীঙখৈদ বহমাস ইথৎকীসু অৱাং চীংখৈরোমদসু তাম্লপ লৈবিব ব্রশিংটনগী খা মৈরমগী নাকনদা তম্মা লৈবিব চিংননিঙাই ওইবিব ট্রাইঙ্গনগী বাউন্দরী অদোমদা তপ্না তপ্না জহাজ অদু হোঞ্জিল্লকপনা জহাজ অদু সমুদ্রা ইরোন্নুংদা তপ্না তপ্না লুপশনখ্রে। চলাম্বা অমসুং মেরিয়াদু চেজেৎ কোনশন্নদুনা শিবগদবনি খঙনা মমিৎশিং অদু পিবাংনা চোল্লবসু চেজেৎ কোনশিন্নদুনা লৈখ্রি।

বর্মুডা ট্রাইঙ্গল অসি অটলানটিক ওসিনগী খ্বাইদগী লুববা জাগা অমনি হায়নৈ। মফম অসিদা ভাবনা শাব লাইন অমনা ট্রাইঙ্গল মওংদা লৈহল্লগা হায়বিবা জগা অদুদা লানশিল্লুব জহাজ কয়া প্লেন কয়া অমদি অতৈ অতৈ কয়া ঙসিদগী চহি ২০০ রোমগী মমাঙদগী মফম অদুদা লুপশিন্দুনা মাংহনলক্লী হায়নরিবনি। সাইন্টীস্ত কয়ানা থৌদোক অসিগী মতৌ অসিদা মসিবু করম্না ওইরিবনো হায়দুনা থিজনবদি লেপত্রি হায়রি। মসি পৃথিবীগী গ্রেভিটেসনেল ফোর্স্মা ওইরমগদ্রা নত্রগা গ্রাহঙ উপগ্রহ কয়াদগী লাকপা অন আইদেন্টিফাইদ ফোর্সা ওইরমগদ্রা হায়বদু চিংনবা কযা যাওনরি হায়রি। অমরোমদা ঈশ্বরগী

ওইবা করি লৈবগে হায়বসু খঙনদ্রি। ঙসিদি ভারতকী মণিপুরদগী হৌখিবা চলাম্না অমসুং অমেরিকা নিংথৌন মেরিয়া অমসুং কনাদিঅন ওইগদৌরিবা মেরিয়াগী গর্ভগী ঈতা নত্তনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগী মরাইবক থিরবা মীওই কয়া সমুদ্রগী ইরোম্নুংদা লুপতুনা মাঙখ্রে। অমেরিকা, কনাদা, চিনা, অফ্রিকাদা নত্তনা ভারত্তা অমদি পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী মীওইশিংনা মাঙখ্রবা লুপত্রবা মীওই কয়াদুগীদমক্তা তেংথানাব।



## ফুবাইলাংপম বেবতি শর্ম্মা

শোক ১৯৫৫ গী ওক্টোবর ১৭, নিংথৌকাবা নুমিত্তা থৌবাল অৱাংলৈকাইদা পোকই। ফুবাইলাংপম কৃষ্ণদাস শর্ম্মা অমসুং নিংওোললৈমা দেবী অহিবগী অপোকপা অমসুং অপোকপিনি। গৌহাহাটি বিশ্ববিদ্যালয় (১৯৭৫) গী আর্টস গ্রেজুয়েটনি। এল এল বি (লো) সেকেন্দ ইয়ার ফাওবা তম্লম্মী। ছাত্রগী পুন্সিদগী হৌনা সাহিত্য অমসুং কালাবু পামজবা মীওইনি। ছাত্রগী পুন্সিদা থ্রমাংলিলা অহুম মশামক্লা ইদুনা মশামক্লা শক্তম লাংবা য়াওদুনা শাম্লম্রে। পি. দব্লিউ ডি গী ড্রাউস্টমেন (ত্রেসব) ওইবন্নদগী শোক ২০০৩ ইং সেপ্টেম্বরদা ভলুন্টরি ওইনা বিতাযর্দ তৌখ্রে। থৌবালগী দিলিগেট ওইবদগী "ওল ইন্দিয়া ষ্টুদেন্ট ফেদেৰেসনগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইবম্মী। মণিপুব সাহিত্যা পবিষদ ইম্ফাল, দ কলচবেল ফোরম মণিপুব, ইম্ফাল অমদি ওল মণিপুব মেডিয়া বাইটর এণ্ড কলম্নিষ্ট এসোসিএসন ইম্ফালগী লাইফ মেম্বব ওইবি। মণিপুবগী অখন্নবা পাও চে খরদা ৱাবেং, "শৈবেং, ৱাবী মচা, চিঠিনচিংবা ১৯৯৯, সেপ্টম্বব থাদগী মবক মবক্তা ইজবিবনি। সনা লৈপাক পাউ চেগী সব এডিটব (ট্রেনি) ওইনা থবক তৌবম্মী। ওল ইন্দিয়া বেদিও ইম্ফালগী প্লে বাইট অমসুনি, লিলা অহুম ইদুনা শাম্লম্রে। অনি অমসু এপ্রুপ তৌখ্রে। টিলি ফিল্ম অমসু মশানা ইদুনা মশামক্লুমদুনা পাম্থোইবি ফিল্মনা পুথোকখ্রে। অমদি মণিপুবদা ফোঙবা জর্নেল খবদা অমসুং মপাল্লমদা ফোঙবা জর্নেল অমদসু ৱারীমচা শৈবেংনচিংবা ইজবিবনি। ভাবতিয়া দলিত সাহিত্যা একাদেমি নিউ দিল্লিগী ডাঃ অমবেদকব ফোলোসিপ এৱার্দ শোক ২০০৪ দা ফংখ্রে।

### মহাক্কী ফোঙখবা লাইরিকশিংদি .

| | | |
|---|---|---|
| ১। | তাল্লকী খোইমু | (ৱারী মচা-১৯৮২) |
| ২। | ইচাবা মীচাবা খঙলুদ্রে অশিবদো | (ডিক্টেটিপ মণিপুরী ৱাবীমচা - ১৯৮৮। ১৯৯৫) |
| ৩। | মীশি অমগী পাওখোঙ | (ডিক্টেটিপ মণিপুৰী ৱারীমচা - ১৯৮৯) |
| ৪। | চীঙলোন ৱাংমগী চিদাই মোবেদা | (উপন্যাস - ১৯৯১) |
| ৫। | অশিবগী খযাংতগী লিংথোরক্লবা জুরা | (ৱারী মচা - ১৯৯৩) |
| ৬। | নিশা বন্দনা ফাববা ঘুঙাওবা অমগী অপিল | (ৱারী মচা - ১৯৯৮) |
| ৭। | হৌনবীনি তাইবংগী | (উপন্যাস - ২০০৩) |
| ৮। | মমি শামথ্রবা ইথং | (ৱারী মচা-মচা - ২০০৪) |

লাম্মি এণ্ড মোনালিসা পব্লিকেশনস্